**SHOLLABA MAREE**

A collection of fifteen Manipuri short-stories
written by Nee Devi : 2002
Published by - Chanu Shintha.

M U LIBRARY
Data Entered
BY ..........
11939/Man

ফোঙবা ঃ খৃষ্ট কুম ২০০২
অফোঙবী ঃ চনু শিন্থা
মখুম ঃ পোক্লফমগী ইনভেষ্টিগেতিব ভবনেলিষ্ট
রতন লুৱাংচা মশাগী ফোটো এলবমদগী লৌথোকপা

মমল ঃ ৬০/-
নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার ইম্ফাল

মশাগী মীনুংশিগা অতোপ্পগী ভুহৎ-নৈহৎপিবগা
তরুদুনা হিংমিন্নরিবা মখোয়দুগী মফমদনি।
— অইবী

# ৱাহৈ খরদং

লাইবিক অসিদা য়াওবিবা বারীমচাশিং অসিগী মনুংদগী খরদি খুৎহৈ ওইরিঙেদা তামো ডা অশোকপম খোলচন্দ্র অমদি ওজা ডা খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্রদা, ইবা লৈইরক-লৈইবকপদা মচোই-মচোই ওইনা য়েংহল্লুখি। তামো অমদি ওজা অনীনা ইশাগী চিল্লবা মতম কয়া কাইথোকপিদুনা বারীমচাশিং অদুবু থবায় য়াওনা পার্বীদুনা অশোয়-অঙাম কয়া তাকপিদুনা, মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখিবগীদমক থৌবীমল থঙবা উৎচবগা লোয়ননা তামো অমদি ওজাগী মফমদা থাইদোক-হেন্দোক্লা থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। অদুগা পিশক-পীক্লা পুথোকচগে থজরম্বা লাইরিক অসিবু খরদং চাউথোকহন্নবা অহল-লমনশিংনা য়ায়বিরকপদগী ইবদগী অমুক হন্না সেংশিল্লবা ওমজহৌদ্রবা অদুগা কনাদসু শাহল্লনবা তাঙ্গা ফংজদ্রৌদ্রবা বারীমচা খরসু চাপচিল্লখ্রে। ঐগী চল্লবা, মশক মওং চুমদ্রবা বারীমচাশিং অসিগী মনুংদা কা-তেন্না মশক থীবিবা মনথোক ফোকইদোক্তিনা খরসু অমুক তোংশিল্লখ্রিবা অসিগীদমক অপানশিংগী মফমদা হৈতৌক চাদ্রবা ঐগী থৌওং অসিবু ওয়েকপিনবা লোল্লুকচরি। অদুগা লাইবিক অসিগী মিংথোল ওইরিবা বারী মচা "শোল্লবা মরী" অসিমদি হান্নমা সাহিত্যগী চেকোঙ অমদা ফোঙদোকচখ্রবা বারীনি। বারীমচা অসিবু অমুক হন্না পুথোকচনবা অয়াবা পীবিরকপগীদমক মরী লৈনবশিংবু থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইবিক অসিবু পুথোকপদা মতেং পীবা থোইদাং লৌবিদিবা পদ্মা প্রিন্টর্সপুসু ঐহাক্না থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি।

১২।১২।২০০২ ইং

ইম্ফাল

অইবী

# শোল্লবা মরী

"গঙ্গা . . . হো গঙ্গা নঙবু নুং ফুৎলিব্রো?"

মঙক্ থাঙ্গৎলপ, চাকশঙ্লোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লাউরকই সনাথোই। কনানসু পাউখুম পীরক্তে। চহী মতাংদু খোনফমদুগা কয়া চান্নফাত্তে। অঙাংসু অহানবা পোকপনি, লুহোংবসু চহী অমা খরদমক হেল্লকপদ মঙায়রি। অসুক থুনা হনুবী করম্না ওইশিনখিবনো খঙহৌদে।

"ঐদি থকপু থক্লীংদেদা।"

চীম্বালতমক নোক্লগা মন্দোমচানা হায়রকই।

"হুম, হৈবনি। খরা কুইবগী ব্রানি।"

"কুইবদুনবুদি হাউবিবনিদনা।"

"নঙবু লোইশিল্লোনে গঙ্গা ইবেম্মা, অঙাং হৌরক্লিঙৈসিদা কোন্দু অমুক্কা

ফেঙদোকহৌনে।"

ৱারীগী মরক থত্তুনা অমুকসু লাউরকই।

"নঙনা ঙাঙঙিসি ঐখোয়গী রাধাদকা ওইরদি হঁ, ঐখোয় রাধাখোয়দি খোন-কনবক হায়য়ে, এঙ্গাং হাউতবফাও চাবীপোৎ নত্তে।"

"ঐঙোন্দা মদুগা য়ারোই, ইন্দোমচানা লুনা তৌমনবগীনি, অকিবা খরা খঙহনগদবনি মখোয়সিদি।"

পাউতাক্লুম-করিগুম তৌবা মাগী ৱাঙাঙদু মন্দোমচানা নোকমি-নোকমি তৌদুনা তারি। তাল্লক্তুদা চা গিলাস অনী পুদুনা গঙ্গা থোক্লকই, মখোয় অনীদা অমমম পীরে।

"কোন্দ্র প্রপ্-প্রপ্ অমুক্তা ফেঙদোক্লুচো।"

চা লৌনা-লৌনা সনাথোইনা নমহায় হায়জিল্লক্লিবদু গঙ্গা খুমসু খুমদে, মমীৎনসু য়েংলক্তে। অমুক হান্নগুম্না চৎখিগে তৌবদা থাম্লকই—

"ঙাইখো, অঙাংগী নীংথা চোৎপশিংদু কদায়-কদায়দা লৈগে লোইনা থিরগা হান্না অমুক্তা পুথোক্লমখো ঐ শৃগে।"

হল্লক্তুনা হায়রিবদুমক তৌখি। গঙ্গাবু য়েংলম্বদগী মমায় লৈশিল্লক্তুনা মন্দোমচানা—

"নৌববু ওন্থোক্লা নৌরিদা, মশানা পারিবা, কান্নফমবু খঙগদ্রা?"

"কান্নবা হায়ববু তৌরিসিঙায় ইন্দোমচা, শীজিন্নববু হৈরদি ঈকানদ কান্নরে, নৌবদুনবু শেম্বা থোক্লিবনি। ঐগীদি গঙ্গাসি খৃৎ চপ-চাজরবনি। মপা অঙাওবদুনা ফরক হেক তৌদনা...।

"মপানা কৌথোকইরা?"

"মাল্লে, মমা নাই হায়জিন্দুনা নম্দুনা পুখিবনি, অদুগা... ঐদি থাদি-থাজদবনি, থাখায়মুক্কী মমাঙদা লুপা চনীপাল পীয়ু হায়রম্মে, হি লৈগনি হায়ব্রা করিনো; ঐনা চনীপালদি য়াম্মক্লেদনা চামঙাদমক পীখিবা। পুরকপা নুমিত্তুদসু চামঙা অমসু পীখ্রে, সিদা লৈরদি নুংঙাইতে হায়দনা লুপাই- মরী অমমুক শাবীরে... মদুদসু চনী-চহুম হেক্তা হাইজিনখি। কদায়দগী মখোয়সু হাকমল্লবনি। অদুগা ইনুং-নুংঙাইখৈ উরিপোক্তা থমখ্রেকাইনা।"

"মদুমক্তি হৌনদেদা মখোয়সু।"

"হো লুপা লীশীং অমা পীরম্মেনে মদুদা উংধরিবনিদনা।"

"কনানা অমুক লৌরুরিবা?"

"কনানা ওইনেগে, মপাদুননিদনা। ঐনা ধমকাগসু তৌশিল্লল্লিপোৎনিদা, পুলিস তাক্কনি

কাইদনা হা.... হা.... হা.... শক্ নুংশিমন্দদনা, মদুদগী থিল্লকইবনি।"

"ঙম্মেনে নঙসু।"

"... মানবুদি অতোপ্পা অঙাং অমা থিরো হায়রবনি। অদুদা অনৌবদুদি ইনৌ-নৌবা ট্রেনিং অমমুক চঙঙিদনা। মদুনি ঐনা খ্বাইদগী তনবা, মীৎকূপ খুদিংগী তাক্লবদো। গঙ্গাখোয়দি এক্সপার্ট ওইরবনিনা ঐ মা থাদোক্লীংদ্রবা।"

"মচেশিংদুসু লোইনা মীগীদা লৈর-লৈরগা ময়ুম পাঞ্জখিবা ওইরমাল্লে।"

"মচাশিংসিদি ময়ুমদা কনামত্তা লৈনীংপোৎ নত্ত্রেদা। কনাগী য়ুমনেনা তৌরিদুবু ঐখোয়' কাসিমনা চাউগনি, মদুদা লৈরিদি য়েঙঙু মনেম-ও মকু-ও, মচা-ও মম্মৌ-ও। চানীংঙাইদি লৈতে হায়, য়ুথকশেলদি কদায়দৈনো খঙদেনে মপাদুনা তৌ-শারিদুনা মরোল অমা।"

"থকপু-থক্কেদি হুরানবনি খঙদে নিবনি খঙদে ইকাইদ্রগা লোইরেদনা। মবুংদুদি থবক শূরিবা নত্রা?"

"শূরসু মমা অনাবদুনে, মপাদুনে, মচা চগুপ-চগুপশিংদুনে— মতোমতা কনানবু ঙম্মুনেগে?"

"অওই-ৰানি।"

নে-তানা ফম্লম্বদু খংহৌ-হৌগৎলদুনা মন্দোমচানা হায়রকই—

"হুম, ঐ চৎনবা তৌরগে কুইমল্লে।"

খোঙকাপ অমা-নী থাংদোক্লগা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা—

"গঙ্গা, নঙ অমুক চৎখ্রনুকো ইবেম্মা, শ্বাইদসুম লৈমিন্নরসি ঐখোয়। নচীল-ননাউসু নক্লবা।"

তায় খঙদে তাদে খঙদে গঙ্গাবু থেমজিন ৰাহৈদু হায়রল্লগা মন্দোমচাদু চৎখ্রে।

হন্দক্তি হান্নদগী হেন্না চেকশিনখ্রে গঙ্গাদু। অহানবা লাকপদদি, ময়ুমগী, মমাগী, মাগা চাউবা মান্নরবা মবুংগী মচাশিং অদুগী মরমদা হেক্-হেক্ তমজরম্বনি, অদুবু মদুসু হৌজিক্তি ময়ুমগী ৰা অমত্তা ইমুংদুদা পুশিল্লক্নু হায়বা অথিংবা অমসু থম্বীখ্রে। ইমুংদুদা গঙ্গা তশেং -তশেংবা বন্দী অমা ওইনা লৈবদু মশানসু হৈনজরে। কৈশামথোংদা সনাখোইগী মন্দোমচাগা লৈমিন্নবী মচে রাধানা মরক-মরক্তা ফোন তৌরক্লম্বদুসু "করি হায়রক্লিবনো" হংমন্দুনা মচেদা ফোন তৌরক্লনু হায়দোকখ্রে।

নোংমা-নোংমা হৌখিবনা অঙাং ওইরিবী গঙ্গাগী অনৌবা মপোক অমা ওনবদা মতম শাংনা চঙখিদে। সনাখোইগী পীক্লিবা মচাদুবু লৌননবা মাবু মফমদুদা পুরকখিবা অঙাং

অদুবু গঙ্গানা পোকমিন্নবা মৌপ্পাগুম নুংশিজনা শেন্ন-খোৎনদুনা লৈরকপনা চহী অম হাযজিনখ্রে। গঙ্গাগী মপাদু অনী-অহুমলক্তি লাক্রম্মী, অদুবু যূম্বুনা মহাকপু কুইনা পলহল্লমদে খরা পীরগা হেক্তমক থাদোকখ্রে। লাপ্পা লৈখ্রবা মপাবু পীক্লিবী গঙ্গানসু ইচম-চন্না কাবক শকখঙবা মীওই অমগুম্নতমক লৌরক্লে। অমরোমদনা মপাসু গঙ্গাবু উনীংবগীদমক্ নোংমতসু লাকখিদে, সূপ্নগী ম শাগী দরকার ওইবা পোৎশক অমখক্তনা লমজিংদুনা গঙ্গাগী খোঙ্গুল লীবকপদমক্ মওইখি। নোংমতসু গঙ্গাবু করমতৌরি য়েংশিনবীরমদে। মদু উরগা যূম্বুশিংগী থস্মোয়দদি হেন্নদুম পেঞ্জবগুম থোক্লি।

অসুন্না চহী অনী হৌখ্রে। কুইনা উরুদ্রবগী তুংদা গঙ্গাগী মপাদু নোংমা ফুং ফাওরকই। মাবু উবদা ময়াম্না কাউথোক্লরুববা মহাক গঙ্গাগী মপানি হাযবা ৱাফম অদু নৌহৌননা নীংশিংহল্লরে। হন্দকসু গঙ্গাগী মপানা গঙ্গাবু মমা কন্না ঙমদ্রে হায়দুনা পুননবা হায়ররে। অরুণ চখোকখি, হল্লক্রগা চৈররনি, হয়েং শোয়দনা লাকমিন্নরগে, হায়দুনা সনাথোইনা গঙ্গাগী মপাদু হৈ-শিংনা থাদোকখ্রে। মরৈ-মরা তৌরমদনা গঙ্গাগী মপাদু তূমিন্না অদুমক চনখ্রে।

নুমিৎ মবি-মঙানি লৈরগা সনাথোইনা ৱাফমদু অরুণদা তপ্না হৌদোরকই—

"হয়েংদি নোংমাইজিংনি, গঙ্গাখোয়রোমদা খরা চৎপিরুসি, মপাদু নহাল নোংমা লাক্রম্মী . খবচ বাৎলমাল্লে।"

ইহৈ-হৈনীংদবা মতৌদা অরুণনা খুম্লকই—

"হয়েংসিবু . থবক. ।"

বাদু তাবদা শাউবোই-ওইনবোই সনাথোইনা হায়—

"কন্যামলুবা থবক্লো?"

মীৎকুপমুক্তং লৈরগা, ৱাঙাঙ অমা ওল্লদুনা অরুণনা অমুক হায়রকই—

"লুববুদি. , মেমসাহবকী ওর্ডরদগী হেন্না লুবদি নত্তে।"

"মদু খঙদুনবু হায়রিবনি।"

হেন্না মথোই কারদুনা খুম্লকই সনাথোই।

মথংগী নুমিত্তা নুংশা লৈথরকপগী অদুৱাইদা মখোয় পূন্না গঙ্গাখোয়রোমদা হাইথরে। চাউরাক্লা পূংমুক্কী তুংদা গঙ্গাখোযগী খুল য়ৌরে। সড়ক্তগী ফমযাম্না চঙলি। যূমসু খরদমক তাই। মী চীকই। চীংখোঙ পূরা নপ্পা শাই মখোয়গী যূমদু। থোঙ্গালদা গাড়ী খাল্লে। লম্বীগা

ফত্তবনে, লমশাং লাকপগী লোইনা চোকথনরে। গঙ্গাদু গাড়ীদগী তপ্না কুমথবকই। গাড়ী মখোল তাবদুনরা গঙ্গাগী মনম্মদু মাগী মোলি-মোলিবা মতৌদুদা থোক্লকই। ৱা-লান ঙাঙলক্তে, শূক্তোক্তুনা গঙ্গাদা য়েংলকই। নোক্লদুনা "ঐখোয় কোয়রক্লিয়ে" হায়রুরগা সনাথোই শকফম হঞ্জিনখি। চিংননা অরুণগা সনাথোইগা য়েংনৈ। গঙ্গাগী মনম্মগী মায়থোঙগী চপ চাবা অর্থ খঙবা ঙমদনা চঙশিল্লকই। শূমাঙ মচাদু নান্না তৈথোক্লি। লৈ মনা অমা-অনী, তাঙ্গ খরা তাবা উই....। অরুণগা সনাথোইগা ৱা ঙাঙনদনা ইঙক-ঙক্না অমুকসু য়েংনৈ। মমাঙদা অমুক্তা ফাওখিদ্রিবা থোৎনা শাফূ কল্লবা ইন্থল অমা সনাথোইগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা ফাওরকই ...। মাঙ থাদুনা চঙখিবা গঙ্গাবু মীনুংশিনা থল্লবা মীৎয়েং অমনা য়েংলদুনা মহাক্না হায়হৌই—

"ঙাইখোনে গঙ্গা,.... ইমাদু....।"

মহাক্কী ৱাদুদা পল্লমদ্রে গঙ্গা।

গঙ্গাগী মপাদু ঙসিদি উদে। থোঙ্গাক্লোমদগী চঙশিল্লক্লিবা গঙ্গাগী মবুংনা মখোয়বু ওক্লদুনা হায়রকই—

"তাদখোয় লাকপীরব্রা?"

"হোয় ঐখোয়দি....।"

অরুণনা মপুক্লিংগী ৱাফমদু ফোঙদোক্লবা ৱাহে থিরিনৈদা গঙ্গাগী মবুংদু ইংখোল মতোল্লোমদা চঙশিনখি। চৎনা-চৎনা মহাক্না হায়রম্মী—

"লেঙশিনবীয়ু তাদ....।"

ফক মচা অমা পুথোক্তুনা মপালদা থারম্লগা মনম্মদুসু য়েনখারোমদা মচঙখি। মখোয় ফমথরে। গঙ্গাদু ইমুং য়ৌশিনখ্রে....। ইমুংগা শূমাঙগদু থংনবা কাগুম্মনি। অদুবু মেক-মোক লাউরক্তে। শোমদা, পীক্লবা, চিল্লবা কাশিংদু থুংনা য়েংলকই গঙ্গা. .., য়ুমরায় কাগী মখা ওইরপ্না থারিবা অঙৌবা ফিনা কুপ্লিবা ফক অদগী মথক্তা নীংথিনা থুপচিন-খোৎচিনদুনা থল্লিবা মমানা শেৎলম-ইল্লম্বা কি-রোল থেংনকরে .। চঙশিন্দুনা ফক্তুগী মনাক্তা তপ্না ফমথরকই, ফিশিংদু পায়খৎক্তুনা য়েংলুই. ..। হৌগৎলক্তুনা, মমানা হাপ্লম্বা অনেম্বা কাংথোল মচা অদু থারম্বা মফমদুদা চঙশিন্দুনা অনুকসু লেপ্লরি....। চহী মাপলত ঙায়রিবী গঙ্গা হৌজিক্তেদা ভাব তাবকপঙম তৌরি. .।

নাম্মতমক ঙাশিল্লগা লৈরম্বা অমনবা থোঙনাদু মখোল থোক্লা হাংদোক্লগা খোঙকাপ লাওনা কানদুনা গঙ্গা ইমুংদগী থোক্লকই। অরুণ, সনাথোই, বাঙাঙদবী গঙ্গাগী পিনা

লংলবা খজাষ্ট অনীদু ময়েক-শেংনা উরকই। অদুবু ঙসিদি মখোয় অমত্তনসু গঙ্গাদা করিগুম্বা অমত্তা হায়রুনবগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে।

কোম্বোঙদা খামদুনা লৈরিবা গাড়ীদুদা চেনশিন্দুনা গঙ্গা কাখৎখ্রে। সনাথোই ফম্লম্বদগী হৌগত্তুনা ঙাইঙমদনা কৌরকই—

"গঙ্গা..।"

মতম্বাক্তগী মচাদু পমখত্তুনা খোঙথাং কৃপা থাংলদুনা গঙ্গাগী মতুং-ইন্নখি। অরুণসু হৌগৎলক্লে। ইংখোল মঙোন্দগী মবুংদু চঙশিল্লক্তুনা অরুণদা হংলকই—

"য়ৌবীরদ্রা?"

"অহোয়... লাইদা কৎপীয়ু।"

অরুণনা ইফিং-ফিংনা ফুরিৎখাউদগী মনিবেগ পুথোক্তুনা চাম্মচৎপী খরা লৌথোক্লগা মমায় লুকথদুনা লেপ্লিবা গঙ্গাগী মবুংদুদা নম হাবগুম পীশিল্লম্লগা মহাকসু থোবক্লে। ■

# খোঙবু চাদ্রবা খোঙলোয়

পাঙ্থোই লাকৈঙেদগী মন্দির সেবা কনানসু তৌখিদ্রে। নুমিদাংবাইরম অমা সন্ধ্যারতীগী থৌবাং পুম্নমক লোইরদুনা মন্দিরলোমদা মায় ওনশিন্দুনা মহাক শিঙিদা ফম্লি। মরীপানবা কাংশীদু কাংশী চৈখোক্তুগা লোযননা মনাক্তা ঙাদুনা লৈ।

কংনা শুমদোক্লবা অচোৎপা খূদৈ শেংলদুনা দেবব্রত ইকুজনা কাবক্লে। মন্দিরগী নাকলদা যাম্লিবা অশেংবা ফিদু হোংদোক্লদুনা মন্দির মনুংদা চঙখ্রগা খৃত্তা কোরীগী পাত্র অমা পায়দুনা থোক্লকই। পৃথ্বীদগী ঈশিং শোক্লদুনা মহাক মন্দিরদা অমুক চঙলক্লে। ঈশিং অদু জলপাত্র জলশঙ্খ, আচমনপাত্রনচিংবদা থন্না থন্না হৈজিল্লে। মদুদগী তুলসীপত্র অনমম থাদরবা পাত্রশিংদু মাগী মাগী মফম চানা-চানা থম্লে। ধূপ, মোমবত্তী চুখৎলবা মতুংদা আসন অমদা মায় অৱাং ওন্দুনা খোঙ্গ্রায় ফম্মদা ফমথবকই। দেবব্রতনা খূৎ য়েৎনা কুসী পাযদুনা আচমনপাত্রদগী ঈশিংদু কল্লগা খূৎ ওযদা পী। খূৎ ওয়না য়েৎকী খূবাক ময়ায়দা ঈশিংদু

খরদং হৈ। ঈশিং অদু মহাক্না য়েৎথংবা খুউগী মমাঙদা লৈমায়দা তাহল্লম্মী। মদুগী তুংদা কুসীদগী ঈশিংদু য়েৎথংবা খুবাক ময়ায়দা অমুকহন্না হৈরদুনা চীন্দা লোল্লকই "ওঁ কেশবায় নমঃ" খুভোন্না মাঙলোমদা ওম্ভোক্লগা খুজেংলোমদা ঈশিংদু চেথ্বহল্লদুনা চীম্পাল থক-খা অনীমক চোৎহল্লে। অসুন্না হান্নগুম্না য়েৎথংবা খুবাক্তা ঈশিং হৈরদুনা য়েৎকী খুউ মমাঙদা হেদোক্লবা মতুংদা অমুকহন্না য়েৎকী খুবাক্তা কুসীনা ঈশিং হৈরদুনা লোল্লী "ওঁ নারায়নায় নমঃ" ঈশিংদু অমুকসু চীম্পাল থেংই। অমুক্কসু হান্নগা চপমান্ননা "ওঁ মাধবায় নমঃ"। মদু লোইরগা ঈশিং অদু খুবাক্তা হৈরদুনা মদুবু অমুকসু লৈমায়দা তাহল্লে। মদুদগী খুৎ লোন্নরদুনা মীৎ উইশিন্দুনা দেবব্রত পূক্লিংচঙনা আচমন-মন্ত্র থীরক্লি....।

দেবব্রতদগী লৈথোক্লকপা পাম্থোইগী মীৎয়েংদু লাইশিংদুদা তাবরে।.... বসন্ত ঋতু ওইবনা হঙাম-মপাল মচুগী ফীজোল ঙম্নমক হোংলবা তোঙান-তোঙনবা লাইগী মুর্তিশিং অদুবু মহাক্কী মীৎতা মরোল থোক্ত্রিবা অঙাংমচাশিংনা মমীৎ তরাউ-তরাউ পাঙদুনা তুম্পক-তুম্পক মঙোন্দা য়েংদুনা পুল্লপ লেপ্পগুম উরি।

হৈরদকনচিংবা পুজাগী পোৎলমশিং অদু শুনা কৎলবা তুংদা মন্দিরগী থোঙ লোনশিল্লদুনা দেবব্রত মপান্দা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈ। মীৎকুপ খরগী তুংদা খুবাক অস্তমলক খুরগা থোঙ অদু হাংদোক্লদুনা মহাক মনুংদা অমুক চঙখি। ঙাইহাক তুকথকরবা পাম্থোইগী মীৎয়েংদু অমুক হঙৎলক্তুনা মুর্তিশিং অদুবু অমমমতা ওইনা মথং-মথং নৌহৌননা য়েংলকই। পাউখোঙ চল্লিবা দারূপ মুর্তিশিংদুদা মহাক মপূক্লিং পূমলূপ-লূপশিনখিরম্মী।

লাইনুংদগী থীংলকপা শরীক খোজেলনা মহাক্কী খ্রাখল অদু কায়হল্লরবা মতমদুদা জ্ঞান খংতা-তারকপগুম ফুক হৌগত্তুনা পাম্থোই কাংশী য়ৈবা হৌরকই। দেবব্রত ওয়না শরীক থীংদুনা য়েৎনা পঞ্চারতী পায়দুনা মুর্তিশিং অদুগী চরণদা মরিরক, খ্বাঙদা অনীরক, মাইখোঙদা অমুক, হকচাংদা তরেৎলক, ওযরোমদগী য়েৎলোমদা কোয়না-কোয়না হাইরি।

.... সন্ধ্যা মতম ওইবগী মমশিল্লকপা মরক্তা কাংশী-শরীক্কী খোঞ্জেলগা, ধূপ-বর্ত্তীগী নুংশিবা মনম পুবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুল্লবগা, পাম্থোই মপূক্লিং অদু ইনৌ-নৌথোক্লম্মী। বর্ত্তীগী মৈঙাল অদুদা মুর্তিশিং অদুগী নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবা মানবা তয়ালগুম্না ঙাঙলবা চীম্পালশিংদুবু উরুরগা মহাক্কী মপূক্লিংদা হায়ফম খঙদনা কল্লকপা পোকচবম্মী। কাংশী য়ৈবা লোইশিল্লগা খুউ লৈতানা ফমথবকই। কাংশীদু নাকলদা থৈদোক্তুনা থমথ্রগা মহাক্না মহাক্কী কংশিল্লবা চীম্পালদুদা লোন্না অমুক্তং নানদুনা য়েংজরুই ..।ইল্লিবা ফিগী খুমজিল্লিবা কোককা শঙ্খকমখৈ হাইদোক্লদুনা দেবব্রতনা জলশঙ্খদগী চাইরক্লিবা ঈশিং অদু মরু লূকথদুনা

চোংহঞ্জরগা লাইবক্তা লৈমায় শোক্তা ভক্তি তৌজে। মহাক্কী নূপীগী ঈশ্বর-ভক্তি লৈবা মতৌদুবু উরগা মপুরোইবনা মহাকপু মপূক্লিংদা চানবীরম্মী। পেনবীরম্মী। থাজরম্মী।

হান্ননা ফজদুনা লৈরম্লবা ইমুংসিগী নীতি-নিয়ম অমুক্কহেন্না ফজনবা পম্থোইনা শেম্মী। অহলশিংগী মমাঙদা নোংমতসু মপুরোইবগা ঙাঙন-শানদে। ইমুংগী ইতোন-তোনবী মৌ অমা ওইনা কনাগীসু মাঙদা তুবৎ লান্দুনা মহাক্তা চৎলমদে। মনেম্বোক্কী নত্ত্রগা মপুরোইবগী নত্ত্রগা কনাগুম্বা অমতগী চান-থক্কবা পোৎ মহাক্তা কৈদৌনুংদসু শোক্লুদে। চাবা মতমদা ময়ামদগী লৈথদুনা চায়। চাক থোংবদা ৱারবা মচেমশিংবু মহাক্তা কোনফেঙ-লমতৈবা য়াওহন্দে। পাম্থোই অদুক্কী মতীক চেকশিল্লী, কাউগন্দে, মহাক্তা নোংমতসু চাকখুমদগী চফু-উয়ান ফেঙ-চান্নবগীদমক মশামক্তা থাংদোক-খোত্তোক্লবনচিংবা তৌরমদে। অদুগা ফেঙদোক্লবা কোনশিং মহাক্তা চাকখুম য়ৌনা থাংজিল্লুদে। লমতৈবা মতমদা করিগুম্বা পোৎ-চৈ অমত্তা মহাক্তা শোক্ল-থেংলুরমদে। অদুগা চানীং-থক্কীংলকপকান্দসু পাম্থোইনা মহাক্কী মকুশীদা করিমত্তা চা-থক্লমদে।

অসুম্না ইমুংনা পাম্থোইবু নীতি খঙবী লমচৎ ব্যবহার চঙখোনবীনি খনবীবদুনা লৈকাইনসু মহাকপু ব্রাহ্মণ ওঙবদা মতীক চাবীনি ঙাওনৈ! হনুবীশিংনা পাম্থোইগী রাশীলৈবা মায়দা চন্দণ থিনবা পকচবা, ঙাঙথোক্লকপদা নুংশিবা মৱাহৈ-খোনদা, অহল-লমন মশকখঙবা মতৌদুবু থাগৎলদুনা হায়বি "নমৌ অতোম্বীসে মগুণ লৈখ্রে মোহিনী, মসিমক্তা মানা অৱাংবা শাগৈদা তিঞ্জবা ফংলরিবনি" অসিগুম্বা থাগৎ-ৱাহৈসিগী অর্থ মহাক্কী মফমদা করিওইনা থোক্লিবা, কনানদি খঙবগে। অদুবু যুমথংনবা মৌশিংনা দেবব্রতবু নূপীথিবা হৈ লক্লবদদি, দেবব্রতদি মপানথোংদত নত্তনা থম্মোযনুংদসু মোমোন নোকচদনা খক তোক্তে।

লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা পাম্থোইনা দেববু দেব ওইনা, অদুগা দেবনা পাম্থোইবু পাম্থোই ওইনা লোয়নরম্মী। লুহোংলবা মতুংদা দেবনা দেবব্রত শর্মা অদুগা পাম্থোইনা চোংথাম চনু পাম্থোই ওল্লক্কনি হায়বা পাম্থোইনা কয়ারকহন্না শাজিন্নবা হোৎনদুনসু শাজিনবা ঙমহনখিদবদু দেবগী অঙকপা মগুণ অমননি হায়বসি লুহোংবা নুমিত্তগী পাম্থোইনা তপ্ন-তপ্ন খঙবা হৌরকই। লুহোংদ্রিঙৈদা জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবগী মতাংদা মখোয়না কয়ারক হন্না নৈনখ্রে। ঙাঙনবা খূদিংদা পাম্থোই মায়থীবতা ওইখি। দেবনা মহাক্কী ৱাখল-মীৎয়েংদা অসিগুম্বা মতমগা চুনদ্রবা, মল্লবা, খূরবা ৱাখল-মীৎয়েং, কান্নদ্রবা চৎন-লোনচৎশিং অসিগী চন্নফম খজিক্তসু লৈতবগুম্না মশাবু উহল্লম্মী। মরমদুনা পাম্থোইনা দেবগী পূকচেলগী নাকল খূদিংমক চিংখদনা খঙলে হায়না মশামক লৌজখিবনি।

খবদং হৈ। ঈশিং অদু মহাক্না য়েৎথংবা খূউগী মমাঙদা লৈমায়দা তাহল্লম্মী। মদুগী তুংদা কুসীদগী ঈশিংদু য়েৎথংবা খূবাক ময়ায়দা অমুকহন্না হৈরদুনা চীন্দা লোল্লকই "ওঁ কেশবায় নমঃ" খূত্তোন্না মাঙলোমদা ওখোক্লগা খুজেংলোমদা ঈশিংদু চেন্থহল্লদুনা চীম্বাল থক-খা অনীমক চোৎহল্লে। অসুম্না হান্নগুম্না য়েৎথংবা খূবাক্তা ঈশিং হৈরদুনা য়েৎকী খূউ মমাঙদা হৈদোক্লবা মতুংদা অমুকহন্না য়েৎকী খূবাক্তা কুসীনা ঈশিং হৈরদুনা লোল্লী "ওঁ নারায়নায় নমঃ" ঈশিংদু অমুকসু চীম্বাল থেংই। অমুক্কসু হান্নগা চপমান্ননা "ওঁ মাধবায় নমঃ"। মদু লোইরগা ঈশিং অদু খূবাক্তা হৈরদুনা মদুবু অমুকসু লৈমায়দা তাহল্লে। মদুদগী খূৎ লোন্নরদুনা মীৎ উইশিন্দুনা দেবব্রত পূক্লিংচঙনা আচমন-মন্ত্র থীরক্লি...।

দেবব্রতদগী লৈথোক্লকপা পাম্থোইগী মীৎয়েংদু লাইশিংদুদা তাররে।... বসন্ত ঋতু ওইবনা হঙ্গাম-মপাল মচুগী ফীজোল ঙন্নমক হোংলবা তোঙান-তোঙনবা লাইগী মুর্ত্তিশিং অদুবু মহাক্কী মীৎতা মরোল থোক্তিবা অঙাংমচাশিংনা মমীৎ তরাউ-তরাউ পাঙদুনা তুম্পক-তুম্পক মঙোন্দা য়েংদুনা পুল্লপ লেপ্পগুম উরি।

হৈরূকনচিংবা পুজাগী পোৎলমশিং অদু শুনা কৎলবা তুংদা মন্দিরগী থোঙ লোনশিল্লদুনা দেবব্রত মপান্দা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈ। মীৎকূপ খবগী তুংদা খূবাক অহুমলক খূরগা থোঙ অদু হাংদোক্লদুনা মহাক মনুংদা অমুক চঙখি। ঙাইহাক তূকথরুরবা পাম্থোইগী মীৎয়েংদু অমুক হঙ্গৎলক্তুনা মুর্ত্তিশিং অদুবু অমমমতা ওইনা মথং-মথং নৌহৌননা য়েংলকই। পাউখোঙ চল্লিবা দারূপ মুর্ত্তিশিংদুদা মহাক মপূক্লিং পূমলূপ-লূপশিনখিরম্মী।

লাইনুংদগী খীংলকপা শরীক খোজেলনা মহাক্কী ৱাখল অদু কায়হল্লরবা মতমদুদা জ্ঞান খংতা-তারকপগুম ফূক হৌগত্তুনা পাম্থোই কাংশী য়বা হৌরকই। দেবব্রত ওয়না শরীক খীংদুনা য়েৎনা পঞ্চারতী পায়দুনা মুর্ত্তিশিং অদুগী চরণদা মরিরক, খ্বাঙদা অনীরক, মাইথোঙদা অমুক, হকচাংদা তবেৎলক, ওয়রোমদগী য়েৎলোমদা কোয়না-কোয়না হাইরি।

.. সন্ধ্যা মতম ওইবগী মমশিল্লকপা মরক্তা কাংশী-শরীক্কী খোঞ্জেলগা, ধূপ-বত্তীগী নুংশিবা মনম পুবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুল্লবগা, পাম্থোই মপূক্লিং অদু ইনৌ-নৌথোক্লম্মী। বত্তীগী মৈঙাল অদুদা মুর্ত্তিশিং অদুগী নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবা মানবা তয়ালগুম্না ঙাঙলবা চীম্বালশিংদুবু উকুরগা মহাক্কী মপূক্লিংদা হায়ফম খঙদনা কল্লকপা পোকচরম্মী। কাংশী য়বা লোইশিল্লগা খূউ লৈতনা ফমথরকই। কাংশীদু নাকলদা থৈদোক্তুনা থমখ্রগা মহাক্না মহাক্কী কংশিল্লবা চীম্বালদুদা লোন্না অমুক্তং নানদুনা য়েংজরুই....। ইল্লিবা ফিগী খুমজিল্লিবা কোককা শরুকমথৈ হাইদোক্লদুনা দেবব্রতনা জলশঙ্খদগী চাইরক্লিবা ঈশিং অদু মরু লূকথদুনা

চোংহঞ্জরগা লাইবক্লা লৈমায় শোক্লা ভক্তি তৌজে। মহাক্কী নুপীগী ঈশ্বর-ভক্তি লৈবা মতৌদুবু উরগা মপুরোইবনা মহাকপু মপূক্কিংদা চানবীরম্মী। পেনবীরম্মী। থাজরম্মী।

হান্ননা ফজদুনা লৈরন্নবা ইমুংসিগী নীতি-নিয়ম অমুক্কহেন্না ফজনবা পম্থোইনা শেম্মী। অহলশিংগী মমাঙদা নোংমতসু মপুরোইবগা ঙাঙন-শানদে। ইমুংগী ইতোন-তোনবী মৌ অমা ওইনা কনাগীসু মাঙদা তুবৎ লান্দুনা মহাক্লা চৎলমদে। মনেম্বোক্কী নত্ত্রগা মপুরোইবগী নত্ত্রগা কনাগুম্বা অমতগী চান-থক্লবা পোৎ মহাক্লা কৈদৌনুংদসু শোক্লুদে। চাবা মতমদা ময়ামদগী লৈথদুনা চায়। চাক থোংবদা ব্লারবা মচেমশিংবু মহাক্লা কোনফেঙ-লমতৈবা য়াওহন্দে। পাম্থোই অদুক্কী মতীক চেকশিল্লী, কাউগন্দে, মহাক্লা নোংমতসু চাকখুমদগী চফ্-উয়ান ফেঙ-চান্নবগীদমক মশামক্লা থাংদোক-খোত্তোক্লুবনচিংবা তৌরমদে। অদুগা ফেঙদোক্লবা কোনশিং মহাক্লা চাকখুম য়ৌনা থাংজিল্লুদে। লমতৈবা মতমদা করিগুম্বা পোৎ-চৈ অমত্তা মহাক্লা শোক্লু-থেংলুবমদে। অদুগা চানীং-থক্নীংলকপকান্দসু পাম্থোইনা মহাক্কী মকুশীদা করিমত্তা চা-থক্লমদে।

অসুন্না ইমুংনা পাম্থোইবু নীতি খঙবী লমচৎ ব্যবহার চঙখোনবীনি খনবীবদুনা লৈকাইনসু মহাকপু ব্রাহ্মণ ওঙবদা মতীক চাবীনি ঙাঙনৈ। হনুবীশিংনা পাম্থোইগী রাশীলৈবা মায়দা চন্দণ থিনবা পকচবা, ঙাঙথোক্লকপদা নুংশিবা মরাহৈ-খোনদা. অহল-লমন মশকখঙবা মতৌদুবু থাগৎলদুনা হায়রি "নমৌ অতোম্বীসে মগুণ লৈখ্রে মোহিনী, মসিমক্লা মানা অরাংবা শাগৈদা তিঞ্জবা ফংলরিবনি" অসিগুম্বা থাগৎ-রাহৈসিগী অর্থ মহাক্কী মফমদা করিওইনা থোক্লিবা, কনানদি খঙবগে। অদুবু যুমথংনবা মৌশিংনা দেবব্রতবু নুপীথিবা হৈ লক্লবদদি, দেবব্রতদি মপানথোংদত নত্তনা থম্মোয়নুংদসু মোমোন নোকচদনা খক তোক্তে।

লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা পাম্থোইনা দেববু দেব ওইনা, অদুগা দেবনা পাম্থোইবু পাম্থোই ওইনা লোয়নরম্মী। লুহোংলবা মতুংদা দেবনা দেবব্রত শর্মা অদুগা পাম্থোইনা চোংথাম চনু পাম্থোই ওল্লক্কনি হায়বা পাম্থোইনা কয়ারকহন্না শাজিন্নবা হোৎনদুনসু শাজিনবা ঙমহনখিদবদু দেবগী অঙকপা মগুণ অমননি হায়বসি লুহোংবা নুমিত্তগী পাম্থোইনা তপ্ন-তপ্ন খঙবা হৌরকই। লুহোংদ্রিঙৈদা জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবগী মতাংদা মখোয়না কয়ারক হন্না নৈনখ্রে। ঙাঙনবা খূদিংদা পাম্থোই মাযথীবতা ওইখি। দেবনা মহাক্কী রাখল-মীৎয়েংদা অসিগুম্বা মতমগা চুনদ্রবা, মল্লবা, খূরবা রাখল-মীৎয়েং, কান্নদ্রবা চৎন-লোনচৎশিং অসিগী চন্নফম খজিক্তসু লৈতবগুম্না মশাবু উহল্লম্মী। মরমদুনা পাম্থোইনা দেবগী পূকচেলগী নাকল খূদিংমক চিংখদনা খঙলে হায়না মশামক লৌজখিবনি।

লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংমক্তা দেবগী ফুরিৎ য়াওদবা হকচাংদা শিরিবা অঙৌবা মচুগী লংলা মাপলগী লংহিং লঙ্গোলদু অহানবা উবমক্তদা পাম্থোইগী পুক্লিংদা মরম খঙদবা চৈনা অমনা খজিকখক্ থেংলম্বগুম থোকখি হায়বসি প্যাম্থোই মশানা মশাবুসু খঙহঞ্জনীংলমদে। অদুবু দেবগী ঙকশমদা শিরিবা মালা পরেংদুমদি মখোয় অনীগী অমত ওইবগী মরীগী মরক্তা য়াংলবা পল অমা তশেং-তশেংনা ওইখি।

দেবনা পাম্থোইগী চিংনবা অকিবদু নমহত্তুনা থম্নবদি হোৎনৈ অদুবু মদুবু পূমতান-তাম্থোক্তুনা মাঙহনখিনবদি তৌরমদে। অদুগা মদুনা মহাক্কী শাগৈ-জাৎকী করিগুম্বা থাজনবা অমগী ঙমখৈ অমা লোন্না ঙাক্লবা হোৎনরিব্রা হায়বদুসু তংদাংবা অমা খঙহন্দে। নুমিদাংদুমক্তা অসিমসু থোকখি— দেবব্রতনা মাগী লুহোংবদা ঙায়রিবী নূপীগী খুৎশাশিংদু নানবীরদুনা নুংশিনা হায়খি—

"নুংঙাইনা থমগদৌরিবনি।"

ইনৌ-নৌবা মীগুম্না ঙাঙলকপা য়াদু তাবদা পাম্থোইদু মখুত্তু খরদং চিংশিন্দুনা নোক্লীংবা খাঙদুনা ঙাইহাক লৈ। দেবব্রতনা মাগী খুৎতু অমুকসু লৌশিল্লগা হান্নগুম্না তপ্না নানবীরদুনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই—

"নঙ শূকরা-য়াররোয়দবনি, নঙনা চাক শূকথোং-থোংলোয়।"

হন্দক্তি ঈংনা লূম্নবা দেবব্রতগী নুংশিবনা থল্লবা ফাগিগুম্লবা য়াহৈগী ব্রজ পাম্থোইগী কোকথক্তা তাখ্রে। ইখং-খংনা য়েংখৎলকপা য়াহংনা থল্লবা মীৎয়েংদুগী পাউখুম ওইনা মহাক্না মখা তারকই—

"ঐখোয়গী ইমাসি লাই য়াম্না নীংই।"

.... মতাংসিদা পাম্থোইগী থম্মোয়দা করি থোকখ্রবগে মসি চাং তমদুনা হায়বা ঙম্লোয়। মরমদি, মহাক্কী মমীৎ লূকথখিবা অদু নত্তনা করিগুম্বা য়াহৈগী ঈঙ্গিৎ অমত্তা দেবব্রতনা ফংবা ঙমখিদে। দেবব্রতনা ঈকোম-কোম্না পায়দুনা থল্লিবা মখুৎ অদু চিংশিঞ্জনবগীদমক পাম্থোইনা মশাগী পাঙ্গল খুদিংমক খোমজিঞ্জখি। অদুবু মহাক খুৎ অদু মতোম্তা চিংশিঞ্জবা ঙমদনা চোকথখিরম্মী।

তোঙান্না লৈনরিঙৈ অদুক নক্লরম্বা অনীনা য়ুম অমতদা কা অমতদা পুন্না লৈমিন্নররবা নুমিত্তুমক্তদগী মখোয় অসুম্না লাপথোক্লরক্কনি হায়বসি থাজনীংঙাই ওইদ্রবা অশেংবা ওইরকখি। দেববতনা তাইবঙপালসিদা পাম্থোইগী অমত ঙায়রবা মপু ওইখিবা নুমিত্তুদগী হৌনা পাম্থোইগী থম্মোয়না অসুম্না মপু পান্দবগুম মনীং তম্লক্কনি হায়বা পাম্থোই মশামক্লসু

খঙজরমদে অমসুং খল্লমদে। মদুওইদুনসু পাম্থোইগী মপানথোংগী লীচৎকা পূক্লিংগী ঈচেলগদি তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা চৎনখিদুনা কনামত্তা খঙদ্রবা অচুম্বা অমা ওইনা নোংম-নোংমগী মপূং ফাগৎলকখি।

করিগুম্বা নুমিদাংশিংদা পাম্থোইনা চাউরবা মাগুপ অদু থুংনা ব্রাই তৈদুনা মদুনা নোংয়ায় মতুংফাওবা মতোম্‌তা লেম্থোকচনবা অচম্বা পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নৈ! মদু অউবশিংনা মরমওকপা ওইনা লৌই। অদুগা করিগুম্বা নুমিদাং খরদনা মহাক্না ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইরগা মপুরোইবগী মনাক্তা ফমদুনা ধর্মগী মরমদা ব্রা কয়া হংই, মপুরোইবনা পূক্লিং মকা-লাম্না পুন্নমক লীদুনা তাহল্লী। অদুবু ব্রা ঙাঙদনা থব্রায় য়াওনা তারিবা মহাক্কী থম্মোয়গী থূপ্লবা মফমদা শোক্লরিবা মনিল নাইদবা লাঞ্জাও অদুগী শাম্মিন খজিক্তসু মহাক্কী মপুরোইবনা ফংবা ঙম্লমদে।

নুমিদাংদদি মপুরোইবনা পাম্থোইবু লুন-চান্ন তৌবী, নুমিদাংদা মহাক্না ধর্ম খেন্নবগী ব্রা খক নীংশিংদে। অদুগুম্লবা মপুরোইবগী শক্লোন নাইবা মতৌদুদ পেনঙমদ্রদুনা নোংমা পাম্থোইনা ইফোং-ফোংনা অসুম্না হায়—

"নুমিদাংদদি নঙনা মীতৈ ওল্লিব্রা ঐনা বামোন ওল্লিব্রা, হেক হেক তৌরিবসিসু তঙাইফদবা অমবা?.... নুমিদাংসি ঐ পামদে। অমম্বসি ঐ হৈনদে। নুমিদাংদা, অমম্বনা ঐখোয়বু কূপশিল্লিব্রা নত্ত্রগা ঐখোয়না অমম্বদা লোৎলিব্রা হায়বসি খঙদোকপা চুম্মী, ঐহাক অমম্বসিদগী ইশাবু খাইদোকপা পাম্মী।"

অদুবু পাম্থোইগী মতীং লৈরবা ব্রাকৎ অদুবুসু নুমিদাংগী অমম্বনা অদুমক্ কূপশিনখি।

হক য়াওদবা মরীদি মপাঙ্গল অদুক্কী মতীক শোল্লী, মদু ইরায়-লায়নহেক তৎকনবা ওই। দেবব্রত অমদি পাম্থোইগী মরী অসি মনুং ইহো-হোবগুম্না পাম্থোইদা ফাওই। ধর্ম-জাৎতা ঙাওজবা, ধর্ম-জাৎকী ঙমখৈদগী হেন্দোকপা ঙমজদবা দেবব্রতগুম্বা মখলগী মীওই অমদি মখোয়গী ইমুংগী মীওইশিং অসিগুম্বা মীশিং অসিনা মীওইবগী অধিকারগী মরমদা করিগুম্বদসু খন্নরুদে, খন্নরগসু মখোয়না মদুগী ফল পুথোকপদি পাক্ ঙমদে, ঙম্লগসু মদু ওন্ন-তৈনগল্লী। পাম্থোইনা মপূক্লিংদা অসুম্না নৈনরকই,... ধর্ম হায়বসিবু মীনা মীবু নমথবা য়ানবা শেম্বা শাসন অমগী মমিংলা? ঙসিফাওবদা মীওইবগী মরক্তা ধর্মনা য়েংথীনবা নত্তনা করিবু পুরকখ্রবগে? ধর্মনা মীওইববু কাংলূপ নাইহন্দুনা লাপথোক্লবা তম্মী। ধর্মনা অফবা পাউতাক পী, অদুবু ধর্ম অদু চৎলিবা মীওইশংনা পাউতাকশিং অদুবু কদায়ফাওবা লৌশিনবা ঙম্লবগে অমদি মখোয়না মদুবু কদায় ফাওবা ঙাক্না চৎলবগে? মদুগী মহূত্তা

ধর্মবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা মীওইবা মশেল ঙম্বা তাগ্নে, চাউবা তাগ্নে। ধর্ম পূন্নমক্কী চপ-মান্নবা নুংগী ঈচেল অদুবুদি ধর্ম অমত্তগী জাতি অমত্তগী মীওইনা উদবগুম তৌই।... ধর্ম লৈরমদ্রবদি তাইবঙপালদা মীগ-মীগগী খেন্নবা লৈরমদবসু য়ায়।"

অসিগুম্বা মতমসিদা নোংমা মহাক্কা মন্দিরগী মনীংথংবা শরুক্তা হৌরিবা লাইওইরবা বকুলপাম্বীগী মখোঙদা ফমদুনা লৈরিঙে তাল্লক্ত হাওনূবী অমা চঙলক্তুনা ঈশিং থক্কে হায়রে। পাম্থোইনা ঈশিং লৌথোক্লদুনা পীথক্কে। নূপীদু ঈশিং থক্লবা মতুংদসু হৌগৎনীং দ্রবগুম উখাদুদা ফমদুনা ঙাইহাক লৈথোক্লম্মী। মহাক য়েংবদা য়াম্না চোকথনা উরে। হৌগত্তুনা চৎপা ঙমগদৎা মানদ্রে, পাম্থোইনা মহাকপু খামদুনা থম্লম্লগা অচাপোৎ খরা লৈরুদুনা হম্লকপা মতমদা হাওনূবীদু মখূৎনা মখোঙ পুনশিন্দুনা খূউদা মমায় উপশিন্দুনা ফম্লম্মী। ঙাইহাক্তুগী মনুংদা মহাক উইথরম্লে। পাম্থোইনা মাবু হৌদোক্তুনা পোৎ অদু পী। অহানবদদি মহাক্কা পোৎ অদু লৌ হায়বা য়ারমদে অদুবু পাম্থোইগী মায়থোঙদা তারিবা মাগী থম্মোয়গী অশেংবা মীনুংশিগী মমি অদুবু উরুবদগী অদুগুম্লবা মীনুংশিংদুবু মহাক্কা লৎনবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কা পোৎতু লৌদুনা ইকোই-কোইদনা চাগ্রবদা পাম্থোইনা মীৎ কুপ্তবমখে মানা চারিবদু য়েংদুনা লৈরম্মী। খরা চাবা হৌগৎলুরগা মহাক্কা হায়রকই—

"নঙসু চাও-ওনে ইচা।"

"হুম, ইমা লোইনা চারারো।"

পাম্থোইদি মহাক্কা মপৃকথন্ন চাখিবদু পাম্লম্মী।

"ঐকা চাবা মাংঙেকো।"

শকখঙনদ্রবী হাওনূবীদুগী করিসুলৈতবা ৱাহৈ খরদুনা পাম্থোইগী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদবা, শাফু কল্লবা চৈথেং অমনা খংয়ৈ-য়ৈখিরম্মী। মপূক্লিং শোম্থনা মহাক্কা খুম্লকই—

"নত্তেদা ইমা।"

অশেম্বা মীনোক অমনা মমীৎ অনীদা খঙহৌদনা ঈহৌরক্লিবদু থুনমক লোৎশিনখিদুনা চমোৎনবা ফি শেৎপী মরেক কাবী হনুবীদুগা নাপী মথক্তা মায়োক্লনা ফম্মিন্নদুনা চেদা হাপ্পা হোটেলগী অচাপোৎ অদু মহাক্কা চামিন্নরম্মী। মানা তৌরিবশিংদু মনেম্বোক্কা হৌবদগী য়েংলক্লি অদুবু মহাক্কদি মনেম্বোকপু উরমদে।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদু পাম্থোই মনেম্বোক্তগী হৌনলোনচৎ অশেং-অমাংগী মরমদা শাংলবা ভাষণ অমা ময়াম মমাঙদা তাবা ফংজরম্মী। পাম্থোই মীনি। মহাক্কা লোয়নদুনা লৈমিন্নরিবা মীওইশিং অদুনা পুখৎলক্লিবা মীগ-মীগগী খেন্নবা অরূম-অয়াংগী চোয়-চাং

অদু মহাক মশানসু মতমপূম্বদা ওঞ্জদুনত লৈরম্মী। অতোপ্পবু হুম্বনা য়েংবা মীৎয়েংবু মহাক্না ইকাইখুম্নবা ঙম্নমদে।

মরকসিদা পাম্বোই মশা লূম্নক্লে। মহাক্কী চিন্তাগী অনৌবা চারা অমসু ময়োল চোংলক্লে। মশাগী ঈতনা শাগৎচদুনা মীৎকুপ খুদিংগী মপুং ফাগৎলক্লিবা শকখঙদ্রিবা জীব অদুবুসু মহাক্না চিংনবা পোক্লক্লে। পোক্লক্কদৌরিবা অঙাং অদু ব্রাহ্মণ ওইগদৌরিব্রা? মীতৈ ওইগদৌরিব্রা? মপূক্তগী তাবা মচা অদুনা হয়েং ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লক্লগা মহাকপু পোকচরিবী মমা অদুবু মীতৈ ওইনা য়েংলক্লোয়দ্রা? মদুম্নমক থোক্লরগদি মহাক্কী মমাওইবগী থম্মোয় অদুনা থেংনগদৌরিবা চৈনা অদুনা মহাকপু মমা ওইনা কয়াকুইনা থম্বা ঙমগদগে? ৱাখলসিতনা পাম্বোইবু মীৎকুপ কাংদনা ওৎলক্লে। নৌরিবা থম্মোয়দুদা ইমুংদুগী হূ চেনবা ঈশিং-নুংশিৎ অদু য়ৈহন্দুনা মদুবু চুশিনহনখিগদবদু মহাক শূকপাম-পাম্নক্লে।

মেরা থানি। থা অসিদনি মহাক্না মশাগী যূম্নাক-শাগৈবু হন্দোক্লমদুনা অতোপ্পগী যূম্নাক-শাগৈদা চঙজরকখিবা। থা অসিদনি মহাক্না মপা-মমা মচীল-মনাউ পূম্নমকপু থাদোক্লমদুনা পুম্সিগী অৱা-নুংঙাই তম্মম্ম ওইরকখিবা মহাক্কী অপোকপা মপাগী য়ুম অদুবু তুংওইনরম্বা....। ঙসিদি মপুংফানা পাক্লবা থানা লৈজবা মঙালমখৈ পুথোক্তুনা পাম্বোইগী শূমহৎনীংঙাই ওইরবা নহাওইবগী থোৎ-নৌবগী ফজবগা চাংদম্নগে চোংথোরক্লি, অদুগা পাম্বোইনা মহাক্কী অমতঙায়রবা মরূপ বকুলপাম্বীগী মনাক্তা খোঙথাং তপ্প-তপ্প অসুম চৎলি। পুম্নম্বা শম্বুলনা মতোম্‌তা নাম্বজখিদুনা চপতিংনা তাখ্রি...., মাগী শাংলবা অমুবা শময়ামদু থাবলগী মঙালনা য়ৈবদা ইরং-লংখৎহল্লী। ঙসি, মী চীক্লবা মতমসিদা থাজনা পাম্বোইগী মায়থোঙগী নীংথিববু কূপ্পা য়েংলি অদুগা পাম্বোইনা থাজগী অঙ্গংববু থম্মোয়নুংদা চিংশিঞ্জদুনা মশাবু ঈংথহন্নবা হোৎনজরি...., উখাদা তারিবা বকুল মপালশিংদু ফিগাও শাদুনা অমমমতা খূঞ্জিল্লুরগা চঙশিন্দুনা উখোঙদা ঙাদুনা ফমথরম্মী...., ফিগাওদগী লৈমল চল্লবা বকুল মপালশিংদু খূজোক থন্না লৌখত্তুনা মনম নম্লম্মী...., লৈশিংদু খজাইদা, মীৎতা, চীম্বালদা থেংলম্মী...., লৈ খূজোক অদুদা মায় উপশিন্দুনা কুইনা লৈরুরগা হিক্-হিক্ কপ্লক্লে। মতমদুদা দেবব্রতনা মহাকপু কৌরকপা তায়। পিশিংদু ফাজীন্দুনা থিংননবা হোৎনরিঙৈ দেবব্রত য়ৌশিল্লক্তুনা হায়রৈ—

"সিদা কৈদৌরিবা?"

চঙশিন্দুনা মখূৎ পায়দুনা চিংলরে। পাম্বোইগী ফিগাওদগী, খূত্তগী লৈশিংদু অমুকহন্না,

হান্নগুন্না ইচাই-চাইনা লৈমায়দা তাখ্রে। দেবব্রতনা চানবীবগী খোঙ্গোক্তা হায়রক্লম্মী—

"লৈ খূন্দুনা শান্নরিব্রা, অঙাংমচাদৌনা?"

অদুবু মখূদাং পায়দুনা চিংলিবী মহাক্কী নূপীগী কংদ্রিবা মীৎকী পাশিং অদুবুদি নুমিদাং অদুদা মহাক্না উবা ফংখিদ্রে।

ছুটি নুমিৎ অমনি। দেবব্রতনা পুজারী ওইগদবনি হায়বা পাউ লাক্লম্মী। নুমিৎ অদু ইমুংগী মী খূদিংমক ঙন্না চৎনখিদুনা চাগদবসু মখোয় অনীতমক ঙায়হৌরে। কৈথেল চত্তুনা ঙা লৈরুরে। দেবব্রত ৱাখল নুংঙাইনা চাক থোংলম্মী। চাক লোইদুনা থিদোক্লবা তুংদা মহাক হান্না চাখ্রে। হেক লোইবগা পাম্বোইনা মানা চারম্বগী লুখাক-চগুমদু প্রপ-প্রপ শেংজিনবদু উরগা মহাক্না হায়রকই—

"কোন্ন-তৌবা য়াদ্র?"

খুন্নমদনা কোন পুদুনা থোকখ্রিবা পাম্বৌইবু য়েংদুনা লঙনহৌই—

"কয়াম হাউগে য়েংজৌ।"

পাম্বোইনা হঞ্জিল্লকপা মতমদদি দেবব্রত চাকশঙদা লৈরমদ্রে। শামূক মথক্তা থাঙ্গত্তুনা থল্লিবা চাক পুখমদু নীংথিনা কুপশিল্লন্নগা মহাক মপাল থোক্লক্লে। পাম্বোইনা মপালগী তৌগদবা মথৌশিং মথং-মথং তৌদুনা লৈবগুন্না দেবব্রতনা কাদগী অসুম উই। থেঙজিল্লক্লবদা চাকশঙদা চঙদুনা য়েংলুরগা পাম্বোইগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়রৈ—

"চাকচাদ্রবদি কৈদৌরে?"

পাউখুম ফংদ্রবা অমুকসু হংলকই —

"নশা ঙমদ্রবরা?"

".... কোন্না চাগে।"

"কোন্না হায়ববু, হৌজিক পূং কয়া তাখ্রে।"

পাম্বোই ফৎ হাইদোক্তুনা চৎখ্রগা মখোয়গী কাদা চঙখ্রে, দেবব্রতসু মতুং ইন্নখি।

কা মনুংদা মখোয় ফন-কুইনা ঙংনদুনা লৈখি। মমৈথঙদা মতম কুইনদগী য়োক্তুনা থম্নক্লবা মহাক্কী মপূক্লিংগী ৱারেপ অদু ফোঙদোক্লদুনা পাম্বোইনা হায়রকই—

"ইখূৎ চাবীদবা মীগী মখূৎ, ঐনা করিগী চাফম থোকপগে? হয়েংদগী ঐসু ইতোমতা থোংদুনা চাজগনি, মসিদা করিগুম্বা ময়াম্না য়ারোইদবা লৈরগদি, ঐগী অধিকার লৈত্রবা,

ঐবু দরকার ওইদ্রবা য়ূম অসি থাদোক্তুনা ঐ চৎখিবা তাবনি।"

অমুক্তা খল্লুদবা, থাজনীংঙাই ওইদ্রবা পাম্বোইগী মচীন্দগী থোক্কক্লিবা হক্সবা ৱাহৈশিংদু তাবদা, অদুগা অমুক্তা উখিদ্রিবা মহাক্কী শীংনবগী মতৌদু উবদা দেবব্রত জ্ঞান মাঙবগুম্না চপ-লেপ্তুনা লৈরম্মী। মখোয় অনী অসুম্না অমুক্তসু খোল কন্না ঙাঙনরক্তি। ৱাহৈ খরসিগী তুংদা কনাসু করিসু হায়নরক্রে। অদুবু ৱা ঙাঙদনা ফম্লিবা পাম্বোইদি ফিজিনা মমীৎশিংদু হন্না-হন্না তৈথোক্লি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংসু পাম্বোই চাক চাদ্রে। থংনবা নুমিত্তু অয়ুক্কী থবক খরা নোম্লম্লগা মহাক অমুক হঞ্জিন্দুনা হিপখি। চাক চাবা থোক্লক্তে। দেবব্রতনা মাবু চাক চারুনবা হন্না-হন্না হায়রক্লম্মী। মদুদগী মখোয় অরায়-অখুম খরা অমুক তৌনরম্লগা পাম্বোই অমুকহন্না তূমিন লৈশিনখ্রে। মীৎকূপ খরদং ইচীক-চীক্লা লৈরুরগা দেবব্রতনা হায়রকই—

"মসি চৎনবীনি হায়র্বসিবু নঙবু খঙবা ঙমদ্রবরা? পামদে হায়দুনা ঐনা নঙনা চৎনবীবু হেক্তা শেমদোকপা হোংদোকপা ঙমব্রা?"

ঙাইহাক কান্নরগা খরা তপথবা খোঞ্জেলদা মহাক্লা অমুকসু মখা তারকই—

"মীনা, মানা-মানা পোক্লুরিবা শাগৈ জাৎতুগী পারী-পুরীদগী চৎনদুনা লৈবম্লবা চৎনবীদুবু ঙাক্ল চত্তুগদি মহাকপু কনানা উশীৎপিগদগে, মাবু কনানা শন্মান তৌবীগদগে?"

".... চুম্মী. ঐনা ঐগী শাগৈ-জাৎ, হৌরকফম থিহৌদবা, নীংশিংহৌদবনা লানবনি।"

পম্বোইগী ৱাহৈনা অসিখক্ খুল্লকই অদুগা মহাক্লা মপূক্লিংদদি মপুরোইবগী ৱাহংদুগী মচীকচাবা পাউখুম পীহৌবি— "মীনা শেম্বা চৎনবীবু মীনা শেমদোকপা য়ারোইদবগী মরম করি লৈ? পূম্নমক্তগী, খ্বাইদগী নক্লবী হকচাং তম্বোয়নি হায়নরিবী লোয়নবী ওইবদি য়ারবী নূপী অদুগী মখূৎ চাবদা দোষ ওই হায়রিবা নখোয়গী চৎনবী. নখোয়গী নীতিদুবু ধর্ম কৌগদ্রা? মদুওইরবদি, অর্থ খঙদবা মন্ত্র খরনা আত্মাগী মরী লৈনদবা মী অনীবু অমতা ওইনা হেক্তা পুনশিন্দুনা থম্বা হায়বসিবু ওইথোকপা য়াবা ৱাফম্লা? নশানা নশাবু মীনমজরগা নখোয়না অতোপ্পগী মফমদগী করম্বা মখলগী ইজ্জৎ-শন্মান অমমুক ফংনীংলিবা?"

".... হৌজিক্তি নঙসু ইমুংসিগী মী অমা ওইরবনিনা ইমুংসিদা হান্না চৎনদুনা লৈরম্লবা নীতি-নিয়মদু নঙসু চৎফম থোকই হায়বতনি। মসি মহাক নথন্তদা থোকপসু নত্তে, পূম্নমক্কীনি। ইচম-চম্বা ৱাফম অসিবু নঙনা য়াম্না চাউথোকহল্লে।"

হন্দক্তি পাম্বোই দেবব্রতগী চীনথক্তা অমুকহন্না খুমগে হায়না অমুক খল্লুদ্রে। মপুরোইববু মরৌলৈনা য়েংলদুনা মহাক্লা মপূক্লিংদা হায়জরকই— "কনাগুম্বা নূপানা মাগী নূপীবু

মথানুংদা চেৎনা কোনশিনবীদুনা খুদোংথীবা পূম্বদগী ঙাক-শেন্দুনা থম্বী, অদুগা কনাগুম্ব নূপা খরনা মহাক্কী নূপীগী মথানুংদা ওন-থোইদুনা তাইবঙপালগী অৱা-অনা পূম্ব কাউথোক্তুনা মপুন্সি লেল্লী. অদুবু নঙদি অদুগুম্বা নূপাশিংদুগী মনুংদা অমত্তসু ওইদে নঙনা নঙগী নূপাথোকপা নতৌনা নূপীগী মপুক্কিংবুসু চিংশিনবীদে অদুগা নূপীগী নূপীওইব মতৌবুসু নহাক্না খঙবীদে। নঙবু ঐনা করম্বা মখলগী নূপা ওইনা লৌদুনা অসুকশাংব পুন্সি অসিদা খোঙলোয় ওইনা চৎমিন্নগদৌরিবনো!?... " মহাক্কী পূক্কিংদু করিগুম্বা ৱাকৎ নত্ত্রগা ৱাহংশিংনা পুমথন থনখ্রে হায়বসি মাগী মায়থোঙ অমদি মমীৎ অনীদুদা ময়েক শেংনা মমি তারি। ঈ থাংলবা, লেপ্পা লৈতনা পি চেম্থরক্লিবা মমীৎশিংদু চোকথবা নাইদনা মপুরোইববু যেংলি। থৌরবা মীৎয়েংদুগা মায়োক্লবা ঙমদ্রবগুম, ঈশোন্-শোম্থনা দেবব্রত পাম্থোইরোমদা চঙশিল্লকই। মায়োক্লনা, নক্লা লেপ্লদুনা মাগী কোকতা পায়গদবগী থাঙ্গৎলক্লিবা মপুরোইবগী খূৎ অদু কনথোক্লম্লগা থুনা-য়াঙনা মপাল্লোমদা থোকখিদুনা মহাক থোঙ্গাল লানখ্রে। ■


MANIPUR UNIVERSITY
11939 | Man
IMPHAL
LIBRARY

# মংদা পন্থুং

অনাবদুগী পুবা ঙমদ্রবা মঙক্তু মখারোমদা অমুক লৈথরকই. অৱাংলোমদা অমুক লৈথখি। মমীত্তু উইরুম-উইরুম ঙাইহাক-ঙাইহাক্তুং পাঙথোক্লকই, অমুকহেক উইশিল্লী। মরেক্-মহাউ য়াওদ্রবা, কংশিল্লবা, মৈতাল অশিবগুম্না কাহৎলবা মায়দুদা লেপ্পা লৈতনা কাখৎলক্লিবা হুমাং মরীকশিংদু অর্মাদি মতোল কায়-কায়দুনা মহী পীৎ-পীৎ থোক্লবা উরীংশিংদু ফি মচেৎ অমনা তপ্-তপ্ নপথোক্লদুনা লুখুম ময়া ওইরপ্না ইবেথোই ফম্মাঙদা লেপ্লি। মনঙ্গলদা থা মঙাগী অঙাংদু ৱাম্থ-ৱাম্থ কপ্লি। কপ্লিবদু ইবেথোই তাদবগুম্মী, মমীত্তু তরঙদা য়েংই, মকোকসু ঙাওরি-ঙাওরি তৌবগুম্মী। কুইরে, মহাক্লা তুম্না-চাবা মফম খঙলক্লিবা। ঙাইহাক্তুং মহূৎ শিন্দুনা অনাবদু শঙবিনবা কনাসু লৈতে। ইংখোলনুংগী মী অমা-অনী অদুক হংলবদুসু ঙাইহাক কুম্মৈ যেংলম্লগা হন্নখিবা ঙাক্তনি। ইমুংগী মীওইশিংন ফাওবা অনাবদুদ ঈশিং চামছু অমতং ইল্লগদবা হঙ্গোইনৈ।

চীম্বালদু কানন-কান্ননা লেঙলি, করিগুম্বা খরা হায়বগুম্মী, খোঞ্জেলদি থোক্লক্হে।
মদুসু উকদ্রে ইবেথোই। মহাক্কী মায়থোঙদা অৱাবা, নুংঙাইবা, আশা, নীংবকায়বা, অশাউবনচিংবা করিগুম্বা মখল অমতগী ৱাখলগী মমি তাবা উদে। ৱা ঙাঙদবদা নত্তনা মহাক্কী পৃক্নিংগী খোঙচৎসু লেপখ্রবগুম তৌই। অঙাংদু কপ্পা-কপ্পা তৃমথখ্রে।

করিগুম্বা অমা খংনীং-নীংশিংলকপগুম ইবেথোইনা মখৃত্তা পায়রম্লিবা ফি মচেত্তু কাংথোলগী লুখুমদা য়ানশিল্লম্লগা উপু ফাক্লুরি। মশীং য়ামশিল্লক্তুবা ফিশিংদু কোয়ওৎ-ওৎলদুনা থিবমখৈ থিবগা ইনফি অঙৌবদুমগা তাইদ্রিবা ফনেক অমখক লৈরিবদুগা শেগাদা য়েপ্পুনা থোক্লকই। অনীদ্ মঙায়রে মাগী অহনবা ফি হায়ববু। মহাক্না চৎখিগদবগী তৌরকপা মওংদু উবদা অনাবা মপুরোইবদু শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা ইবেথোইদা ৱানা য়েংলকই। খোঙথাং অমখক তপথরম্লগা হন্না য়েংলমদনা মহাক থোকখ্রে।

পৃংমুক্কী তুংদা আনুলকৌটা অমা পুদুনা ইবেথোই হল্লকই। শঙ্গোম শেমদুনা প্লাষ্টিক বটলদুদা হাপ্লিল্লে। পোৎস্বা মচাদু মাঙলোমদা ওত্থদুনা শঙ্গোম পীথক-পীথক্না অনাবগী মনাক্তা লাকই। কোকতু মখারোমদা হাইথদুনা লৈরম্লিবা ফীভমদু উবমক্তদা ইবেথোই খ্নাই লাউরম্মা ফাওখি। চঙশিন্দুনা মমায়দুদা নুন্না য়েংই . খরগহেন্না নকশিল্লক্তুনা মশা নোম্লুই ..। ইবেথোই মকোক উরু-রু লৈখংলকই। তুং হন্না মশাদু ইতাউ-তাউনা হন্দোরক্তুনা ফল্লাংদা ওাদুনা লেপ্পী। লাক্লনি খঙনা ঙাইরক্লবা মীংকুপ অদুগা হব-থেংনবরবদা তাইবঙপাল অসি শঙহৌদনা মমশিল্লকখি..: । ৱাখল থোক্তনা ফীভম অদুদা মহাক লেপ্পুনা লৈখ্রে।

মকোকতু শরা যাংলক্লবা মতমদুদা ইবেথোইনা ইমুংদগী কৌদুনা মনেমবোক্তা ৱাদু হায়রে। লৈকাইগী মী খরা লাক্লদুনা অশিবা হকচাংদু মাঙ্গোল ফম্মেনদা থাংদোক্তুনা থমখ্রে। চান্দনিনা ইবেথোইদা মাংৎচিনা ফল্লপ্-ফল্লপ্ যেংলদুনা মখোঞ্জেল ফাজিন্দুনা হায়রকই—

"নফি হোংদোকউ।"

ইবেথোই খুমদনা, ফিসু হোংদনা ইমুংদা নৈশিন্দুনা লৈ। মনেমবোক্না হান্নগী খোঞ্জেলদুদা অমুকসু হায়রকই---

"নফনেত্তু মদু নত্ত্রবদি অমতা লৈত্ররবা?"

"লৈত্রে, লৈত্রদুনা তৌরিবনি।"

"পৃঙৌফনেক অমফাওবা লৈত্রবকো?"

"য়োঙ্গোকখ্রবা, হৌভিক্ত যোল্লরিয়ে, অঙাং' শঙ্গোম লৈননবা।"

ইবেথোই খোঞ্জেল কনখৎলকই। মাঙোলদা লৈরিবা মীশিংদু ইমুংলোমদা হাইফেৎ-হাইফেৎ য়েংশিন্নরকই। ইমুংদদি ইবেথোই ঙাঙবা লেপত্রি—

"লুখ্রা ওইবা লাক্লিবনিদি খঙদবনিনা য়ূমদগী ময়াংলং ঙাক্তদি পুরকহৌদ্রে।"

"হরে-হরে কয়াদনো য়েংঙুনেহে।"

খূদোম্বী থিন্দুনা মতোমতা শোল্লম্লগা চান্দনি চৎখ্রে। ফনেক অমা পুরক্তুনা লংশিল্লে।

"সিনা কয়ানি শেত্তৌরিবা?"

"করিনোনে'সিবু, অঙাওমিহুল লৈবদুঙায়, মন্না শিরগা ফিঙৌ শেৎলু হায়ব শাউরিসিবো?"

ময়া চীক্লপ, খোয়দৌ থীৎনা হায়রকই চান্দনি।

"ঙাওই ঐখোয়দি, খঙবীহৌদ্রবো... হো ইমা নচাবু লৌশিনবীরো, হো পাবা...।"

ইবেথোই মমা-মপা কৌদুনা তেংথাথোকখ্রে। গতি লৈত্রদুনা মনেমবোক্তু ফিন্ধ-ফিরাং খুমজিন্দুনা তুমিন্না থোকখ্রে।

নোংমা হৌখি, নীনি হৌখি, মঙানিশুবা নুমিৎকী অয়ুক্তু মনেমবোক্না ইবেথোইবু পঙশিন্দুনা লৈশিল্লী হায়দুনা য়াম্না চৈ-থাংখি। মহাক মনাদ হাপ্পে। উচীন-নাচিন্না মনেম-মকুনা অঙ্গি শোনখ্রে। নীনি কোম্বদুদা খোয়শাউনরবা চান্দনিনা ইবেথোইদা হায়রকই

"তোক্লসি হায়ব্র শোরাৎসিবো?"

ইবেথোই খুমদে। খুম্নীংঙাই রা লৈতে। চান্দনি শাউবা হেঙ্গৎলকই।

"নঙবুনি ঐনা হায়রিবসি ইবেথোই, করিনো নঙনা হোয়-মাই অমত্তা হায়দ্রিবসিবো।"

"শোল্লবসু শোন্দ্রবসু অমহানি, হিংলিঙৈদা লোইনা লোইশিনবীবল্লবনিনা ঐগীদি করিসু উপাই লৈতে। চেঙ খরা চাবিবসি নহাল তাচৌনা কর্ম মনুং চাননবনি হায়দুনা অঙাং থাদুনা থিলহনবীরক্লম্বনি।"

"হস! কিবু-কিশিল্লক্লেনে ঐদি নঙবু ইবেম্মা।"

হায়নীংবা রা পুম্বা হায়দোকপা লোইরবগুম ইবেথোইসু অমুক খুম্লক্তনা ঈংনা লৈখ্রে। অশেংবমকসু মহাক মহৌশাগী ইবেথোইদু নত্ত্রে। মহাক্না মহাক্কী নাইতোম তারবা অমদি অরেপ্পা খঙদ্রবা মমা-মচাগী তোল্লবা পুন্সি অদুদগী হেন্দোকপা অতৈ অতোপ্পা রাখল অমমুক খল্লুবা ঙমদ্রে। তম্বা ঙমদ্রবা পুন্সিনি হায়দুনা হিংদবসু য়াদ, হিংদবা যাদে হায়দুনা মহাক করি তৌগদগে? শৃফম-নোম্ফম খঙদবনা ইবেথোই ককঙাওনরকপা কুইরক্লে। ধূপ খরা

শাজরম্মী মদুসু নৌরিঙৈদা লৌবীনবা খরা লৈরম্মী, হৌজিক্তি লৈকাই শ্বাই অনকপদা ধূপ শাদবা ইমুং লৈশিল্লক্কে হায়বা য়ারে। অদুবু মদুসু অঙাং য়াওদ্রিঙৈগী ৱানি। অঙাংসিমা য়াওশিল্লকপদগীদি মপুরোইবনা অনাবা কনশিল্লকপগা থা খরসিদি ইবেথোই খা-রাই খঙলক্কবনি। অঙাং অসিনা লেপ্ন-কোয়না চৎপা ঙম্নকপা ফাওবদংদি মহাক অমা নত্ত্রগা অমদগী তেংবাং খরদং পামই। অদুবু ইবেথোই, হান্নদগী ঈনথোকপিরক্লবা মনেম-মকুদা হায়জরুদুনদি মহাক্কী চঙজফম ফংগনি হায়বগী থাজবা লৈতে।

অষ্টি নুমিত্তসু ৱা ঙাঙন্নবা তাঞ্জা ফংহৌদ্রে। শ্রাদ্ধ নুমিত্তুমদি ইবোথোই মবুংবু কোয়শেন-শেন্নদুনা লৈরে। হল্লমদাইদা মবুংদু চঙলক্কুনা চৎলগে তাক্লে। মবুংগী ৱাদু ইতা-তাদনা মহাক্না হায়রকই—

"নোং-নীনি লৈরগা ঐ লাক্লগদবনি তাচৌ।"

ইঙক-ঙক্লা রামেশ্বরনা হংলকই—

"করিগী?"

"ঐ তাচৌগীদা লৈররগে।"

মবুংনা চমম্ননা লৈরিঙৈ ইবেথোইনা মখা তারকই—

"অঙাং মচাসিনগা ঐ য়াম্না ৱারে তাচৌ, ইতেং পাংবীনবা কনাসু লৈতে মফমসিদা।"

"নঙগী অৱাৎ-অপাদু তাচৌ য়েংলক্কে, অদুবু... লৈবগীদি ইবেথোই নঙ সিদশুম লৈয়ু।"

মবুংগী ৱা তারগা ইবেথোই, মহাক্না ময়ূম পান্দ্রিঙৈ মতমদা মতম খরদং মমাগা পূন্না মবুংগা লৈমিন্নরম্বদু পম্বদনা নীংশিংলক্লে। মহাক খনফম খঙলক্কে। মবুংগী ৱাদুদা য়েৎলুবা ঙমদ্রদুনা তৃমিন্না অদুমক লৈহৌরে।

ইকুই-কুইদ্রিঙৈ চহী অনীমুক্কী মমাঙগী হৌখ্রবা পুন্সিদুবু নীংশিংলুরগা মহাক্কী থম্মোয়দু পেন্দবনা থূমহৎলকই। খুঙ্গংদা লৈরম্বা মপা-মমাগী অমনবা য়ুমজাওদু মমীত্তা শং-শঙ উবকই। মতমদুগী চান্নবা-নুংশিনবতনা থল্লম্বা, নীংতম্লবা পুন্সি অদুগী মমি খজিক্তসু ঙসিদি মহাক্না মহাক্কী হৌজিক্কী ওইরিবা মপুন্সি অদুদা থিজবা ফংখিদ্রে। মতমদুগী চম্লবা পুন্সিদুবু ফংঙম্লরোয়দবা মতমসিদা পাম্মুজবা অসুম হেঙ্গৎলক্লি।

ইবেথোইগা মবুংগা চহী নীপালমুক কান্নে। মপা-মমাদ নত্তনা মবুংনসু মতম অমদদি ইবেথোইবু নুমিৎ-থাগুম য়েংজরম্মী। সরকারগী থবক তৌখিঙৈদগী চথোক-চৎশিন খুদোং চারক্তবদগী রামেশ্বর নূপী ময়ূমদা লৈখিবনি। খরা লৈরগা ইংখোল লৈদুনা য়ুম শাখি। মহাক্না ইম্ফালদা লৈখিবা চহী তরানিথোই-হুমদোইগী মতুংদা মপা লৈখিদে। মপা

লৈখিদবদগী রামেশ্বরনা মমাগা মচলগা কৌখত্তুনা মনাক্তা থমখি। মপা লৈতবা চহী ওন্দ্রিগৈঙে মমাসু লৈত্রে। মমাগী ফীরোয় য়ৌদ্রিগৈঙে মনম্মনা মহাক্কী চান্নজবী চান্দনিগী মমৌ ওইনা ইবেথোইবু পীথোকখি। অনৌবা মফম, অনৌবা ইমুং, অনৌবা শঙ্গশিংগী মরক্তা মীঙমজদবী ইবেথোই পাঙ্গল করিমত্তা থোকখিদে। হংগী লাইগুম্না মনম্মগী থৌশীল খূদিংমক্তা অপ্নবা লৈতনা ইয়াদ য়াবদা তাখি। অদুগা ঙসিনা মহাক্না মপুন্সিবু মরাইবক্তা শিন্নথোক্লবগী মহয় ওইনা পূন্নমক্না মহাকপু হূগুম্না কিনরি। খল্লুবা খূদিংদা ইবেথোই মপা-মমাতবু নীংশিং-নীংশিংদুনা কপ্লক্লে।

অৱাবগী অনৌবা তাংকক্ অমমুক থুংলরে। হান্ননা ঈনথোকপা মখল অমনি। হৌজিক্না মখল অমনি। নাইতোম তাবগী হায়রুরগদি, সংসারসিদা লৈরিবা মী হায়বজাৎ খূদিংমক অমতা ওইখ্রগা মহাক্ মথন্ত লাপ্না ঈনথোকপিবনি। শ্রাদ্ধ মতুংদগীদি চান্দনিসু হান্নগী চান্দনিদুদগী খরা হেনগৎপা চান্দনি অমা ওইরে। নুমিৎ খূদিংগী লেপ্তনা তকশিল্লকপা মনেম্মোক্কী চক্রিদা ইবেথোই খাঙবা ৱারে।

মবুংনা য়ারমদে খঙনা-খঙনা মপোৎ য়োমদুনা ইবেথোই মবুংগী য়ুমদা থুংলুরে। মহাক উবদা ইমুংগী মীওই পূন্নমক শ্বর ফুনবগুম্না তৌনখ্রে। মবুং, মনম্মা অমদি অঙাংশিং পূন্নমক থোক্লক্তুনা মহাকপু কোয়শিনদুনা লেপ্লরি। মহাক্না ফমথবা নংদ্রিগৈঙে মনম্মনা শাউরংননা হংলকই—

"করিনো ইবেথোই নঙনা তৌরক্লিবসিদি?"

"... ইনম্মা ঐ সিদা লৈজরগে।"

খোঞ্জেল নীক্না খুম্লকই ইবেথোই।

"করিনো নঙনা হায়রিবদুবো, আদা কৈদৌরদনা?"

পাউখুম পীদনা ইবেথোই কপ্পা হৌরকই, নমহৎলদুনা মনম্মনা হায়রকই—

"নত্তেনে কপখিনু, হান্না হায়খোনে নঙনা লাকপগী মরমদু...।"

"... ঐবু অসুকশাংবা পুন্সি অসিবু ঐগী কনাসু লৈতবা মফমদুদা ইতোমতা করম্না লেল্লু হায়রিবনো ইনম্মা।"

"নত্তে-নত্তে, নঙগী ৱাখলদু য়াম্না ওন্নরে ইবেথোই, কনাসু লৈতবা হায়ববু করিনো, মফমদুদা নঙগী পূন্নমক্ লৈরিবনি... নূপীগী মং মপামদা ওইগদবা নত্তে ইবেম্মা।"

"ইনম্মা!"

"ঙাইখো-ঙাইখো ঐ হায়গে।"

মবুংনা মনম্মবু থেমজিল্লকই অদুগা ইবেথোইদা তপ্না হায়রকই—

"ঐনা নঙগী নতেং শোয়দনা পাংলক্কনি হায়রম্লবমক্তদা নঙনা ঐখোয়দা করিমত্তা হংলমদনা কোকহেক লাকপসি য়াম্না লাল্লী ইবেথোই। নঙনা সিদা লৈবা হায়বসি নঙগী মাঙসু মাঙই, ফসু ফজদে.. .. চৎলূ-চৎলূ নীঙোলনা মপামদা হল্লক্কুনা লৈবা ইবুং পামদে।"

"নীঙোল হায়সিবু করিনো তাচৌ? নীঙোলগী হকচাং শাবদা মপা-মমাগী ঈ নত্তবা অতোপ্পা কনাগী ঈনা শাবগে? পিবাগী হকচাংদা চেনবা ঈনা করম্বনো, নীঙোলগী হকচাংদনা করম্বা ঈ চেনবগে? নূপী খূদিংমক হান্না নীঙোল ওইরগা কোন্না মৌ ওইবনি, ইনম্মসু হান্না য়ূমদা নীঙোল ওইরক্লিবনি, তাচৌদি পিবানি হায়দুনা নচানীঙোল ময়াম অমা হৌরক্লি হায়বফাওবা কাউরব্রা? কদায়দা চৎলূ হায়রিবনো, ঐবু শিখ্রো হায়ব্রা তাচৌ?"

"আদা নঙবু কনানা তাল্লবগেনে?"

নূং ওনখ্রবা মবুংগী থম্মোযনুংদা মাগী পিনা চঙশিনবা ঙল্লরোয় হায়বা তশেং-তশেংনা উবক্লবদুদা মহাক তূমিন্না লৈখ্রে। মহাক্না ব্রা ঙাঙলক্ত্রবদুদা নুংশাথীরবা মনম্মনা লৈতাদনা হায়রকই—

"অস কান্নদেসে ব্রা শাংথদনা, ঐদি শূকঙম ঙল্লোয় হায়রিবসিনি লৈমিন্নবা, ঐ কিজৈকো।"

".  চৎলো-চৎলো, থা খূদিংগী ইবুংনা নঙগী চান-থক্নবা থিনবীরক্কনি।"

মবুংনা ব্রাদু হায়বা লোইখ্রবদা তূমিন্না লৈরম্লগা ইবেথোইদু খংপেক-খংনা অমুক কপথোরক্লে। মপা-মমাবু কৌদুনা ও-খোংবমখৈ কপথোক্লুরগা চপ লেপখি। পি তৈথোক্তুনা লৈমায়দা শংত্রিক যেংলদুনা মফম খঙদবা থৌনা অমনা অচেৎপা ফিরেপ অমগা লোয়ননা মহাক্না হায়বকই—

"ফরে ইনম্মা. ইনম্মনা নচলগীদমক থিবীবা মংদুদা নচল চৎচরগে।" ■

# শঙ্গোমগী মমল

অমদা শঙ্গোম অমদা ঈশিং হাপ্পা লীটর কৃষ্ণামঙা-কৃষ্ণামঙা চনবা কেন অনীদু কোচি পানবা সাইকল কেরিয়রদুগী নাকল অনীদুদা অমমম অদুগা মমাঙদনা লীটর মঙাদমক চনবা প্লাষ্টিক থৌরীনা মরীপানবা মচাদুমা য়াল্লদুনা. য়েৎথংবা খোঙনেত্তু নেখবদা হকচাংদু য়েৎলোমদা পূংপৈ অমুক পৈথ, ওয়থংবা খোঙনেত্তু নেখবদা ওয়রোমদা মশাদু পূংপৈ অমুক পৈথ থ্বালা চন্দ্রশেখরনা থৌরকপা একাগাড়ীগী কোদ্রোক-কদ্রাক লাউবা মখোলদু মহাক্না য়ৌরক্কদবা ফনয়াম্না ৱাৎলিঙৈদগী তায়। গাড়ীদু থোঙ্গাল অমদা খামদুন থম্লম্লগা কেন মচাদু পায়দুনা কোম্থোঙদুগী মনুংলোমদা চঙশিল্লকই। য়েনখারোমদা অসুম লাক্তুনা য়ুমদুগী নাকথ মপা ওইরপ, চুরি তাফমদা লেপ্লগা খোঞ্জেল ৱাংনা মহাক্না হায়বকই—

"শঙ্গোম, শঙ্গোম।"

জীব অমতগী মশক উদে, খোঞ্জেল তাদে। অয়ুক্কী পূং তরূক মখায় তাখ্রবসিদসু ইমুং

অসি উন-ৱাইমুক চীক্লি। মাগী থুরিবা, চিল্লিবা মথৌসিগা শঙ্গোম পীরম্বগীদমক ওইরগদি কোক চৎখিনবু চুম্লবনি! অদুবু মহাক্না শাউনীংবা উৎপা খোঞ্জেলদি ওইরগা ফজবা লোনদা অমুক্তসু কৌরকই—

"ভাভী, ও-ভাভী. .।"

ইমুংদা, ফম্মুং-ফম্মুংদা মহৈ-মহৈ খুমদবা তান্নদুনা লৈরম্বনি অদুবু শকপান্নদুনহেক কৌরক্লবদুদদি রাধারাণীদু হীপফম খঙদ্রদুনা মরেঙ-মরেঙ চৎলক্লে। অদুবু শঙ্গোম য়োনবগী মমাঙদা খোক্লবগী ৱাখলদি হৌজিকসু মঙোন্দা লৈত্রি। মনেমদু ঙশায়না হৌগৎখ্রবনি, মা খোকখ্রসনু খন্দুনা লৈ। লৈখমনা কমদৌই— কৌরিবদু করিমত্তা তাদবগুম্না ফুঙ্গামপালদা ইরেন্না ফল্লি। খোক্লব্দি লায়রদুনা শঙ্গোম য়োনবগী খোঞ্জেলদু তাবদা শাউদুম-শাউনীংলকই। মাগী ৱাহৌদগীনি ইমুংদুগী মীশিংদু হৌজিকফাওবা অহিং নোংয়ায়গুম্না তুম্ন-হীপ্নদুনা লৈরিবা। মাগী শেল খরদুগী মরমদগীনি ঙরাং মচানা মপা ফুগে তৌখ্রিবা... অদুগসু করিতৌদনবু খুমজরুদগে, খল্লী লৈখম। ঙরাং ফংলকপা শেলদু ঙরাং য়ুম হেক্ য়ৌরকপগা খুদক্তা শ্বাই অদুম মাঙখ্রবনি ...., থা অহুম চুপ্পা শোত্তুনা চারকপা চেঙ-হৱাই, ঙা থুমদগী হেন্দোক্তুনা, পোৎয়েং-চৈয়েংগী খুদক-খুদক্কী ওইনা মীঙোন্দগী লাক্লবা ময়ামদু থা অনীখক্কী পেন্সন খজিকখক্তুনা থুংনবা তৈবদা খবরগীগা শঙ্গোমগগী লেমহৌদবনি। শেল লেমহৌদে হায়বা ইমুংগী মী লোইনমক্লা খঙলিবনি অদুবু ঙরাংগী ৱাফমদুঙাক নত্তনা নিংথৌনা মপা-মমাগী মথক্তা "মচা শেমগনি খঙদে" হায়বা মরালসিমদি মতম পুম্বদা শীদুনা অদুমক লাক্লি। মচে অনী ঙন্না ঙন্না চেনখি, ময়াম্বা অমদি মা মশামক্ ঙন্না-ঙন্না নুপী পুশিন্নরকই, লুহোংদবদি য়াদবনিনা হোঙঙী। মদুগী মতুংদা হৈক্রু মনাদা য়োম্বা তলবতুনা মপানা মখোয়গীদমক সরকারগী থবক অমুক লৈরুগদবসি করম্ননো! অদুবু হৌজিক মতমগী হৱা-নুংশিৎ মতাসিদা, অহল-মতম ওইরক্লবা পাঙ্গল ময়েং তারক্লবা মপানা, মপানি হায়দুনসু য়া কাথোক্লবা ঙম্বদি নত্তে। থাঙ্গৈশেংবদি মপা অদুদি মচানূপা অহলদুনা চীংমী নীঙোল দুগী মপামদা চীংদা লৈথোকখিবদুদুম মপূক্লিংদা বর পীরিবনি।

শেলগী ৱানা অমনি. শঙ্গোম থকপগী মরমসিমদি মরম চাফাত্তবকাদি নত্তে। মরমদি, অপীকপা অঙাং অমসু চেল্লিবী মশা ৱাই শংদ্রবী মমৌদু থা য়ামখৎ-য়ামখৎলক্লগা ময়াগা মমীৎকদা শুম ঙায়খৎলক্লে। শঙ্গোম য়োনবদুনা থোঙ্গালদু লানদুনা অয়ুক্কী অমুক, নুংথিলগী অমুক. নোংমগী অনীরক চৎলিবদুসু উরিবনিনা মীসু পংলৌ-লৌনরি খন্দুনা মচানূপানা হায়নদুনা শঙ্গোম পৱা অমমম খক লৌদুনা মমৌবু থকহনবনি। মসিমদি পংকায়-কায়বা

নত্তে। ভায়ানা করি থল্লী— নহাল অমুক থা অনীগী ফংখিবদুদসু পীনি-পীনি হায়রগা পীখিদে। শুম নমশিনখি শুম নমশিনখিদুনা মওং অমা চারক্লরোয় হন্দক্তি লৌহৌদবা শূকয়া য়াদে। মহাক্লা নাম্ম হাংদোক্লিবা থোঙদুদা য়েংলদুনা অমুকসু কৌরকই—

"ভাভী,.... কোন পুরো ভাভী।"

মপাদু তাদুনা লৈবা ঙম্নক্ত্রদুনা ফম্মুংদগী মমাদা হায়রকউ—

"নখোয়বু খরা থোকপা য়াদ্রবরনে....?"

তাজে হায়বদুমঙায় লৈখমদু কনাসু য়াওদনা মতোমদা ফম্বদুদসু মঙকতুম পৈথোকখি। মমৌদু ফম্মুংদগী লেঙম-শাঙমদনা থোক্লক্তুনা কোন লৌররে। মানা মাঙ্গোল য়ৌরকপদা শঙ্গোম য়োনবনা হায়রকপা তায়—

"করি তৌরে ভাভী, হন্না-হন্না কৌরে কনাসু খুমদ্রে....।"

রাধারানী খুমদনা কোন থম্মী। শঙ্গোম হৈবা লোইরগা চন্দ্রশেখরনা মমায় হঙ্গৎনা য়েংলদুনা হায়রকই—

"পৈশা?!"

ফিজিনা মমায়দু অমুক্তং নাম্থোক্লদুনা রাধারানীনা হায়রকই—

"পৈশাদু ফরক অমা তাদৌরে ভায়া।"

"করি ফরক তারে, ঙরাংদি ঙসি শোয়দনা পীগে হায়রে।"

"হোয়, অদো... কোন্নহৌদ্রে।"

"পীরোনে ভাভী, পৈশা য়াম্লেনে, থা তরূক ফবক তাদুনা লৈরে, শঙ্গোম লেপসি হায়বসু ভায়ানা য়াদ্রে।"

"পীববুদি ঐখোয়না হেন্না পীনীংলিবনিদা, তলবসিনা চাং নাইনা ফংখিদবদগী মথং-মথং শুম শোয়থখিদুনা তৌবনি.... হান্না নখোয়গী ভায়া অমদুদগী লৌরিঙৈদদি অমুক্তা শোয়রমদবনিদা।"

"বিনোদ ভায়াদি শাউবা হৈতে অদুবু মাসু তল্লে, পৈশা য়াম্না হাৎলে হায়রে, মাগী থবকসি ঐবু পীরে, মাদি ফমদুনা দুকানদা লৈরে।"

"হেরা ঐখোয়দি মঙোন্দদি অমুক্তা শোয়খিদ্রিদা।"

ৱা অমা-নী ঙাঙনরিঙৈদুদা ইমুংদগী চাউকান-চাউকান কান্দুনা থোক্লক্লগা নিংথৌদু মখোয়গী মনাক্তা লেপ্লরে। মমীতু ঙাংশঙ ঙাঙই। ঙরাংগী য়ুনম কোক্ত্রি। মাবু উবদা রাধারানী মমীৎ-মনা ইথক-থক্কৎলকই। শঙ্গোমদু পায়খৎলদুনা ইমুংলোমদা মায় ওনশিল্লক্লগা মহাক্লা

হায়রকই—

"হয়েং ঙাঙনরসি ভায়া....।"

শঙ্গোম য়োনবদু হান্নগী লেপফমদুদা লেপ্লি। মমায় লৈথোক্কে তৌরগা হায়রকই—

"ঙরাংস্‌ হয়েং হয়রে, ঙসিসু হয়েং হায়রে।"

মতাংসিদা নিংথৌগী তাঞ্জা ফংলে, মখূৎ থিন্দুনা শঙ্গোম য়োনবদুদা হায়—

"হে, নঙগী পৈশা কয়ানো?"

"চাতরেৎ-কা কুন।"

খরা তপথরদুনা শঙ্গোম য়োনবনা খুন্নক্লিবদু য়াম্না ফিংনা নিংথৌনা ওক্লকই—

"উঁ, নঙগী লুপাচাত্রেৎতু হাৎলনি; সি নত্র নঙ' হায়রি'সি হা? নঙগী লুপা চাত্রেৎতু শিংবা ঙস্মরোয় সিনে হায়বা।"

"ঙস্মোয় হায়দ্রেনে, কুইরে পীরো হায়বনে ভায়া।"

"শে-শে চাত্রেৎ কুন...।"

মাঙ্গোলদুদগী চুরিদা কুম্‌থরক্লগা নাকল্লোমদগী হাইজিনখিদুনা খুত্তুম নীংথিনা তাশিল্লদুনা নিংথৌনা শঙ্গোম য়োনবগী মমায়দুদা তিংখত্নুনা থিনজিনখিবা কিনদু, রাধারানীসু ভাব অমা তাহৌদ্রে। মানা ইমুংলোমদা লৈশিল্লরগা মমায় অদু লৈথোক্লকপদা চন্দ্রশেখরদু মখূৎ ওয়না মনাতোল খুমজিন্দুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক্তি রাধারানীসু হায়ফম-তৌফম খঙদদুনা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরে। মহাক্না মখূত্তু থাদোক্লকপা মতমদুদদি নাতোন্দগী নাহী তপ্না-তপ্না চেন্থবা হৌরক্লে। মদু উরকপদগী রাধারানীনা পাখৎনা লাউরকই—

"করিনো তৌবিসিবো...., ইমা! ....।"

খোনফমদু তাবদা ইমুংগী মী লোইনা মপান্দা চেন্থোক্লরক্লে। শঙ্গোম য়োনবনা ঈদু মখূৎনা তৈথোক-তৈথোক্লদুনা রা ঙাঙগদবগী তৌরকপদা ময়া অদুসু ঈ থোক্লমাক্লে। মতিলদু অমুক-অনীবক শীত্তোক্লুরগা মহাক্না কপ্ল-কপ্লদুনা হায়রকই—

"পুন্সিদা অফবা ওইরোয় নঙ,.... ঈশ্বরনা খঙগনি।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা থোকখিদুনা মহাক সাইকল ঈন্‌বা হৌখ্রে। মহাক্না চৎখিবদু খামগদবগী ময়ামনা ইন্নে...। নিংথৌনা শূমাঙদা লেপ্পা-লেপ্পা লাউহৌই—

"হৈ ময়াং মচা. বিহারী, ঐনা হায়রিবসি তাখো, নঙ হয়েংদগী লম্বীসিদা ফাওদুনা চৎপা য়ারোয় খঙঙব্রা, হেক চৎলম্মবা নথব্রায় মাঙেঙ খঙঙু...., নোহোয় নপা-নপুগী পৈশা পেকফম ওইরবোই নীংব্রা লমসে... , পৈশা য়াম্না প্রাম্রা হায়বু নথব্রায় মাঙদনা তোক্কনি।"

চৈনা-চৈনা নিংথৌগী খোন্দু নেমথরকই। ময়ামদু খাম্ম্ম খঙদদুনা লৈহৌরে। শঙ্গোম য়োনবদু মরোন্দা করি-করিনো ঙাঙলদুনা সাইকলদু ঈনদুনা চৎখ্রে। ■

## তর্পণ

লাংবনগী তরাতরক্কি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎনি। মহৌশা নানবগী মথক্তা ঙসিদি ইংখোল অসিগী থোঙ্গাল ৱাংমলান্না শীৎ-শেংখ্রবগী খুদম উই। করিগুম্বা মফম অমত্তদা অমোৎপা-অথীবা পোৎ মচা অমফাওবা উবা ফংদে। ঙস্তানা পুজারী লাকখ্রে, মদুগীসু মমাঙদা মৌ অতোম্বীনা অয়াম্বা থৌরাং মাঙজৌননা লোইশিন্নবা হোৎনখ্রবনি। মোড়া মরি-মঙা হান্নরা পুথোক্লম্লে। চুরুট-মৈখেৎ হাপ্পা প্লেট অমা শাঙ্গোয়গী ফক্লাং ময়াদা থম্লম্লি। পুজারীশিং হেক য়ৌরকপগা ফি হোংলে। মোড়া অমমম চিংশিন্দুনা ফিশিংদু মতাই ওইরপ্পা থম্নে। হৈরূক তাঙ্গ. পান তাঙ্গ, মোমবত্তী, ধূপ হাপ্পা লূকমায়দু লানশিল্লগা খরা অহল ওইবা পুজারীদুদা ওনশিন্দুনা হংলকই—

"ঐজ্জা লৈরঙ পুজাগীসি অমূক্তা য়েংবীয়ু।"

ঙশায়মখৈ পুজারীশিং অহলসু-নহাসু লোন্ন অমদি ফোংনা মৌ অতোম্বীগী মীৎ

থল্লবা মীওই-মীতৌ, খোঙদা খূৎতা, অথোৎপা খোঙয়ানা নূং-লৈঙোয় চনশিনখ্রবা লৈমায়দা ফারপ্-ফারপ্ থাংলিবা খোঙথাং অমত্তা চিংখদনা য়েংলম্মি। পুম্নে কুচুদা হেন্দোক্লা পান্বা কুচুদা মুগা মচুগী মুগা ফনেক্, শংবান্নবা মচুনা ধারী চেনবা অঙৌবা ইনফিনা কোক্ খুন্নপ তৌবা, পারপ তাবা মায়দাদ খোইতক্ খোইতকপা লুমাঙগী শম্দুনা মায়থোঙদুবু হন্না-হন্না উরবসু য়েংনীংবা পোকহল্লী। পুজারী অহলনা হাইফেৎ চঙশিল্লগা য়েংফাত্রিঙৈনা খুম্নকই—

"ঝাৎলম্নরোয়দা, শিজতোন্না হেন্না খঙলপোৎনি।"

মৌ অতোম্বীগা পুজারীগা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্মিন্নে। অতৈসু মোমোন-মোমোন তৌনৈ। ইমুংসিদা অসিগুম্বা উৎসবসি চহী অমদা অমুক্তং থোকপা থবক নত্তে, অমরোমদা চাকখুম অহুমথোকপা ইমুংসিগী নূপীশিংগী মনুংদা চেক্শিন খোনজিনবদ মৌ অতোম্বীগা লাম্বানবা য়াবা মীশক্ য়াওদে। পুজারী অহলগী ঝাদু চুমদবা নত্তে।

মৌ য়াইমসু থোক্রক্লে। শাগৈগী লৈশাবীমচা অম-নীসু থুংলরে, এঙ্খাং-নাপী হাপ্লা থুমোক্-য়াংকোক্, য়েন্দায়, কোমপাক, হোন্দোক্তুনা শেম-শাবা হৌরে। ময়াম্বুং অতোম্বনা খাজিন-খোৎচিন, মী ফম্ফম্নচিংবা শেম্মী। মমাম্বুং অহল পুন্নমক্তু থুংনবা য়েংলুরগা হায়রকই—

"করি-করি চিংখ-নাম্থবকা য়েংবীরেকো ঐজ্ঞা?"

পুজারীনা উদবা পোৎশিং নীংশিং-নীংশিংদুনা হংলকই। ময়াম্বুং অহলনা নত্ত্রগা মৌ অতোম্বীনা "লৈরে" "লৈরে" খুম্মী। অৱাৎপা লৈত্রে হায়না য়ানরে। তাল্লকসিদা মচেমশি অহল থুংলরে, ঙাঙ ঙাঙদুনা চঙলকই—

"মল্লিঙৈদা হৌদুনা লুজরবনি,.... তুম্বকা য়াবা নত্তে ঙন্না চৎনীংবনা, অদুবু থেঙখিবনা হেক্তা হাল্লী... হৌগৎপিরম্নে ঐজ্ঞা?"

"অহোয় সনাইবেম্মা।"

"খঙদেদা ঐজ্ঞা চহী য়ামশিল্লকপা হায়বসি থবক অমত্তা মঙম সান্দ্রেদা।"

মাঙ্গোল কাখৎখিদুনা ইমুংদা খোঙউপ, খাউনচিংবা থম্নুরগা শঙ্গোয়রোমদা লাক্লে।

ঙরাং থবক অয়াম্বা লোইশিল্লম্নবনি। নীঙোল পুন্নমক্ ঙরাং মানা-মানা কৎচবা হৱাই-চেঙৱাই, থাউ-থুম, মরোয় ফাওবা পুনরক্তুনা পুন্না শীলমিন-লাঙমিন্নরম্বনি। ঙরাং সনাতোম্বীদনি লাকখিদবা... অদুবু সনাতোম্বী লাক্তবগী মরমদি ঙরাং কনানসু হংনখিদে।

অমমম লাক্লদুনা নীঙোল তরূক পূল্লরে। মতমদুদদি সনাহনবীগী পূক্লিংদা করিগুম্বা অব্বাৎপা অমা লৈবগুম্না নিংকোক্-নিংকোক্ তয়াং-তয়াংবগুম্ব মা কন্না ফাওরক্লে। ঙরাংদি সনাতোম্বীগী ব্বা হৌদোকপদা হঙ্গোইনবগুম লোৎশিন্নখ্রবসু ঙসিদি সনাহনবীগী থম্মোয়দা ব্বাফমদু ফুমদুনা কুইনা থম্বা ঙমদনা মপান থোক্লকই—

"ওম্থোকপা অঙাং হায়বদুনি, মমাগীনি কৈদৌগে, ঙন্তানা লাক্তুনা শেম-শাবসিদসু ময়াওরবা য়ায়, মীতোপ্তুঙায়... মঙোন্দা কনানা পোৎ পুরক্তবা য়াদে, শেল পাংদবা য়াদে হায়রবগে...' লৈ মনা অমতং থম্মোয়শেংনা কৎলগা লোয়রে।"

অদুবু সনাহনবীগী পূক্লিংগী মমি কনাদসু তাদবগুম হান্না ব্বারী শারম্বা কাংবুনা পল্লুরবা ব্বারী মখা কায়দনা অদুমক চখনখি, তূমিন্ লৈরম্বা কাংবুনা তূমিন অদুম লৈশিনখি। খরা কাননরবা তুংদা মৌ অতোম্বীনা তপ্না হায়রকই—

"খঙদেনে মাবু না-য়েক্লবরা।"

মৌ অতোম্বীগী ফজরবা লোন্দাদুগী অর্থ মুন্না খঙনরবশিংদুগী মনুংদগী মচলনুপী উমানা তাপ্ ওক্তুনা খুম্নকই—

"কনানা নাজরুগদবনো ইনমশি।"

মৌ অতোম্বীগী ঙাঙন্নবা তাঞ্জা পীদনা ময়াম্বুং অহলগী মচানুপী পুস্পনা নোকঙাঙ-ঙাঙলদুনা খুম্নকই। পীশুম-শূক্লপ য়েংলম্নগা সনাহনবীনা হৌগৎখ্রিবদু থোইনা নাচুংনরুদনা মখা তানরকই—

"হায়বসু-হায়বনি, ঐখোয় সনাতোম্বীসি অতোন-অতাং ওইবগী অনম্ খরা কনবগা, লৈতবগী অফ-ফত্ত খঙলক্তবগা, মা কৈদা' মা তৌরবনি।"

"মানা কিবা, উশীৎপা, ইকাইবা মী লৈতে হৌজিকতা।"

মহৈ-মহৈ নুংদা ওম্নরম্বশিংদু নাকোই-নাকোইননা ফোংদোক্লবা হৌনরকই। লৈকাইদা ওংবী ইবেয়াইমদদি মনাউবু চৈবা য়াওদে, তূমিন্না ময়ামগী ব্বা তাদুনা লৈ, মঙোন্দা মনাউনা নোংমত্তা ঙারদে, মাগী চৈনীংঙাই মরম লৈতে। চহী খরা নৌবনরা মরী খরা লাপখিবনরা থূপচান্নবা লৈতনা পুস্পনা দোং হায়দোক্লকই—

"পাবুংনা পৈশা পীদবৈ শাউরি-ওইরিনি।"

লাইবক্তা শাই অমদি তুংগীনা লেংজুমদা কক্লগা পুনশিল্লিবা তেল্লবা মশমদু হাইহল্লদুনা পুস্পনা অমুকসু হায়রকই—

"অহায় খূদিংদা অমুক্তুং শোয়বগসি য়াদ্রে।"

"কয়া পীয়ু হায়রিবা?"

খঙনীংনা হংলকই উমানা।

"মঙা, মঙা, লীশিং মঙা।"

ময়ামদু চপ-মান্ননা ঙক্সিন্নবগুম মঙোন্দা পুল্লপ য়েংশিল্লকই।

" এ! করিগীনি হায় অদুদি?"

তিলোতমানা ইপা-পাখৎনা হংলকই।

"মমোন ফখ্রবা ইনাউনিদনা।"

শিংজমৈ ওংবী রমানা ওকখি।

"... ঐগীদা থবকশূবা খরা য়াওরম্বদুসু মরি-মঙানি লাক্লম্লগা লাকখিদ্রে কৈদৌরবনো খল্লগা... খুৎ তৎপমখৈ ফি শূরগা, চনাং থারগা, খুৎশূমল অদুখক্ পী অদাখক পী হায়দনা মীঙোন্দহেক হুল্লমী।"

"হৈমা, ঐবু ঐখোয়' ষ্টাফ পূনবী মখোয়লৈকাইগী নূপী অমদা মানা মূৎলিবসি ঐনা মূৎহল্লিবনি হায়-হায়দনা ময়াম্না ঐবু ভাব অমা তৌবীরবনিনে, ... ঈপোৎসু মাঙবা বদনামসু থোংবীবা.... মানা শ্রু-শ্রু নৈদুনা মীগী শাবদগী অমুকফাও শিজদ্রিবা তুলা অনীমখায়গী খূজিদুবু বন্ধপ থম্বীখ্রগা হনবসু হনবীদ্রবা অদুগা...।"

"মদু খজিক্তফাও হঞ্জিল্লকখিদ্রবরা ইনেশি?"

"মচীৎ-মচীৎ খরবুদি পীরম্মে, অদুবু শীজিন্নফমদি খঙখিদ্রেদনা। অদুগসু ঐগী শেল শিংবদা মা মূৎলিবনি হায়বীরিবনিদনা।"

"মদুগীরাদি মাদি লৈশারিঙৈদা, ঐনা লীক্ ব্বায়বগী থা খূদিংগী শেন্দোয় লৌরিদুঙায়, অদুনা ঐ' ইচা অমত্তনা মাবু য়াদে।"

তেরা ওংবী মচে বিমলানা লাইমল কাঙনা হায়রকপদু তারগা ঙাইহাক্ ইচীক্-চীক্লা লৈনৈ।

".... হায়নরিসিনদি ঐনা ইফ-ফরেনেকো, চঙবসু ঙমদবা, চৈবসু ঙমদবা, হা - হা-হা।"

মৌ য়াইমনা মখোল বো-বো লাউনা ঙাঙলক্লগা হৌনা নোকথোকই, অদুগা হায়রকই—"মানা লৈশারিঙৈদা ঐনা মদুগী নূপাদুদা লৈরদি ঐগী ইনাক্তা চঙলক্কনু হায়খিবদুনা মা ঙসিফাওবা ঐঙোন্দা চঙলক্ত্রিবনি।"

মখোয় খূৎসু লেপ্তে, চীনসু পোখাদে। লৈশাবী মচাশিংদুদা থৌদাদুনা শেম্বা লোইরক-

লোইরকপা এঙ্খাংশিংদু পুজারীরোমদা লানশিনহল্লী। ঙাইহাক্ সরক্-শিরুরগা উরিপোক ওংবী তিলোনা ৱাখল তৌনা হংলকই—

"মাগী নূপাদুদি কমদৌরি?"

"মী ওৎলি।"

থওইদনা খুল্লকই পস্পনা।

"ফৎখিদ্রবজাৎনি মদু।"

"অদুনবু লাইনা পামদ্রিবনি, ... হঙ-হঙ তারদি হাৎকে হায়নি।"

হায়রগা পুস্প মথন্দা থিক্-থিক্ নোকচৈ। মতাংসিদা নম্‌শিল্লুরবা ৱারীগী হৌরকফমদু অমুক চিংথোক্লক্লে উমানা—

"অদুবু অদুকয়াম্বা পৈশাদুবু করিদা শীজিন্নবনি হায়গে?"

কুইনা থৈদোক্তুনা থম্লম্বা ৱাদু পনদবা য়াদ্রদুনা লকক্ তৌনা পুস্পনা হায়রকই—

"উম, ... মখারোমগী বীনাগী শিংনবনেয়ে।"

হন্দকসু ময়াম পূন্না ঙক্সিন্নবগুম অমুকসু মঙোন্দা পুল্লপ য়েংশিন্নরকই।

"কনাগী? ওইনাম বীনাসিগী?"

"হোয়।"

"এ! অসিদি কদোমদগী লাল্লুরিবা?"

"খঙদে-খঙদে, লৌনরমদায়দা ঐখোয়দ তাকপিরম্বসু নত্তে, ... হৌজিক্তদি অমসু-অমসু ইতৈ-তৈবীরে।"

হৌবদগী ময়ামগী মীচৈ খাঙলিবগুম লিপৎ-লিপৎ চত্তুনা অশীল-অরাঙ তৌনা-তৌনা মখোয়গী ৱারী তারিবা মনে-অহলদু মতাংসিদদি মমৌগী ৱাহৈশিংদু তাথোক্তুনা লৈথোকপা ঙম্লক্রবগুম চঙশিন্দুনা হংলকই—

"কয়া কুইরবা শেলনোনে?"

"চহী অহুম-মরি শুরে হায়ব্রা কৈনো, হন্দক্তা ঙ্রুঙ-ঙ্রুঙ ঙংখৎলকপা ওইরমাল্লে।"

"উমঁ! করম্লো।"

মনেহল মফমদুদগী থোকখ্রে। পুস্পনা কোথদুনা ঙাঙহৌই—

"মসিসু মতৌমান্দনা খোন য়াম্না কনমাল্লে, নৌনা নুংঙাইখৎলকপগী হৌনবা।"

"তৌরমগনি, ... লাদ চারম্বদগী পুখমদা চারকপা হায়নদায়নে।"

"শিংবা ঙম্মোয়দবা লৈরবদি মীগী শেল কৈদৌ পুবীরিনো, ঐখোয়না ৱারিঙৈদা

ইচেমশিখোয়দা লুপা তরাদ হংজরদেকায়না লোইরমাল্লে।"

"এ।"

"অ, ... লৌরমদাইদা কপ্‌-কপ্তুনা লীখিবা ৱারী ময়ামদু নীংশিংঙু-কাসু হায়-হায়য়ে।"

"কপ্পসু হৈখ্রবনি মাসু..., মসিমক্লহেক্ ৱাবনি, ৱাহৈ অমগা কপ্পগা, ৱাহৈ অমগা কপ্পগা...।"

ৱাহৈপরেংসি হায়বা লোইশিল্লকপদা খোঞ্জেল অসুম পিকথখিদুনা বিমলানা ঙাঙবা লেপখিবদগীদি অতৈসু তম্থনরকপগুম করিসু হায়নরক্ত্রে। থবকসু লোইশিল্লক্লে। ময়ামদু ইমুংদা মরী-মরী চঙনরক্লে।

সনাহনবী লৈকাইগী অহল-লমন ওক্লি, লাইরিক তারিবশিংদুগী মরক্তা চঙশিন্দুনসু ফম্লুই, হৌগত্তুনা চাক থোংফমদসু হাইফেৎ য়ৌশিল্লুই, অদুবু খ্বাইদগী তোয়রিবদি কোম্থোঙলোমদা য়েংবনি।

ইমুংদা মৌ অতোম্বীনা চা লোল্লুদুনা ময়ামদা য়েল্লম্লগা থোক্লক্লুনা সনাহনবীবু কোয়থি-থিদুনা কৌশিল্লরি। ময়াম চা থক্মিন্নদুনা ফম্মিন্নররবদা সনাহনবীনা ৱা হৌদোক্লকই।

"... ৱাসি সি-য়ৌনরে খঙলবদি, অমনা কোক্ পীথোকপিবদা কয়ায়াম্বা শেলনো নখোয়দবো? মতোমতগী ইজ্জৎতি নত্তেদনা মাঙলিবসি ... মীনবু ওম্থোক্লা নোক্লরিনি... ইকাইজখ্রে...।"

হৌফাত্তবা সনাহনবীগী খোঞ্জেলদু মৌশিংগী নকোঙদা হুৎচিন্দুনা চঙখি, কন্নাসু ৱা ঙাঙনদে। মৌ অহলদি অয়াম্বা থবক্তা মনীং থংই, ঙাঙথোক্লকপসু মোল্লী, তৌথোক্লকপসু মোল্লী, অচৌ-অশাং ইমুংগী মী মান্দবদা মানা মহেল্লে। হৌজিক-হৌজিক্কীদি ইমুংসিদা মচীন কন্না চৎলিবসি ময়াম্বুং অহলগী মচানূপী অহলনি। মহাক লুহোংখ্রবসু হৌজিকসু ইমুংসিগী মী ওইরি। নুমিৎ খুদিংগী ওফিস কারমদাইদা অঙাং থম্লম্লগা, কূম্লকপদা শোমদা কূম্লক্লুনা নুমিদাংগী চাক চারগা মতৈ-মনাউ, মচা অনীগা য়ুমদা থেঙনা হল্লী। মাগী নূপা অজীৎসু হৌজিক্তি ইমুংসিগী মীশিংদা চল্লে। পুস্প, ফিজেৎ-কুচু তনাল-তনাল্লী, ৱাঙাঙ-শাবান তপৌ-তপৌই, সনাদ সনানি। চাংমান্নবা অরংবা য়াতাদুনা নোকপদা মগুণ লৈহল্লী। ঙসিদি পুস্প, লৈমচু অৱাউবদা, কাংচেৎ মচুনা মপাল পারু চনবা মেখলাগুম্বা, শিঙ্ককী ফনেক অমা শেৎলী, পাম্বোম য়াওদবা ফুরিৎকী মথক্তা চন্দণ মচুগী মপাল পীক্লা লোন্‌বা পারবসু লিংনা তাবা ফি অমা শেগা ওম্থদুনা য়েৎপোই-ইনবোই তৌই। শিরি-চারিবা মরীক-মকোল্ অমমমতা ওইরবসু লূম-লূম লাওই। ইক্লিবা ফিগী ফিজীন পায়দুনা শান্নরদুনা খজিক্তুং

নেম্বা খোনফমদা পুস্পনা হায়—

"হন্দক্ত নত্তেদা ইনেশিচৌবী, তোয়মল্লদা...।"

"হোয়নে, হন্দক্ত নত্তে হায়বা ইনে খঙঙীনে ইনেগী পুস্প, অদুবু মাসিবু, সনাতোম্বীসিবু কনানো? নঙগা মাগা করি খৈন্নে মাসু ইমুংসিগী নীঙোল, নঙসু ইমুংসিগী নীঙোল,... নখোয়না মাবু লম্লানবা ওইনা খল্লগা ইমুংসিগা মাগা লৈনরিবা মরীসিবু হেক্তা তৎনবা য়ারদ্র? নহাকমকসু ননেদুগী মনমদা চাউরকখ্রিবনিনেহে ইবেম্মা...., ঐবুদি লৈজদবগা, শোঞ্জিল্লকপগা নোংমতসু ইনাউদুবু য়েংশিল্লুবা ঙমদে,... অদুবু ইনেগী থম্মোয়সিনদি ফত্ত্রবা, মরাইবকথীরবা ইনাউদুনা ইহেন-হেন্না নীংশিংঙিনে ইনেগী পুস্প।"

পুন্নমকপু চৈনা ফাওহল্লিবা ৱাহৈশিংদুনা মশাবুসু সোকহল্লদুনা শাংথনা ঙাঙবা ঙম্লক্রদুনা মহাক মশাবু ফাজিঞ্জখ্রে। ময়ামদু মীৎ কূপকনি কাউনবগুম চপ্-চপ্ য়ুংদুনা লৈনৈ। তাল্লকসিদা মপানগী থোঙলোমদগী খঙহৌদনা ফৎ চঙশিল্লক্তুনা মচেগী মনাক্তা নক্শিন্না লৈমায়দা নীঙ্গাংনা ফমথরদুনা ময়াম্মুং অহলনা ঈংনা হায়রকই—

"ঐসু তৌনীংদবা, তৌদবা নত্তেনে ইচেমশি, হন্দকসিদবু নাতৈ চাদবগী তৌবনি, অঙাং অনীগী শেল থাবগা, দেব-কর্মশিংসিগী পোৎয়েং-চৈয়েং ময়ামসিগা, হৌজিক মতমগী শেলখায়-থুমখায়শিংসিগা... ঐ ঙাওদুনা চৎকদৌরবজাৎনি সত্য, মীনদি খঙদ্রবা।"

"অদুবু নঙ নত্ত্রবসু অতৈসু লৈরিদনা, ...ঐখোয় অসুকয়াম্বসিবুদি ইমা লুখ্রাবীদুনা মফম খঙ-খঙনা থম্বীরম্মীদনা, মাদনি হিংজ্রোং-কাংজ্রোং হন্দোকপিরম্বা.... ঐখোয়না মহাকপু য়েংশিনবীবসিবু ঐখোয়গী তৌফমথোকপা ইথৌ নত্ত্রব্রা? মদুনা ইপা-ইমাগী লমল খজিক্তসু শিংদোকপা শক্লোয়দ্রনে? ... পুক্সিচুপ্পা য়েৎলগদবসু নত্তে, ... শিরমদাইদুদা ইমানা মাবু নখূত্তা শিন্নরম্বদু নঙনা কাউথোকপা ঙম্লবসু ইচেদি কাউবা ঙমদেনে সনাজাউবা।"

সনাহনবী ফিজি চিংখত্তুনা মীৎলু নপথোকই, মখোল থোক্লা নাতোল চিংখৎলী।

'ইহে!.... ঐখোয় ইচেমশিসিদি মওং অমনিদনা।"

সনাজাউবা হৌগৎলকই।

"হোয়-হোয়, নুংঙাইবা তরানা অৱাবা অমা শৌগৎপা ঙমদে হায়বা ৱা লৈবনি, চুম্মীদা ইচে খঙই...।"

সনাজাউবা খুন্নমদনা থোকখ্রে। তাল্লক্ য়েংদুনা মৌ অতোম্বীনা মাগীসু ৱা খরা হায়হৌনবা হোৎনরকই—

"থা অনীমুক্কী মমাঙদা মখোয়' য়াম্মুংনসু মখোয়গী মমান্নবা রোবিনদ্দগী মঙা অমসু

মানা পূবিদবা য়াদে'না পূবিশ্লবনি, মদু ঐখোযদি বীনাগীদু শিংগদবোই নীংলুরে।"

"য়ারে-য়ারে ইবেম্মা, ইনম্মা নখোয়দা শাউদে।"

সনাহনবী মাঙ্গোল্লোম্‌দা তপ্না থোকখ্রে। মানা থোকখ্রবদুদদি ৱারীগী মচীৎ-মখাক্ করিগুম্বা অমত্ত লেম্‌হৌদ্রবগা মান্নরে, কাদু মী লৈতবগুম্না চীকহৌরে।

নুমিৎ থেঙজিল্লকই, মী তিনখৎলকই। সনাহনবীগী পূক্লিং লৈতাদবা হেল্লকই। ঙাইহাক্ লৈতনা থোঙ্গাল্লোম্‌দা য়েংলম্বদগী কোম্থোঙ য়ৌরকই। অদুবু মখল কয়াগী গাড়ীশিংনা চৎফম লৈতবমখৈ খামজিল্লিবদু নত্তনা মহাক্না উনীংলিবদুদি উবা ফংখিদে। হঞ্জিল্লক্তুনা মৌপ্না য়াইমগী মচা-পাখং অমদা চঙশিন্দুনা হায়রুরি—

"ইবুংঙো, নঙ, ননেতোম্বীদু ঙহাক্তা লৌবীরুদনা?"

".... হৌজিকপু লাকউ য়াখিদ্রনে?"

"হোয়নে ইবুংঙো মদুসু...।"

সনাহনবী তূমিন্না তোকপদা মতাখি।

গোপালদেব লেঙলক্লে। হৌনবী মতুংইন্না লূক কৎখ্রে। সনাহনবী লৈ কৎপা চঙলকই। ইবুংঙো গোপালদেবগী চরণদা লৈ কৎনা-কৎনা... মমাগী অরোইবা মীৎকূপ্তা মমাবু কোয়শিল্লিবা অদুকয়াম্বা মচা-মমৌশিংগী মরক্তা মচা সনাতোম্বীতবু চিংন-চিংন য়েংদুনা কংলবা মমাগী মীৎলুদগী লীক্ল তাখিবা তরং-তরংলবা পিরিক্ অমা-নীদু সনাহনবীগী মাঙদা ইরং-লংনা চোংথোরক্লে, মতৎ-মতৎ ওইনা সনাজাউবদা শিন্নরম্বা ৱাহৈশিংদুসু খোঞ্জেল হৌনা তারক্লে। ঈচাউগুম্না হৌরক্লিবা পিগী ঈচেল থিংবা ঙমদনা সনাহনবীনা হান্নগুম্না শেঙ্গাদগী লৈ লৌদুনা অমুকসু হন্না লৈ কৎলকই। মহাক্না কপ্লদুনা হায়রকই—

"ইবুংঙো, ইনাউ সনাতোম্বীনা কৎচরিবা লৈনি, লৎনবীনুকো।" ■

## পাউখোঙ

(১)

ঙসিসু কুলবিধু ঙন্না থোক্লক্কুনা পশোৎকী হোটেলদা তল-চা ঙাইদুনা ফম্লরে। নীতিগুম্না হোটেলগী খবরদু ঙসিসু থৱায় য়াওনা পারি। কুইদ্রি, থা খরসিগী মনুংসিদনি কুলবিধুগী অনৌবা মতৌ অসিনা মমা পুকুংদগী লোয়নবক্লবা মচৎমক্তগী হেন্দোক্লক্লিবা। মহাক্কী মহৌশাগী শাউগনবা, নুপী-অঙাং ফৃগন-চৈগনবা হৈনবী শাজৎ পুম্বদু ঙসিদি শৃৎ নানথ্রবনি। ঙাইহাক্কী মনুংদা লৈকাইগী নুপা অনী-হুমসু থোক্লরক্কুনা মহাক্না ফম্লিবা ফালশাংদুমক্তদা, মাগী মনাকমক্কুদা ফম্লবসু য়াওরি অদুবু খবরদগী মমায় লৈথোক্কুনা মহাক্না কনাবুসু কৌরুবা ঙমদ্রি। খোঞ্জেল থোক্তনা অসুম পারিবদুগী মবক-মরক থৎনা মহাক্কী মচীন্দগী অৱাবা ফোংদোকপগী মতেক-মতেক ওইবা ৱাহৈ অমা-অনী হেক্-হেক্ থোক্লকই। মতাংশিংদুদা নাকলদা মোড়া থাদুনা ফম্লরিবা তোমালনা মঙোনলোমদা ওনশিন্দুনা অমুক-মুক য়েংলকই।

অহানবা লামায়দু পাবা লোইশিল্লক্রবা মতমদুদা শ্বর হোন্দোক্লদুনা মীওই অমত্তদা অপান-নদনা ৱা ঙাঙবা হৌরকই—

"লোইরে, লৈপাক অসি মপু পান্দবা হায়বদু থাঙ্গেহেক শেংলে...।"

পশোংনা মমাঙদা থাংজিন্দুনা থল্লম্লবা চা গিলাসতু পায়খৎলদুনা চাদু অমুক-অনীরক চিংলুরগা কুলবিধুনা মহাক্কী নীন্দা চেনল্লবা ৱাঙাঙদু মপোপ ইকায়-কায়দনা মখা তারকই— "কুইররোয়, মীতৈ হায়বা জাতিসি শূকশোয়-শোয়দনা মূৎলনি।"

হন্দকমুক্তি তোমালগী মমীৎ-মনাদু খংশিং-শিংগৎলকপগুম তৌরকই। অদুবু পায়রিবা চাদু নম্‌চিং-নমচিং চিংলিবদু নত্তনা করিসুদি খুল্লক্ত্রি। কুলবিধুসু চা থক্তুনা ঙাইহাক লৈখ্রে। চাদু থকপা প্রপ-প্রপ লোইশিল্লদুনা অহাঙবা গিলাসতু থমখ্রগা মীৎকূপমুক্কী তুংদা তোমালনা হংলকই—,

"করি পাউ য়াওরিবগে?"

"... করিপাউ অনৌববু য়াও'নি হায়বগে, নীতিগীসিঙায়, মীৎকূপ কাংদনা থোক্লিবা মীহাৎ-মীপুনগী পাউশিংসিনি।"

"লোইলম হায়বদু ওইরবনিনা, লোই মপুগী অওৎ-অনৈ খাঙদুনা লৈবা, মখোয়গী লাক্লোয়শিংগী মখূত্তা থৱায়না পোম্বা ওইবা হায়বসিদি লমদম অসিগী মীওই কাংলূপ অসিগী লাইবক্তা তম্লম্লবা শোয়ফদ্রবা নোংদমগা চপ-মান্নরবনি. মীখাপোনবা লৈবাক অমগী প্রজা ওইরিবা ঐখোয় অসিদি তশেং-তশেংলবা হংগী লাই হায়বদু ওইরবনি।"

থাজনীংঙাই ওইদ্রবা কুলবিধুগী চীন্দগী থোক্লক্লিবা ৱাদু তানা-তানা তোমালগী মায়থোঙদা হায়নীং-হংনীংবগী মমি তারক্লি, অদুবু মমূৎ-তানা ঙাঙলক্লিবা ৱা পরীং অদুদা থৎলুনবা মহাক্কী পাঙ্গল লৈত্রবগুম্না লেঙলম্লবা চীম্বালদু হজ্জিনখ্রে।

"মখোয়না ঙম্মী হায়বগী মতাগুম করিসু খঙজদ্রবা প্রজা কয়াবু কয়াদ নুংশি-হৈতনা কাপ-কাপ্তুনা হাত্তোকপিরিবা, মরাল লৈজদ্রবা মীওই কয়াগী পুন্সিবু কয়াদ মমল য়াওদনা মাঙহনবীরিবা ...., মায়কৈ অমদনা ময়াং সিফাইশিং অসিনা লমদম অসিগী চনুরা ইচা-ইমৌ কয়াগী ইজ্জৎপু কয়াদ উশীৎ থওইদনা খোঙ্গাওনরিবা, মপুরোইবগী, মচাগী মমাঙমক্তদা নূপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা হায়বসিদগীহেন্না তমথীবা মীওৎ-মীনৈ করিবু লৈরিবগেনে...., মসিগুম্বসি খল্লুরগদি ঐহাক , ইখূত্তা খূৎলাই পায়দুনা লানফাওবা চঙনীংই...।"

মহাক্কী অশেংবা থম্মোয়গী মপাউ চেল্লবা ৱাহৈশিং অদুগী অরোইবা শরূক অদু হায়না-হায়না মহাক খোঞ্জেল ওল্লকই, খূদুম্ শীংলকই। ওয়গী খূৎশাশিংনা মীৎলু অনীদা অমুক-

অনৌরক মারবগা নাখাঙদা পায়দুনা মমীৎ ওইশিন্দুনা ঙাইহাক লৈ। তাঞ্জাদু লৌদুনা খরদং নীংজিং-মাঙজিংনরপ তৌনা তোমালনা হায়রকই—

"ইবুংঙো কুল, ইবুংঙোগী অঙাং অমা,... য়ুমদা হঞ্জিল্লকখিদ্রে হায়বগুম তাখিবদুবো ?..."

"অহোয় তাদ।"

"অ, মখোয়গী নহারোল য়াওবা হায়দু শেংখ্রবনিনে?"

"মদুদি তাদ।"

"এ-এ. ইবুংঙো, ইবুংঙোগী অঙাংবু করম্বনোনে?"

"অঙাংসি, মহাক্কা তরেৎশুবনি তাদ, নুপাদনা মঙাশুবা হায়বতারে।"

"ও. মদুদি... , চহীবু কয়ামুক শুখ্রগেনে?"

". . মাগী চহীসিবু ঐবু ... তাপহেক্ হায়বা ঙমজদ্রে তাদ, মেত্রিক থাদ্রি, নোংমৈগী মথং নোংমৈ অমদা থাগদবনি।"

"পাম্মূইদা।"

"অহোয় তাদ, ইচাদু পাম্মূই অদবু . মূন্না খন্থরুরগদি থোইনবু পাম্মূকফম থোক্তবরা হায়নবু খন্দোক্লে।"

"কমদৌনা ইবুংঙো?"

"মীওইবা ঐখোয়সি অয়াম্বনা ইশা-ইশাগীতা খল্লিঙৈ, ইশাগীতা হোৎনরিঙৈ, লৈবাক্কী, মীয়ামগী, সমাজগীদমক, মীৎকৃপ অমত্তং কাইথোক্নুনা করিগুম্বা থবক অমত্তসু পাঙথোকপা ঙম্লদে। মবম অদুনা মশাগী ওইজবা থাদোক্নুনা মপুন্সি কখোকপা ঙম্বা মীওই খরদি মীয়ামগীদমক্ মতম খুদিংমক্তা য়াম্নমক্ দরকার ওইদুনতা লৈদো তাদ।"

"চুম্মী, কখোকপা খরা য়াওদবা য়াবা নত্তে, মদুদনে ইবুংঙো, ঐ অমা নঙ অমা লৈবাক্কীনি, মীযামগীনি হাযদনা, মরমচানা, মফমখঙনা, নাখৈশেংনা কখোক্লুবনা অমনিদো, মদু নত্তবদা, . কখোকপগী নামাদা য়াম্না লৈরেদনকো, মখল-মখল, হৌজিক্কালসিদদি শিবগী কিনরক্তবসিদদি...।"

"মী খুদিংকসি চপ মান্নবদি নত্তবনিনা ময়াম মরক্তা অশোয়বা অরানবা হায়বসি খরা অদুমক্ য়াওবা তাবনি, অদুবু তাদ, শিবগী রাসিদি কনাসু কিনরক্ত্রে হায়বমকপু য়াশিল্লক্রে....।"

"অদুবু শিবা কিদবা মীপূম খুদিংমকতি মরৈবাকনীংবা লোইনদি কৌরোয়দনা কুল।"

"নত্তে-নত্তে রাদু ওন্নরে, ঐনা হায়জবদি— মীওইবনা, মশাগী হক্ মাঙলক্লবা, মশাগী চাকথুং ফংলক্তবা, হিংবগী নামৎ মাঙলক্লবদি অশিবগী খায়াত্তা অকিবা লৈতনা চোংশিল্লকপা

হায়বসিদি হৌনশানি হায়জবতনি। মসিদি, ঐখোয় তাইবঙ মীদি থম্বু থমখিসি, পঙথ্রবা জীব শা-ঙা ফাওবা মীনাই ওইনীংবা কনাসু য়াওদে, বন্দী ওইনা কনাসু হিংনীংদে। মীখাপোল্লবা পুন্সিনা মশাগী নীং-তম্বা তান্দুনা ঈহৌরকপা হায়বসিদি মশানা অদুমক্ তাজরবা ৱাফম নত্ত্রনে তাদ?"

মীৎকূপ অমা-নী ৱা ঙাঙবা লেপ্তুনা তোমালগী মায়থোঙদা য়েংদুনা পাউখুম ঙাইদুনা ঙাইহাক লৈরুরগা তোমালনা করিগুম্বা অমদা কন্না খঞ্জিন্দুনা লৈরিবগুম তৌরিবা মওংদু উরদুনা ৱারীগী অহাঙবদু মশামক্তা শমজিঞ্জরকই—

"লুরিবসি, .... মীখাপোনবগী হৈনবী অসিদা কা-হেন্না চুশিনখিদুনা ঐখোয়সি মীখাপোল্লি হায়বফাওবা কাউশিল্লকপগুম্না ঐখোয় পূম্নমক্কী বুদ্ধি-লৌশিং হামচৎনরকপগুম তৌরক্লিবসিন্নি, ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সিশিং অসে মহাম তারবা পুন্সি ঙাক্লিনে তাদ, ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা পঙহৌবদগী ঙসি ঐখোয়গী মীরোল অসিনা মীনাই-নাইথাঙগী পুন্সি অসি ফংহৌরিবনি। অদুবু ঐখোয়গী তুংগী চারোল্-শূরোলদি মনীংতম্বা লৈবাক অমদা লৈজহৌনবা ঐখোয়না মখোযগীদমক হোৎনরমদবা য়াদে হায়দুনা ঙসিদি থৌনাফবা ইচা কয়ামা চোংথোক্লক্লিবসিনিনে।"

"খঙদে ইবো, খরনা নেযাদা, খরনা নোংমৈদা, পিবা মরাই তারিবসিদনিদো ঐখোয়না উরিবসিনা। লৈপাকসি খুত্তাক লানশিরে হায়বসিমসি অপঙসু-অশিংসু খঙনরবা ৱাফমনিদো..., মসিদবু কনানা তুংগী মীরোলগী আশানো তৌরুগদবা... লৈপাক পূম্বসি অচৌবা মংফম অমা ওইহৌরদ্র হায়বদুম খল্লক্লে নয়াম্বখোয়দি।"

"মদুনি-মদুনি।"

তোমালনা ঙাঙবা লোইশিনদ্রিঙৈদা কুলনা থর্থচিল্লকই—

"ভারত সরকারগী শরৌলাংসু মদুমক্তি, দ্রগকী লাং থাক্তুনা খুন্নাই অসিগী হৌবক্লিবা নহারোল অপূম্বসি তূম্না মাঙহন্নবা হোৎনরক্লিবা অসিমকসু মখোয়গী নাকোইনবা লাল্লোং অমনি। লোৎ-লোত্তুনা লৈবা লালহৌববুদি থি-থিদুনা ফাবা ঙম্লগা, মীরোৎ ওইনা লৈবসু নত্তবা দ্রগ কারবার তৌবা মীওইশিংবুদি ফাদ্রিবা অসিনা তাকপদি সরকার অসিগা দ্রগ লল্লোনবা কাংবুগা মরী লৈনৈ হায়বগী প্রমান নত্তনা করিবু ওইগদগে?"

"ঙাইখোদা কুল।"

"অশেংবনিনে তাদ, মমাঙঙৈদা, বৃটিশনা চাইনিজশিংবু কানি পীজদুনা পঙথহল্লগা হোংকোং লৌশিনখিবগী ৱারী লৈরিবনি। মদুবু "ওপীয়ম-ৱার" হায়দুনা ঙসিফাওবা

নীংশিংনবিবনি।"

"চাইনাগা মণিপুরগদি চাংদম্নরুখিনুদা, হাক্ষনবা থোক্কনি। অমরোমদা, ঐখোয়গী লৈবাক অসিদি নিংথৌ অনী পানবা লমনি হায়নরিবনি, নিংথৌ অনীমক্ মতীক-মগুণ চপ-মান্নরিবনি। দ্রগ য়োনবা, চাবা, থিংগেবু হায়রবদি, কয়াবু লুবা থবক্লো? মীয়াম্না কিন্নরিবদি সরকারবুসু নত্তনা .. সরকার পায়রিবা কাংবুমক্লফাওবা হঙ্গোইনরিবা মখোয়বু নত্ত্রো?"

"অদুদা, আইননা য়াদবা থবক তৌবশিংবু ফাগৎপা হায়বসিদি সরকারগী মথৌনিদো।"

"মান্নী অদুবু মসি লৈবাক্কীদি সমস্যানি.... ব্রাদি নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা হায়বা, মাঙলিবা, খোঙ্গাওনরিবা ইজ্জত্তুদি মহাক মতোমতগী ওইদৌরিব্রা? মরন্নাইরা? জাতিসিগী, লৈবাকসিগী ইজ্জত্তা করিমত্তা শোক্তুবজাৎলা? .. মসিগুম্বা ফীভম শোক্ল-শোক্লবা সমস্যা কয়াসিবুদি মতীকচাদ্রে, ফত্রে-তৌদ্রে খঙদুনা লৈরবা সরকারসিদতা ঈনথোক্তুনা, থৈদোক্তুনা মথম্বা, অদুগা মথৌদাংদি মশক খঙদনা হক, হক হায়দুনা, করম্বা মখলগী হক, করম্বা মখলগী নীংতম্বনো তাল্লিবসিবো, ... ইশম্হেক শম্না, ঙমখৈ ঙাকপগী ঈহৌদুদা শিখিবশিংদুবু কনা-কম্নানোনে? মীচম ঙাক্ত ওইরিনিনে? মরৈবাক নীংবা লৈবাক্কী সেবা তৌবা অমত্তা ওইরিরোই হায়বা।"

হন্দক্তি কুলবিধুদা নত্তনা হোটেলদুদা লৈরম্বা মী খুদিংমক্কী মমীৎশিংদু খূৎ-শা য়াওনা ঙাঙলক্লিবা তোমাললোমদা অমত্ত ওইনা য়েংশিন্নরক্লে। মতাংসিদা ঙসায়মখৈ মখোয়গী বাদু অমুক তা অমুক তা-দ, তৌরম্বা পশোৎনা খোঞ্জেল পৌরপনা ব্রা থূপচিল্লকই—

"হোয়দা-হোয়দা, লৌইশিল্লসি....মতম ফত্তবসিদা।"

পশোৎনা ব্রাদু হায়রকপগা ইখঙ-খঙহৌদনা তোমাল ফম্ফমদগী ফূক হৌগৎলকই। ফূবিৎখাউদগী লৌথোক্তুনা চাগী পৈশা থাদরগা তোমালনা হায়রকই—

".. মব্রা পাপি অমা তাইনবা ঙমদ্রিঙৈদা, মচা চন্দাল অমা চাউশিল্লকপগা চপ মান্নবনিনে লৈবাক অসে...।"

ব্রাদু হায়রম্লগা মহাক পম্থরমদ্রে। কুলবিধুসু ঙাংনীংলম্বা, হৈনীংলম্বা পুম্বদু খুদক্তুদা পুম্মাঙ-মাঙখ্রবগুম্না, ইতন-তম্থনা তোমালনা চৎখ্রিবদু য়েংদুনা তুমিন্না অদুমক লৈহৌরে।

(২)

ঙল্লকপা চহীগী ফাইরেল পঞ্চমী নুমিত্তা কুলবিধুগী পংপীকসু পীক্তবা, পংচাউসু চাউদবা ব্রাশীলৈনা শাজবা চেক্কী য়ুমদু শঙ্গারে। লৈকাইনহেক ব্রারীনৈ "মীনা মী য়াল্লিবা,

এঙ্গাংনা এঙ্গাং হাউরিবা"— মদুনসু লোইদে। ফিজেৎনে-লৈতেংনে, ৱাঙাংনে-শাঙাংনে, পুমনৌ-নৌথ্রবা খাবগী মমা ঙানবীগী মওং-মতৌমক্ত য়েংবদসু মী পূন্নমক য়া কানথ্রবনি। তৌবতবু, পূন্নমক অসি, য়ূম্লোন্নবা তোমালগী নূপী তমুদদি ফাগিগুন্নসু থোকই, নোকসু নোক্নীংলুদে। অহোইনদুম, মরমশিং অসিনা তমুগী পূক্নিংদা ঙাইহাক লৈতনা কক্-কক্ থিল্লক্লিবা কুইরবনি।

শঙ্গাবা নুমিৎকী থংনবা নুমিৎকী নুমিদাংনি। মৈরাশঙদা ফম্মিন্নরিবা ময়াম্না ঙাঙন-শানরিবা কয়াদু তমুগী নাদ চঙদে। ঙানবীতনি মানা উরিবা। ময়াম অসুম শানরকপা অতোপ্পা ৱারী অমগী মতাচাবা ৱাপাদগী তমুনা ঙানবীদা কোকহেক হংজিল্লকই।

"নচানুপাদুবু শূক্লাকমক লাক্তবরনে ঙানবী? মীগীদি নোং-ফাদোক লাক্তুনা অহিং অমা করি অমা ময়ূমদা লেক্লরৈ হায়নৈ।"

"লাক্তেদা ইচে, ... ঐসু উনীংবননে ইচাদো, ইনাক্তগী লাপথ্রবনরা করিনো, মাদবুহেক নীংশিংই, করি চারমগদগে করি থক্রমগদগেসু মখল্লী, করি থোক্রমগদগেসু মৱায়দো, খঙদেদা ঐ।"

"ঈ -পাউকাদি ফংইকো?"

তকশিল্লকই তমুনা। অদুবু ৱাহংসিগী মতাংসিদনি, খাবখোয়গী ইমুংগী মীওইশিংগী মপূক চেৎপগী প্রমান হেক-হেক্ ফংলিবা। চিন্তানা লূমথরবা কোক্ অদু পুবা ঙমশিল্লক্ত্রদুনা ঙানবীনা মমায় লূকথদুনা ৱা ঙাঙদনা অদুমক্ লৈথ্রবদুদদি মহাক্কী অৱাবা শরূক য়ারদুনা তমুনা মশানা হংদোকথ্রবা ৱাহংশিংদু নমশিঞ্জরদুনা অমুক হায়রকই—

"হোয়নে, নঙ য়াম্না ৱারমগনিবো, ফত্ত-নুংদ পাউ অমহেক্ তাবদা কনা ওইরিগবা হেক্ মনীংলিনিদো....।"

".... অদুক নৌরিবা, নুংঙাইনা লৈজগদবা মতমসিদা.... মখোয়নদি লৈবাক্কীনি হায়দুনা তূম্ফম-চাফম খঙদনা নোংজু-নুংশা খাঙদুনা লেপ্লিবা...., লৈবাক্সু মখোয়সু নুংশিবীবসু মখোয়গীদমক্ খনবীবসু নত্তবা, শিরগা মরন্নাই মাঙজবসিদা....।"

ইফোং-ফোংনা ঙানবী কপথোক্লককই। তৌবসু, অঙাং ওইরিঙৈ ঙাঙন-শানবা য়ারমখিদ্রবা মচা খাবতবুনি মহাক্না হৌজিক চাৱে চানা খল্লিবা, চৎলে চৎনা নীংলিবা। তূম্লমদাই খূদিংগী ঙানবী মচাবু শোম্লিবনি।

ঙাইহাক ৱাখল তৌরুরগা তমুনা ভাব তানা হায়রকই—

"অচুম্বা ৱানি, অৱাবা মা অমনা মতোম্তা ৱাজখিবা, মতোমতা মাঙজখিবা হায়বদু

তারে, নখোযনা ঙসি নুংঙাইরিবসি মহাক্ মশাদি য়াওজবা ফংদ্রিবসিনিদো..., ওয়্গোকপা মপোক হায়বদুনি মখোয়গী মপোক অসি।"

মথম্মোয় ফাজিন্দুনা ঙানবী কপ্পা তোকখ্রে। খুন্নকই—

"মশাদা থোক্তবা মীনদি অরাবসি খঙগদবা নত্তে ইচে, মরাইবক থীরবা ইচাদো মমা ঐগীদি মনিনি।"

"নত্তে, ঐনা তাববু ঙানবী....।"

থৌ ইশা-শাদনা তমুনা হায়রকই—

"মখোয়সিবু মতম খরা য়াওরব়গা অমুক তোকপা য়াবা অমসু লৈবমাল্লেনে? ....পোৎশংবম বিদুরগী মচাদু মদুনি হায়নে, .... ইমাইপেম্মা, মাগী বিদুরসিনা থায়না নংলম্বদু! ....হৌজিক্তি কোনুংদুঙায়খ্রে ময়ূমকাসিদি, ....লোইতোংবম কাহাইগী মতুং ইন্দুনা জুগালী ওইনা খরা-খরা চৎলগা নূপীদি অহমনিদো থিজিল্লিবা, মওং-মতৌনদি য়েংবদদি নূপাদা নুপাহেক মাল্লেদো, .মদুবু নূপী য়াইমদুদনি অঙাং খরা তাঙলিবা হায়ববু, ....চুম্লনে ঙানবী মীনা হায়নরিসিবো?"

"খঙজদেদা ইচে ঐ।"

"মদুমসু ওয়্গোক্লা কান্নখ্রপোৎনি হায়নৈনে? চুম্লিনিদা, মীনা হায়নবা হায়বসিবু পংহায়-হায়বা য়াবা নত্তে, মাগী মচাশিংদু থবক-ইনখাং তৌবকাসু থোইনা য়াওদে হায়নৈ।"

চীরোল-ওই করিওই তমুনা নাকোঙ ময়াদা নকশিল্লক্তুনা হায়রক্লিবা ৱাদুগী পাউখুম পীরক্লে ঙানবী। অমুক খুন্নকখিগদবগী মওংসু উবা ফংদ্রে। মতমদুদা তমুদু মশাদু তয়াং-তয়াংলবগুম ঙানবীরোমদগী মায় লৈথোক্লক্লে। য়ূমদগী পুথোক্লকপা ঙশায়মখৈ খূত্তা পায়দুনা লৈরম্বা বিড়ীদু চমখৎলে। ঙক পৈথরপ্. খূবীগা খূদোম্বীগা চপ্তুনা পায়রিবা বিড়ীদু কল্লকপেন্না চূপ্তুনা শ্বব শাংনা শাংনা চিংশিল্লদুনা হাউনা থক্কৎখ্রে।

(৩)

মচানূপী অহল ইন্দিরানা ফি লোল্লিবা কাদুদা চঙলক্তুনা ঙানবীনা ইশূক-শূকথনা ফম্লরিবা ঙাইহাক ওইরে। মেছিনগী মখোলদুনা মীৎকূপমুক্তং লেপখ্রিঙৈ তাল্লক্তুদা মমানা ইতপ-তপ্না মচাদা হংলকই—

"ঙসি-ঙরাংসি করি-করি পাউ ফওবকা য়াও-লাক্কেকো ইবেম্মা?"

মচানূপীদু পাউখুন্নক্তনা মহাক্লা তৌগদবদু তৌদুনা মীৎকূপ খরদং লৈরব়গা ফম্ফমদগী

হৌগৎলক্লে। ঙানবীনা মিপাইরবা ৱারবা খোঞ্জেলদা মথন্ত শোঞ্জরকই "....মঙ ওন্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে, ....মীৎ পান্থোমনা চোংলিবা"— ঙরাং-নহালগী অমনবা পাউ চেশিংদু থিরুদুনা পুরক্লগা ইন্দিরা মমাগী নাক্তা ফম্লরে। খবরশিংদু মমাঙদা থম্লগা অমত্তং পায়খত্তুনা হেডলাইনশিংদুদমক শৎ-শৎ য়েংলদুনা, ৱাহৈ খরদং খোঞ্জেল থোক্লা পারকই— "অশিবা হকচাং অমা ফংলে, ইম্ফাল এপ্রিল ৬,... ... ... ... ...।"

মখাদি খোঞ্জেল থোক্লক্লে। কলমদুমা পাবা লোইরগা লামায়শিংদু মচী-ময়া থুংনবা চেকশিন্না য়েংলব তুংদা মদুমা থমখ্রে।

মথং অমমুক পায়খৎলক্তুনা মদুমসু খোঞ্জেলথোক্লা পাবা হৌরকই "য়ু. জি. অমা ফারে... ... ... ... ... রতন এলাজ চিংখ্রেঙানবা, এলাইজ মালংবা... ... ... ... ...।"

মদুদগীদি তৃমিন্না অমুক পাথখ্রে।

"সপরমৈনাদা মীওই মরি হাৎখ্রে,... ... .. ... ... মশেল খুৎ থোক্লবনি হায়না চিংনবা থৌদোক্ অমদা ... ... .. ... ...।"

অতোপ্পা খবর অমমুক লৌখত্তুনা পাবা হৌগৎলম্বা পাউদু মমানা নাকোঙ থাঙ্গৎত্তুনা তানবা হোৎনরকই, অদুবু তাবা ফংখিদ্রে।

"পার্টিগী মিংদা শেল খায়রম্বা মীওই অনী চৈরাক পীখ্রে, ইম্ফাল, এপ্রিল ১০,... ... ... ... ...।"

মদুমা পাবা লোইরগা ইন্দিরানা করিসু হায়রক্তুনা খবরশিংদু পূনশিন্দুনা মমাঙদা হান্নগুম্না থমখ্রগা মমা-মচা করিসু হায়নদনা তৃমিন-তৃমিন ফমদুনা লৈনৈ।

মীৎকূপ খরা অসুন্না ফম্লম্লগা ঙানবীনা মচাগীদমক্ চীম্বাল লান্ন ঈশ্বরবু থৌনিজরকই "লাইনিংথৌ ইপাইবুংঙো নশৃগী য়ৈখায়-থিনগায় খুদোংথীবা পৃম্ববু নহাক্লা ঙাকথোকপিয়ুকো,

....ইমানৈমরেল শিদবী ইবেম্মা, মতম খৃদিংমক্তা ইচাবু নতম্বাক্তা কোনশিন্দুনা থম্বীয়ুকো ইমা।"

ঙরাং শজিবুগী নোংমপানবা মীতৈ চৈরাউবা নুমিৎনি। খাবগী মপা-মমা, মচে, নোংয়ায় মতুংফাওবা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা লৈখি। কাইনথঙদা ৱামল্লদুনা নোংঙাল্লমদাইদা তৃম্বা চঙনখিবনি। ইন্দিরানা য়াহৌবগী থোঙ হাংদোকপদা ৱারক্তা নুমিৎকী মশেক্-মঙাল ফৃদোক্লম্লে। মমাঙলোমদা ফাৎপা কোম্থোঙদুদা চুমদ্রীং য়েংথোক্লবদা, নৈরক্তা মী য়াম্না চৎনবা উই। খরা থোক্লক্তুনা ইন্দিরানা নৈরক্তা চৎলিবশিংদুগী মরক্তগী নৃপী অমদা

হংই—

"কৈদৌবা য়াওরগে ইনম্মা?"

"মনীংগী স্কুল-লমপাক্তা মী অশিবা অমা তাহৌরেয়ে।"

ইন্দিরা লরাই শাৎখ্রে। ইথক্-থক্কৎনা য়ূমলোমদা চেনশিল্লকই।

"ইমা, হো ইমা-ও মনীংদা অশিবা অমা তারে-য়ে।"

"হা' কদাযদা?।"

কুলবিধু ফম্মুংদগী চোংথরক্তুনা থোঙ্গাল্লোম্‌দা চেনথোকখ্রে। ঙানবী ফম্মুংদগী কপ্পা হৌবকই . ., ফি অমা পায়দুনা হৌগৎলক্তুনা কপ্ন- কপ্ন চেনখরে.... ইন্দিরাসু মমাগী তুংদা চেল্লকই।

স্কুল নাকলগী লমপাক্তু মীনা পূংমু-মুরল্লে। কূংলবা মীগী পল্লোন নমখায়দুনা ঙানবী মীরক্তা চঙশিনখি, মচানূপীসু মতুং ইল্লী। মীয়াম পূম্বদু ঙ্রঙ-ঙ্রঙ ঙংনরকই— "মমা লাকএ, মমা লাকএ" মদু তাবদা চঙশিনফম লৈতদুনা তুংদা লেপ্তুনা লৈরম্বা কুলবিধুসু নম্‌দুনা মীবক্তা চঙশিল্লকই।.... কোয়শিল্লিবা মীয়ামদুগী ময়ায়দুদা ঈনা লূপ্লবা হকচাংদু তাদুনা লৈরি, হকচাংদুগী মনাক্তুমক্তদা য়াম্না নক্লা ঙানবী ফম্প্রেন্না ফম্‌থরকই.... , পূমকূন কূম্থরকই.... !, লাইবক্লা লৈমায়দা তক্ল-তক্লদুনা মখূৎ অনীদুনা লম্পাক্কী অনেম্বা নাপীশিংদু খূবাম্‌-খূবাম্ ফোয়রদুনা মচাবু কৌদুনা তেংথারকই.... কোয়শিল্লিবা মীয়ামদুগী খ্বাইদগী মমাঙ থংনা ফল্লম্বী তমু, ঙানবীদা অমুক, তাদুনা লৈরিবা অশিবা হকাচাংদুদা অমুক কিরুপ্ কিকপ্ যেংলল্লগা মফি ফ্রঙ কন্দুনা মচীন পৈদুনা হৌগৎলকই, ....ঙশায় ঙানবীনা চঙশিল্লকখিবা মতৌ অদুগুম্না হন্দক অমুক তমুনা কূংলবা মীগী পল্লোলদু নম্‌খায়দুনা মীরক্তুদগী থোক্লকই। ■

# লৈবাকলৈ

ঙসি হিয়াঙ্গৈগী নীনি পানবা নীঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসি মীতৈনূপী পূম্বগী হৱাউ-তয়ামজবা নুমিৎনি। অদুবু মচাশিংবু করম্না থেমজিন্দুনা থম্লমগদগে হায়বসিদা লৈবাকলৈদি ঙসিনদুম থোইনা ৱারি....। মহাক্না মপামদা চাক্কৌবা চৎলক্ত্রিবসি কুমশিগদি মরিরক শুগদৌরিবনি। নীংবদি, মচাশিং চাউখিবনা হাল্লনি অমুক্তংদি পুবীদুনা চৎহৌগেদি কন্না নীংজবনি, অদুবু.... মপামনি হায়দুনসু অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা অচম্বা ফনেক-ফিমল অমা শেত্তুনা করম্নহেক চঙলুনি। ফিজেৎ তান্নবা অৱৈবা উখোরুবা নুমিৎসিদা সড়ক-লমজাও থোকপা য়াবা মচাশিংগী যুৎচাবা ফীজোল কদায়দগী লৌরুনি....। অদুগা, মায়কৈ অমরোমদনা অমুক, মহাক্না নুমিৎ কয়ানিদগী ঙাইজরক্লিবা মমল য়াম্লবা নুমিৎ অদু ঙসিনি। ঙসি লৈবাক্কী কুমহৈনি, টিকেৎ মমল তাঙনা য়োনগনি, শেন্দোং হেন্না ফংগদৌরিবনি....।

হীপ্লি হায়বতনি মশাদু পোখাদে, ওয়রোমদা অমুক চেপ, য়েৎলোমদা অমুক চেপ,

লৈবাকলৈ য়েন খোংলকপা ঙাইবদা কোক্কা মোনগা তাইনবা য়াদনা শাগৎলক্লে। হৌগত্তুনা থোঙ হাংলুবদদি মায়কৈ মরিমক পুংমম-মম্লম্লি। মমজরসনু খন্দুনা পায়া মতেক অমা পাযদুনা মপান্দা থোক্লক্লে। লীক্লানা চোৎলবা নাপী মরক্তুদা চেনচৎ চৎখিদুনা পুখ্রি য়ৌখ্রে। চান-য়া শেংলুরগা ইমুং-মাঙ্গোল শীৎচিল্লে। শুমজীৎ থম্লুরগা য়েনখারোমদা লাকই, চেঙকুপ হাপ্পা টিনদুদা খুৎ হূমজিন্দুনা য়েংই, করিমত্তা য়াওরমদ্রে। মিলদা চেঙকুপ শীংলম্বদু খাকপিরমগদ্র-খাকপিরম্মোইদ্র, শেল থম্লম্বসু নত্ত...., লৈরমদ্রবদি হৌরেলদি কমদৌনি! খন্না-খন্না ৱাই তৈবা হৌবকই। ইমুং, মাঙ্গোল, তুলসীবোঙ তৈবা লোইশিল্লকপা মতমদুদা নোংসু তপ্পা-তপ্পা ঙাম্নোরক্লে। তাঞ্জাদুদা মচানুপী অহলদু মমীৎ ঈফা-ফাজিল্লদুনা মখোঙ ফৈরেং-তুবেং থাংদুনা থোক্লক্লগা মনাক্তা লেপ্লরে। ৱাদি ঙাঙদে। লৈবাকলৈনা চৈবগুম্না হায়রকই—

"কৈদৌবা হৌগৎলক্লিনো সুকঙন্না? অঙাংদু মথন্দা থম্লম্মদি হৌরক্লনি।"

মচাদু খুমদে, ফমদুম ফমথরকই। মমানা কল্লপ্পা অমুকসু হায়—

"অঈংবসিদা অমুক ফমথরক্লিবসি করিগীনো চৎলু চঙঙু ইমুংদা।"

অঙাংদু হৌগত্তুনা তপ্লি-তপ্লি চৎখিদুনা মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা লেপখ্রে। লৈবাকলৈ মচাগী পুক্লিং খঙবগুম তৌই, মদুনা ওইবতায় মানা ঙসি মচাদা অমুক থোখ-নৌথরুদ্রিবা। ৱাই তৈবা লোইশিল্লে। ইংখোলদগী মরোয়-মপাং খরা হেক্লদুনা মচাদা পীরদুনা থৌদারকই—

"সে, সি ইমুংদা থম্লম্লগা হৈজ্রাঙ পুখোরকউ।"

নুপীমচাদু চঙখ্রি। লৈবাকলৈগী খোঞ্জেল তাবদা তূম্লম্বা ওক্তূসু হৌগৎলক্তুনা গো-গো খোংলক্লে। লাপ্লপ্পা লৈবাকলৈনা ওকতা হায়—

"ঙাইখো থম্বাল, যাম্না ঙল্লিকো.... নঙগী চাক-কা লৌরুদ্রি ঐ।"

লৈবাকলৈগী অহাঙবা মখুত্তুদা য়েংলগা ওকতূ মনাতোল শূক্কত্তুনা হেন্না-হেন্না খোংগৎলকউ। তাল্লক্তুদা মচানুপীনা থাঙ পীররে। মহাক্কা মচাদা হায়রকই—

"নমায়-নমীৎ তাথোকউ, অদুগা ফনেক অশেংবা পুথোক্লগা পুখ্রি মপালগী নুং মথক্তুদা থনম্মু।"

ৱাসি হায়না-হায়না লৈবাকলৈ হৈজ্রাঙ পায়দুনা লম্বীরোমদা থোকখ্রে।

লৈরক্তগী, খোংবাল পানদা হৌবা লম্বালশিংদু লেল্লদুনা পুশিল্লকই। পানখোকশিংদু চুরি তাফমদা খাদরম্লগা লূখাক টিনদু পায়দুনা মহাক অমুক থোক্লক্লে।

লৈকাইদগী খোম্লবা লূখাক-চগুম্না নিক্-নিক লাউরবা টিনদু লেংবানদা থোঙ্গৎলদুনা

লৈবাকলৈ হল্লক্লে। ওককোক্লোমদা চঙলক্তুনা মদুবু কোকঙৌগী খুদেংদুদা হৈদোক্তুনা পীজরে....। গর্ভপুরিবী ওকসিদা লৈবাকলৈগী অনীংবা পৃম্বা থমখ্রবনি। পুবা ৱারবা ওকপীগী কংলবা মপুক্তু য়েংলদুনা মহাক্লা নুমিৎ খূদিংগী ঈশ্বরবু খুরুমজে, খুরৌ-পল্লৌবা য়াওদনা ওকপীবু মমীৎ-মমায় পাঙহনবীয়ু, মাগী মচাশিংবু অশোয়-অঙাম য়াওদনা হিংহনবীয়ু নিজে। তুগদৌরবা য়ুম অদুবু কনবীনবা হায়জে। য়ুমসিদা লৈবাকলৈনা ফম্মুংদগী, শংবান্নবা অতিয়াদা থোকপা থা-থৱান য়েংদুনা অহিং কয়া তূম্বা য়াদনা লেল্লক্লিবা কুইরক্লে....। মপালথংবা ফক্লাংগী অয়াম্বা শরূক কীম্বরে...., অশীৎ-অৱান থা লাক্লনি, হান্নগী ঙাকখৎলিবা ৱা খরসিনা কূমশিসু য়ুমসিবু ঙাক্তুনা থম্বা ঙমখিদ্র?.... হ্মাং শ্বাই-শ্বাই তত্তনা কাংই লৈবাকলৈ, থাংঙমদ্রবা পোৎলূম অমা মতম চূপ্পদা পুরিবগম অশাংবা শ্বর তোয়না হোল্লী....। শ্বর হোন্দবমখৈ চারিবা ওকতুদা য়েংলদুনা মহাক্লা হায়রকই—

"চাশিল্লূ-চাশিল্লূ হৌরেলদি থেঙলনি, নঙ য়াম্না লাম্নদৌবনি।"

অঙাং অহলদু ওকচাক থোংবা হৈরে, নহালমখৈ মানা থেঙলক্কদবা লৈরবদি মচাদা হেক্-হেক্ শিন্নরম্বনি। অদুবু ঙসিদি মহাক্লা থবক অদু মচাদা শিন্নরম্বা ঙম্লোইদৌরি।

ওক মচীঞ্জক পীজবা লোইরদুনা লৈবাকলৈ পৃথ্রি রোমদা চৎখ্রে। কুইদে, তনহন-হল্লকই। চাকখুম চঙখিদুনা চাক মৈ থাগৎখ্রে। পূম্নমক লুখোই ফমুংদগী তারি-য়েংলি হায়বা চফূ থাঙ্গৎলকপগী মতাংদুদা খৌদেমদুনা তাক্লকই। লুখোইনা পীরক্লিবা ইঙ্গিত্তু লৈবাকলৈ খঙদবগা মান্নে, মহাক মথৌদগী পূক্লিং চোইথোক্লুদে। মথংদদি ৱাহৈ য়াওরকই—
"নঙ মঙায়রেহে থবক ফরিবসি।"

ৱাদু তারগা লৈবাকলৈ হেন্নদুম থবক কনখৎলকই, খাবৈ-চেগপ মখোল হৌগৎলকই।

নূপা অমা ওইবগী মমিংতা ঙায়রবা, মীওই চাদ্রবা লুখোইনা মহাক্কী করিগুম্বা মতেং অমতসু পাংবীবা ঙমদে। মদুগিসু মথক্তা মপাঙ্গল য়াওদবগী হৌনশা লুখোই থোইনদুম পূকচেল পীকই, খম্বল চাউই। লৈবাকলৈগী কোকথক্তা অততায় ওইনা নল্লিবা ভাব লুখোইনা কাউথোকপগুম তৌই। নূপী অমা ওইনা মহাকসু নূপাগী মরুম থূপ্তুনা হিংজবা পামজরম্বসু কনানা খঙবা? মদোমদদি নোংমতসু খল্লুদে লুখোইনা....। ফন কন্না হোৎনদুনসূ ওককা থানা পূক তরূক্তু পুনবা লাক্লরকপা লৈবাকলৈদা তয়াং-তয়াংনা থোক্লুক্তে। অদুগা, মমা অমা ওইরুরবী মহাক্লদি পীক্লিবা মচাশিংদুবু চারা কয়া পীজদনা লৈথোকপা ঙমগদগে?..
মমাগী দায়ত্বনা কনশিল্লকপনা মহাক্কী মফমদা মপুরোইবগী খোইখা-লিনখা, কৈরোল-লৈকাইগী মীনোক মীশা থোইদোকপা ৱাফম ওইরক্তে....। খনবমখৈ খল্লবতুংদা নোংমা

লৈকাইগী মচে থরোগী মতুং ইন্দুনা নহাওইবগী ইকাই-হঙ্গোইবা পুম্বা থাদোক্তুনা লৈবাকলৈ সিনেমা টিকেৎ য়োনবা চৎপা হৌখিবনি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা লুখোইগী মীত্তা মহাক্কী হোৎনজমল পুম্বা পাপকী মমল ওনখি, মহাক্কী হুমাংমল হু ওনখি, মহাক্না তৌজরুবা পুন্নমক তাৎ ওইনদা উরকখি।

অঙাং য়াইমদু তুম্বা হৌগৎলক্লে। মমানা চাক থোংবা য়েংদুনা ফল্লিবা মচেগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মহাকসু ফম্লরে। মমানা অঙাংদুদা ওনশিন্দুনা খংহায় হায়রকই—

"নঙমসু অমুক হৌগৎলক্লব্রা?"

মচাদুনা মতু ইপোন-পোন্না লৈখ্রবদুদা লৈবাকলৈসু তুমিন লৈখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা, অনী শুবক্লবদুদা মথৌনা লাক্লবগুম্না অঙাং অহলদুনা মমাদা হংলকই—

"ইমা ঐখোয় ঙসি অবোকখোয়দা চাক্কৌবা চৎলোইদ্রা?"

লৈবাকলৈ তাশিন্নদে। আলু শোইরি। ঙরাং তাউথোক্লম্বা ফাবৌঙাদু পুথোরকই। মচানা বাহৈপরেংদুমক অমুকসু হঞ্জিনদুনা হায়রকই—

"ইমা ঐখোয় ঙসি অবোকখোইদা চাক্কৌবা চৎলোইদ্রা?"

অঙাং যাইমদু মমাদা মুন্না য়েংলদুনা মচেগী বাহংগী পাউখুম যৌরাংনা ঙাইরি। মমানা হায়রকই—

"বেমবেম ঐ চাক থোংফমগা খঙদে, অমুক্তা চৎলোচো শ্বাইদা লৈরনু....।"

অঙাংদু চখোক্তে, মমায় লৃকথদুনা মখোঙবীদা খুজিন্না শীক-শীক্তুনা লৈ।

"মমা অখোয়সু চাক্কৌবা চৎকনিকো, কো মমা।"

চাক্কৌবা করিনো খঙদ্রিবা অঙাং য়াইমদুনা মরৈ কোল্লদুনা হায়রিবদু নমহৎলদুনা লৈবাকলৈনা হায়—

"নবান্নী তুমিন্না ঙাইহাক্তা লৈয়ু, ননাউ শোয়দনা হৌরক্লনি।"

শাউগৎলকপা মমাগী মতৌদুদা অঙাং অনীদু মখা তারক্লে।

চাক লোইশিল্লক্লে। পুখম অনীদা চালুক অনীদং নীংথিনা শেন্নদুনা থাঙ্গত্তুনা থমখ্রে। চাকখুম লোইশিল্লন্নগা থোক্লক্তুনা থুমোক অমা পায়দুনা মিলদা চৎখ্রে।

ঙাইহাক লৈবগা থুমোক অহাঙবদু অদুমক পুদুনা লৈবাকলৈ শৃকথনা হল্লকই। মানা হল্লকপদা অঙাং অতোম্বীদু কপ্তুনা লৈরম্লে। মপানা অঙাংশিংদুবু চৈ-থাংলম্লি। কপ্লম্বা অঙাংদু থেমজিন্দুনা মমায়-মমীৎ তাথোকপিদুনা মচাশিং কৌশিন্দুনা চাক পীজরে। মচে

অহলদুদি চাও হায়বা য়াদে। মমানা মহাকপু অমুক তক্করুদ্রে।

লৈবাকলৈ চৎননবা থৌরাং তৌরক্লে। অঙাং অহুমদু মমাগী মনাক্তা পুক্লপ লেপমিন্নরি। মমানা ফি হোংলকপা উবদা মচা য়াইমদুনা হায়রকই—

"মমা ঐসু লাক্লে চাক্লৌবা.... ঐসু লাক্লে মমা।"

"চাক্লৌবা চৎপা নত্তে ঐ।"

"কদায় চত্তোইবা অদোইদি?"

"থবক চৎকদৌরিবনি।"

"তল্লী মমা ঐ চাক্লৌবা লাক্লনি।"

য়াররোয় খল্লদুনা তপথরকই লৈবাকলৈ। মচাগী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই—

"য়েংঙোই থোই, মমা ব্রা হায়গে.... চাক্লৌবদিনে হৌরেল কোন্না চৎকদবনি, হৌজিক্তি মমা থবক চৎকদৌরিবনি...., হৌরেল মমানা হল্লক্লগনে চেচেখোয়, ননাউখোয়, ময়াম অবোকখোয়দা চাক্লৌবা চৎমিন্নদৌইনি হৌজিক্তি নঙ লাকপা য়াদেকো.... ইচাদি মরম-ওকপনি।"

মা অমদি মমানা থেমজিল্লে। অদুবু মচানুপী অহলদুদি পেরি-পেরি মমাবু য়েংদুনা লৈরি।

লৈবাকলৈ চৎকদৌরক্লে। তাঞ্জাসিদা লুখোইনা মথন্তা শোঞ্জবগুন্না খোঞ্জেল হৌরপনা হায়রকই-

"হুঁঃ কয়াদ কনখ্রবা নিযানো!!"

হন্দমুক্তি লৈবাকলৈ থম্মোয় খাইবোক তাখিবগুমখ্রে।

করিগুম্বা থরদি খুল্লগে খল্লদুনা মহাক মমায় লৈথোক্লকই অদুবু..., মীমান্নদ্রবা মপুরোইববু উরুবগদি মহাক্কী অশাউবদু মহী ওনখিদুনা মীৎপানদগী পাথরক্কদবগী তৌরিক্লবদু মতোমতা ফাজিঞ্জদুনা তূমিন্না অদুমক খাঙজিঞ্জখ্রে। অদুবু মদুসু লুখোইনদি করম্নসু খঙলুনি! নোংমতসু মহাক্লা লৈবাকলৈবু শকখঙনবা হোৎনরুদে....। লাইয়ৈ-য়ৈদুনা নারুবদগী চীন-লৈ ফাজিনখিদুনা ব্রা ঙাঙবা থোকখিদ্রবা মমাগা লোয়নদুনা চাউরকখিবী লৈবাকলৈগী তোপ-তোপ্পা পূকচেল অমনা মরম ওইদুনা মহাক্লা হকচাংগী ফীভম শোয়নাইরবা লুখোইগা য়ূম্বাল-লম্বীদা খোঙদামিন্নবদা মথম্মোয় চাউথোক্লা য়াখিবনি....। মীৎকূপ খরা মহাক তূমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা ফিগী খাউ অমা তাশিন্দুনা পায়রগা মহাক ইমুংদগী

থোক্লক্লে।

করম্না বাজার য়ৌখিবনো খঙহৌদনা হোল মমাঙদা লেপ্লম্লে।

"খরা ঙল্লকউ হায়রগা।"

থরোনা পীশিল্লক্লিবা টিকেৎশিংদু উরবা মতমদা মহাক জ্ঞান তারকই। টিকেৎশিং
য়োম্মিন্নরে। শেন্দোং কয়া কন্না ফংদে। মহূত্তগী খরদনি হেন্না য়োল্লিবা। অদুবু, ময়াম
নীংবা ইকায়-কায়নদে, টিকেৎ য়োল্লিবশিংদুগী মায়থোঙশিংদু মোৎচরবসু ঙসিদি ইঙান
ঙাল্লী।

সেকেন্ড-সো হৌখিবগা ঈকান-কান্নদনা য়েপ-য়েপ্লুনা লৈনরম্বা লাষ্ট-সোগী টিকেৎশিং
শক্তোক্লরক্লে। লৈবাকলৈদা হন্দকসু থরোনা টিকেৎ পীরকই। ইবা-বাদনা টিকেৎশিংদু মমলস
কানা শৎ-শৎ চৎখি।

লাষ্ট-সো হৌরমদাইনি। মীনা চীক্ল-চায়ন ঙমদনা ঈন্নখৎলক্লি। ইমুং হুম্না লাক্লবনা
অয়াম্বনি। মচী-মচীদা টিকেৎ য়োনবীশিংগা য়েংবা লাকপা কাংবূগা মনতিক্লরি। কুইর-
কুইরগা মমল অসুম হাইগৎলকই, লৈগদবা কাংবূসু ফংহৌররোয় মতানি।

কদোমদগীনো থানা গাড়ী অমা হোল মমাঙ চপ-চানা খংখাম খাম্লে। গীড়ীদগী ফন্-
ফন্ চোংথরক্লুনা চিনথ্রবদুদা, লীচৈ পায়বা খাকি শেৎপশিংদুনা মীরক্তা হূৎচিল্লকপদু মীৎকূপ
ফাদে, .... শোমদা মমল কয়া ঙাঙনরি...., মীৎশিং নাশিংজদ্রিবী লৈবাকলৈনা তুং ওম্থোক্লুনা
লৈরিঙৈ মনঙ্গলদা লামকন-কন্লকই। খংবোই-লাকপোই লৈথোরকপদা অমুকসু
কনশিল্লকই..., মদুমদি মখূত্তা পানহৌরে। মীয়ামদু মতাই-মতাইদা চেম্থোক্লদুনা লেপ-লেপ্লুনা
য়েংনরকই.... মীৎকূপমুক্তুগী মনুংদুদা ঙৌরোক-ঙৌবা লৈবাকলৈদু ঙাংশঙ ঙাঙশিল্লকই.... ।

"কাখৎলূ, কাখৎলূ, কাখৎলূ।"

কন্-কনদুনা হোইগৎখিবশিংদুদা লৈবাকলৈসু য়াওখি। ■

# মুক্তি

নোং-ঙানখিবা কুইরে। ফৈজুপ মনুংদা মীৎকপ থোকপদসু পূংমুক ফাজিল্লক্রে। ফৈজূপ্তু কোক মপামখৈ তপ্না হাইদোক্লকই। য়োহিলংদা মৈখু চুশিল্লবা অনেম্বা য়ূমথক্কী জিঙ্খদুদা মীৎয়েংফম তারুই। শ্বর অশাংবা অমতং হোল্লুরগা অৱাং ওন্না চেপ্লকই। ঙরাং কাঙ্খল থারমদনা তূমশিনখ্রবনি। ফক্লাং অহোবদা ফাওজিল্লকপা নুংশা মঙালনা ফৈজূপ মথক্তা তারি। ....খূৎনা লামদুনাথোঙনাও হাংদোক্লে। খোঙ্গ্রাউদা, ফুরিৎতা, কোয়মা-মাদুনা বিড়ি মচৈ অমা লৌথোক্লককই, চমখত্তুনা— মপালদা লীক্লানা চোৎলবা ফক্রোংগী মনঙ্গলদা অয়ুক্কী অমেঙবা নুমিৎকী মৈশানা য়ৈবদা তপ্না-তপ্না কারক্লিবা মনিলদুদা ৱাখল ইচঙ-চঙদনা য়েংলকই....।

মমানা পঙথবী লায়নানা নাদুনা ফম্মুংদা উতুপ তাবগুম্না তাখিবদগী চহী মরিরোমসি অফ-ফত্ত পূন্নমক অতাঙবনা পুরক্লি। হেক্ পোকচবা মচাফাওবনা হঙ্গোইরবা মমাগী সেবা

কনানা তেংবাংবীনীংগদগে। মতৌদু য়েংবা ঙমদদুনা ইবেমুনা ইতৎ-তত্তনা অতাঙববু নূপী থিনবা ঈনশিল্পী। অদুগা অৱা-নুংঙাই যোঙদোকফম কনাগুম্বা মীশক্ অমতং ফাওবা লৈতবা হায়বসি খ্বাইদগী তোনবা মীওইবগী মতৌনি হায়বা মতম শাংনা হকথেংনরক্রবা অতাঙবনসু মহৌশাগুম নূপীদা চীলহাউ থিরুনীংঙাই ওইদ্রবা, থিরুদ্রবা মতাংনি। হিংমিন্নবগী থৌদাংদুমতং পূকচেলতিংনা য়ামিন্ননবা অশেংবা মরূপ অমতংবু ফংলবদি মদুমক্লসু হেন্দোক্লা মমল য়াম্লে খল্লক্রবনি। মশাগী ফীভমনা পুমতন-তম্থখিদুনা মহাক চীন কাঙথোক্লুদ্রবতনি।

মরকসিদা, ইবেমু মতৈ-মনাওগী থৌরাংনা মনিশংবু অতাঙবদা উহনখ্রে। পাতক-চেংতকপা শাবান অমদি মায়থোঙদু য়েংবদা পংলি-লিনা উদ্রি। মুজরবসু মতৌ অমা লৈ। তুখোঙ লংবী মনিশং কেনা-লূনা হৌজরকপা অতাঙবগী খোয়দাজবমক্ থোকখ্রে। শকউর্নখিবা নুমিত্তুদগী, মফম-মতম নাইদনা, লম্বীদা, সড়কতা, চাকখুমদা, ফম্মুংদা, মনিশংগী শক্তম্না ফন্-ফন্ চোংথোক্লক্তুনা অতাঙববু খোয়রাংহল্লক্লি। অদুঙৈ, তম্মাতোম্বী লুহোংখিবদা অহিং কযা কপ্তুনা লেনখিবদু কদোমদগীনো নৌহৌননা নীংশিংলক্লি। উনগুম্না ফমজিল্লুরবা থম্মোয় মহী চেল্লকই। অরোইবা ওইখিবা য়ারিবা তাঞ্জাসিবুদি তম্মাতোম্বীগুম্না তবাইনা নাম্থোকহনখিবা মহাক তশেংনা পাম্লক্লে।

চহী নীফু হেঞ্জববসু চঙ-চঙ লাউরিবা পাখংনি। নূপানি, অহেনবমক্ নত্তবসু অনৌবা য়ুম্বাল অমগীদমক্ অনৌবা পোৎচাক খরা দরকার ওইরকই। ৱাগীবু ওইরো, উনবু ওইরো, নৌনা য়ুম অমা শাবগী পাম্বৈ হৌজিক শূক্লে-লৈত্রি। অদুমওইনমক, কা মচা অমতংদি তঙাইফদনা তপথনীংলি। পাকখল মচাসিদা চাকখুমসু পুল্লি, মৌ অমা লাক্লবদি য়ামদ্রবদা মমাগদি কা তোঙানদবা য়ারিব্রা? পূদুনা লঙদুনা ওইরবসু টিন মনা অনী-অহুমদং লৈবা ঙম্লবদি কন্না নীংলকই। অদুবু খুদোংচাদবা মতাংদা লাইরবগী মরী-মতা, কৈরোল-লৈকাই থিরুগদবসি কদায়দনো! ঙসিদি মহাক্কী মরূপ-মপিজা হায়ববু মায়কৈ তোঙান-তোঙানবদগী লাক্তুনা য়ুমথংনরিবা ভারাগী য়ুমসিদা পূন্না লৈমিন্নররিবা মীওইশিংসিনা ওইররি। মখোয়সু মাগুম্না মমিংতগী হিংলিবমক্তনি।.... কুইনা ফুম্বংনরুরবা মতুংদা পুংমূৎ-মূৎলুরবা বিড়িদু নীংশিংলক্তুনা অমুকহন্না মচীন্দা চুপ্লকই। ....নোংমগী ফংলক্লিবা ভারাসিনা চাবগা, হিদাক লাংথক্কদা ফুরিৎ অথাবা অমা লৈথোক্তুনা লীৎপা ঙমদ্রি। মতমসিদা নুমিদাং রিক্সো থৌবসু চৎনদ্রে, অয়ুক ঙন্না য়ুমদগী থোকপসু ঙমদে। শেম্থোক হেনগৎনবা অতোপ্পা লম্বী অমমুক লৈতে, চাদিং হম্থহন্দুনা হৌজিক-হৌজিক শেলবুন মচা অমা শাবা অরায়বা নম্ভে। মাগী পীক্লবা পুন্সিগী চাউরবা লান অরুবা ফীভমদা লৈরি। পেন্দবনা লাকহৎলবা অতাঙবগী

মফমদা শিংঙমদ্রবা খোম্লাং লমলসু পোৎলূম ওইনা থোক্লরে।

মপাগী কর্মদা লম মচেৎ অমা য়োনবা হৌখিবা মতমদু মহাক পীক্লি। খরনৈরগা ইংখোল তংখায় য়ৌনা মীনা লৌখি। মতুংদা মমা লায়েংবা হৌরকপদা মশামক্লসু শেল মচীৎ-মচীৎ খরা লৌশিল্লুই অদুগা ইকোন-কোনবদা মপুংওইনা খরসু লৌদুনা মানা শীজিন্নরিবা রিঞ্জোসিমা লৈহৌই। হৌজিক্তি মপানা থম্বীরম্বা ময়ুংনা ঙম্বা ইংখোলসিগী মশক-মওং পুমহোং হোংখ্রে। অশাংবা য়ুম অমা শাজিন্দুনা ইংখোল মপু অনৌবনা ভারা শান্দোক্লি অদুগা, মমাঙথংবা শরূকমখৈনা শম্বল নীংথিনা খাদুনা এঙ্গাং থাদুনা চানরি।

অতাঙবগী ইপঙ-পঙশিনবা মতৌদুবু খঙঙমদ্রদুনা নুমিদাং অমা চাকচা-মতুং কুমারগী কাদা মখোয় পূন্না মৈফূ তিক্লিন্নরিঙৈ ইফোং-ফোংনা ইবেমুনা তকশিল্লকই—

"....অহল-লমনগা লৈত্রে, মচল-মনম্মশিংদুগী মরক্তা মাসু লৈবা ৱারে, কোক্ লৌশিনবীরসি কৈদৌরগে তাদ? পীশক্-পীক্লিঙৈদগী তিন্নরকপনি ঐ মাবু মুন্না খঙই, .... পূকফবগী শরূক থুংদে হায়দুনা মচীল-মনাউ, মবুং-মৌপ্পাশিংগীতহেক্ খল্লিঙৈদা মশাফাওবা মাঙহৌরিবসিনি।"

"ইশাগী ফীভম হান্না য়েংদনা মীবু কোক্ লৌশিল্লুবা য়ারোই ইবেমু।"

ইবেমুগী ৱা খংথৎ-থদত্তুনা ঈফুন-ফুনগৎনা খুমদোক্লক্লিবা মাগী পাউখুমদু তাবগা পম্থদনা, নোকফেৎনরদুনা কুমারনা হায়রকই—

"নূপী য়াওদনা য়ুম্নানবা ওইথোক্তবা ৱানিদা ইতাউ, অদুগা ঐখোয়গীনিনে নোং-চীং লাক্ত্রিঙৈ, চথোক-চৎশিন নুংঙাইরিঙৈ বুদ্ধি-লৌশিং থোক্লিঙৈ থবক পূম্নমক্ পাঙথোকহৌগদবনি। ফাগি নত্তে, হঙ্গামথোংবা হাউরিঙৈসিদা খুৎ অনৌবা চাহৌসি, ৱাখল অনৌবা শোয়দনা থোক্লক্কনি য়েংবীয়ু।"

খংনক্-নকশিল্লকপা মাগী ৱাতাদুদা চঙক্লরিঙৈ ইবেমুনা মখা শমথরকই—

"লৈতে হায়দুনবু য়ুমপান্দবা হৌনদেদা তাদ, অহলগীসু অদুমঙায় লাইনা-তম্বা অমা মরাকচগনি। শূ-নোম্বা কনখ্রপোৎনি মনিশংদো, মতেং-মতেংদুম ওইননি, তাদনা মাবু পামদবগীদি খঙদ্রে।"

অতাঙবা অমুক খুন্নক্তনা মরু লূকথদুনা লৈখ্রে। মায়থোঙ মক্শিন্না কুইনা ফন্নম্লগা করিসু হায়রমদনা মহাক হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

মরি-মঙানিসি মহাক থেঙন-থেঙন হল্লকই। ঙরাংসু থেঙলকই। ওম্বোক্লা ৱানা রিঞ্জোদু

ঈন্দুনা য়ূম য়ৌরকখিবনি। পোকঙৈদগী ঈশৈ ঙংলক্ত্রিবা অতাঙবা, ঙরাংদি মরোল-মরি ঈফাই-ফাইনা খোঞ্জেল ৱাংনা ঈশৈ শকখি "ঐগী পুন্সি নঙগা করি থোক্লে ঐগা .... হন্দোক্কে ঙমদে, . .. পুবা ৱারে...।" ঙাইহাক অমুক শূৎ-শূৎ তৌদুনা পংকপ্ত কপথোক্লুরগা খোনফম হঞ্জিন্দুনা চেকশিন্না হায়রকই—

"কান্নদে ইমা, নঙলা ঐরা অমা....।"

হায়নীংলিবদু লোইনা হায়দোক্লমদনা মীৎকূপ খরদং তূমিন্না লৈরুরগা ইশি-শিরবা খোঞ্জেলদা অমুকহন্না শক্কৎলকপা ঈশৈগা লোয়ননা অদুমক্ তূমথখ্রে।

ঙরাং নুমিদাংগী মরমদা ময়েকশেংনা নীংশিংবা থোক্লে। অদুবু অসিগুম্বা মশিং খঙদ্রবা নীংথমথাগী অয়ুক কয়াবুদি মহাক্লা কাউবা ঙমদ্রি। মমানা কল্লিঙৈ মতমদা নুমিৎ খূদিংগী মানা তূম্বা হৌগৎলগা তীক্লনবা মৈ ভ্রুঙ-ভ্রুঙ হৌদুনা থম্বীখি, ঈশিং লুম্বীখি, হা-মঙ্গ্রা লৌদুনা পীর্জখি। নোংমতসু মচাবু পাখোল-ঈখোল শীজিন্নরক্তে, অমুক্তসু চৈ-থাংলক্তে। মদুগীদমক্ মমাবু জ্ঞান লৈ-লৈতে দোষ তৌরুবা চুন্নিব্রা-লাল্লিব্রা মহাক মফম খঙদে অদুবু পুন্সিগী হকচিনবা মায়কৈরোমদা মাঙজৌননা ইঙ্গিৎ অমতসু পীবিরমদে হায়বগী নীন্দাদি মহাক্লা থাদোকপা মঙমদ্রে। ঙরাং চৎলমদাইদা হোরলিক্ক ইন্না-ইন্না অশিবগা মান্নরবা মমাদা য়াম্না ৱাবৌনা মহাক্লা হায়রম্মী— "তৌরিসে ইমা, নঙসু নপাপকীনি, ঐসু ইপাপকীনি। নচাবু মী ওইনবসু শেম্বীরমদে ইহৈসু হৈহনবীরমদে। ....নঙদি ফরে লোইখ্রনি, নঙগী মীনুংশিনা মাঙহনবীবম্লবা নচাবুদি...., খঙদে ইমা ঐগুম্বা ইচা পোক্লবগীদমক্তদি ঐ নূপীসু থিনীংদে....।" ঙরাংদি, ৱাখল-লৌশিং ঙম্লমক্ পঙশিনখ্রবা মমানা মহাক্কী পেন্দবনা থল্লবা ৱাকৎশিংদুগী পাউখুম ওইনা য়েংলকখিবা অর্থ চেন্দ্রবা, চোকথরবা মীৎয়েং অদুগী মমল মঙোন্দা করিসু লৈখিদে ....। য়ূম্লোন্নবদা চাক-চাবগী কৌনরকপা তাবদা মহাক্কী ৱাখল কায়খ্রে। মঙক থাঙ্গত্তুনা লৈদুনা য়েংলকই। নুমিৎ ফনয়াম্না কারম্লে। ফৈজূপ মথক্তা তারম্বা নুংশা মঙাল অতোপ্পা মফমদা চেনথোক্লম্লে। ইফং-ফিংনা হৌগৎলকই। ঙরাং চৎলমদাইদা থাঙ্গৎলম্বা ৱাকৎশিংদু লৈজদুনসু নোংমা চূপ্পা মমাবু মীরায়রুরে থল্লকপদা মপূক্লিং ইনৌ-নৌরকই। থোঙ-থোঙনাও হাংদোক্তুনা ইমুংদু মপুংফানা ঙালহল্লে। চীন-য়া থুনা শেংদোক্লুরগা মৈ হৌগৎলী। ঈশিং থাঙ্গৎলে। মমাবু মমায়-মমীৎ শেংদোকপিদুনা করিগুম্বা খরা পীজ-পীথরুবগীদমক ঈশিং অশাবা পুদুনা ফম্মাঙদা থল্লরে। মমায় ফাত্তবা অপীকপা কাঙ্খলদু মচী-মচী চিংখত্তুনা পূন্না মথক্তা হাইগৎখ্রে। মমারোমদা ইয়েং-য়েংলুদনা লুখুমদা য়াল্লিবা

অমোন্‌বা ফদীদু লৌদুনা ঈশিংদা লূপ্লুরগা কাবক্‌- কাবক্‌ শুমদোক্তুনা খূৎ য়েৎনা পায়রদুনা মমাগী মমায় ময়াদা থাংজিল্লকই। উইশিন্দুনা লৈরিবা মমাগী চং-ফংনা কূৎশিল্লবা মীৎ, কোপ্লবা চায়রুং, ঈকন-কনশিনগুম, মচু ইৱাউ-ৱাউগুম উরকই....। মমাগী মায়, খূৎ, খোঙ, তাপ্‌-তাপ্‌ পায়রকই, .... মহাক খঙহৌদনা তু চুংখি....। মশাপূম্বা পঙথরক্তুনা ৱাহৈ অমতসু মচীন্দগী থোক্লকখিদ্রে উইশিনখ্রবা মমীৎ অনীদগী পিনা খোঙজেল য়াঙনা চেম্থরকই...., চরমদা কাখৎলক্লিবা অকন্নবা নুংশাশ্বর ইক্‌-ইক্‌ লাউনা ফাজিঞ্জদুনা লৈমায়থক্তা ফমথখ্রে।■

# লাইখিবী

মায়দমক য়েংবা চনবা ফক্লাংদা থেৎলিবা মিংশেলদুগী মমাঙদা লেপ্লদুনা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা মাগী কাদা লৈস্না কেরি। মিংশেলদা নকশিন্দুনা লাইবক্তা করিনো মা নম্বরা করিনো তৌরিঙৈদুদা কা অদুবু ইনিল-নিলহন্দুনা খোঞ্জেল অমনা তুংলোমদগী হংলকই—

"কদায়' চত্তোইনো?"

খংপ্রেক খংই মহাক। ঈংথরগা, মমায় লৈথোলক্কনা তপ্পা খুল্লকই—

"অঞ্জুখোয়দা।"

"কৈদৌবা?"

"চক-চান্নদোইনি, ইচেদা নহান্না হায়রবনি।"

"কনা-কনা?"

".. লিন্থোইনে, সোনিয়ানে, রঞ্জিতানে।"

"অতৈদি?"

"ঐখোয় মঙাদনি।"

"করিগীনো অদুগা অদুকয়াম কেরিদুনা, চাক-চানবগীদমকপো?"

"উম-উং...।"

"লিপষ্টিক থাবনা হৈগৎলক্লিবা, মিংশেল য়েংবনা তোয়খৎলক্লিবা... চৈ বার্তোন তৌজনুকো।"

মাগী ধপতু লোইশিল্লম্লগা বসন্ত থোকখ্রে।

"হুঁ,.... হনুবা মানা পরফ্যুম চাইবদি য়ারগা,.... মীনা কলেজগী পিক্নিক চৎপা য়াওগেসু 'মোয়না য়াওহন্দে....।"

করি-করিনো মুরুম-মুরুম শোলহৌই লৈস্নাদু, শাউনীংগুম-তন্থগুম তৌনা লময়ায়দা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরম্লগা থংনবা মীৎকূপতদি হান্নগুম্না মশা ইখীং-খীংলক্লে। উপুদগী হান্ননা লৌথোক্তুনা ফম্মুংদা থম্লম্লবা শলব্বার-কমীজদু শেৎচিন লীৎশিল্লে। মশম-মনা হাওক্লে। বেগ য়ানশিল্লে।. . কাদুদগী থোক্লক-থোক্লক্লা মচেখোয়গী কারোমদা হাইফেতং ওনশিন্দুনা খোঞ্জেল হৌরপনা মহাক্লা মচেদা হায়রম্মী—

"ইচে ঐ চৎলে।"

"ঙন্না হল্লকউকো।"

মচেনা কাদগী হায়হৌই। মাঙ্গোল কূমথরকপদা বসন্ত গেরেজদগী গাড়ী থৌদোক্তুনা লৈরম্মী। মদোমদা ইয়েং-য়েংশিন্নদনা.... লেক্-লেক্ লাউরবা মশমদুনা খোঙথাং খূদিংগী মাঙলোমদা ৱাই-ৱাই হাইথরক্লিবদু খোম্জিন্দুনা, নাদ য়েপশিন-য়েপশিন্দুনা, য়াল্লিবা চুনিদু শেমজিবা-শেমজিন্দুনা লৈস্নানা থোঙ্গাল্লোমদা তপ্লি-তপ্লি থোকখ্রিবদু য়েংলদুনা বসন্তনা খোঞ্জাউ থাদুনা লাউরকই।

"লৈস্না...।"

অমুকসু খংই। খোঙ থাংবা চপ লেপ্পী। গাড়ীদু থৌদোলক্তুনা মনাক্তা খাম্লে। মাবু কাখৎহল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থৌদোকখ্রে।

মখোয়না চৎখিবা মিনট তরামঙা-কুনলোমগী তুংদা জামিনী য়ুমদুদা থুংলৈ। মাঙ্গোল কাখৎলকপগা মশূবু কৌরকই "থোইবী, থোইবী.... বো-বোক লাকএ থোইবী...।"

কৌনা-কৌনা ইমুংলোমদা চঙশিল্লকই। লৈমহলনা চাকশঙলোমদগী মমাবু

কৌশিল্লকই—

"ঐ সোমদা লৈবে ইমা।"

খোঞ্জেলদুনা লাক্লিবা মায়কৈ অদোমদা শোলি-শোলি চঙশিল্লক্তুনা মচানূপীগী মনাক য়ৌশিল্লক্রবদা জামিনীনা হংলকই—

"চাক থোংলিব্রা?"

"অঙ, এঙ্খাং শেমগৎলি, .... অঙাং মথক্তা টি. ভি. য়েংখিবনি।"

চাক-চাফাল অমা পুথোক্তুনা থাই। ফালদু চিংশিন্দুনা ফমথরক্লগা ইমুংলোমদা হাইফেতং য়েংশিল্লদুনা মমানা হায়রকই—

"ইবুংঙোদি চথোকখিব্রা?"

"অ... লৈম্না থিনখিবনি।"

"মাদি কদায়দা চৎলিবা?"

"মমান্নবীখোয়দা চাক-চান্ননি হায়বনি পরীক্ষা লোইবগী।"

"করি লমদনোনে? ঐদি মাবু লৌবা লাক্লিবনি।"

"সির্দানিদা. ইনক-নকই সগোলবন্দনি।"

".... নঙনা ঐবু লাকঊ হায়দুনা পাউ চেল্লকই হায়ববু করিগীনো?"

"মদুদি চুম্না ৱারী শান্ননীংবগীনিদা।"

"ঐদি.... লাং-ফাং পংখনবু-খল্লুরেদা ইবেম্মা,.... খঙদে, লৈতাফম সৃকখঙহেক খঙদে ইমাদি, নঙগীবু খনগদ্র? মাগীবু খনগদ্র?.... ইশূ থোইবীসিনা মথন্তা ওইজরগসু নূপাহেক ওইজরম্লদি ফগদবা... ।"

তাল্লকসিদা গাড়ী থৌজিল্লকপগী মখোল তায়। মদু তারুরগা জামিনীনা হায়রকই

"ইবুংঙোবনে?"

"ওইরমগনি।"

ঙাইহাক ৱা ঙাঙবা লেপ্তুনা লৈনরিঙৈ তাল্লক্তুদা বসন্ত চঙলক্তুনা অতোপপা কা অমদগী হায়রকপা তায়—

"ইম্মারা?"

"মান্নী ইবুংঙো, ইমানি।"

লৈথোক্তুনা য়েংলক্লগা জামিনীনা খুম্লকই। বসন্তসু চাকশঙলোমদা চঙশিল্লক্লে।

"চুম্নশুম লাকপিব্রা ইমাবো?...."

"পাবুংনা লৈম্না লৌবিরুরো হায়-হায়দনা লাক্লিবনি।"

মমাগী মহুত্তা লৈমহলনা ওক্কুনা খুমজিল্লক্লিবা মতৌদুদা মমাসু বসন্তসু মঙোন্দা য়েংলকই। মদু খঙশিন্নদনা মহাক্না অমুকসু হায়রকই—

"মাবুদি, ঐখোয়না কোন্না থিনবীরক্লসু য়ায়দা, অদু.... ঙসি ইমা লাকপসিদি তান য়াম্না চারে, মশা লৈত্রিঙেসিদা মাগী ৱাদু খন্নহৌনবা।"

মরকসিদা বসন্ত মোড়া অমা লৌরুদুনা ফম্লে। মহাক্না ফম্লবগা লৈমহলনা মমাদা ওনশিন্দুনা ৱা হৌদোক্লবা হোৎনরকই—

"ঐনা অমা হায়বদো ইমা....।"

"হায়য়ু।"

"মীবুদি য়াম্না ফৈ হায়নৈ, মশাসু ওজানি, অদুদা....।"

"কৈদৌরবা?"

"চহীদু খেন্নমনখ্রবদুদা...., নুংঙাইত্রেনে ঐদি, মাগী মতৌসিগা।"

"এ. মরাইবক্লবু তম্নরম্লদি চহীনকা চৎনবপোৎ নত্তে.... মহৌশাদি তরামঙা-কুন হনবফাও পীকথন্না লৌনরম্মীবপোৎনি"

মমানা হায়রিবদু মুন্না তারগা ঙাইহাক ৱাখল তৌরুরগা মহাক্না হংলকই।

"ইনেখোয়রোমদা কুঠী (কোষ্ঠী) লৌখিবদুদি মরোল অমতা হোদোরক্ত্রবরা?"

".... হোদোরক্লে, কুঠী-কা পীরক্লেদ।... পক্লে, চান্নে, লৌন-লৈনবা য়ায় হায়, .. মখোয়দি হৌজিক-হৌজিকমক থবক পাংথোকপা পাম্লবা ওইনবু তৌইদা।"

"ইমানা করি হায়খ্রবা?"

"হায়ববুদি নখোয়গা তান্নরকখিগে হায়খ্রি...., মশানা চেন-চোংজখিবা ওইরবদি নখোয়না থোকপা তৌজখ্রো হায়দনা থোক্ ঈনথোকখিবসু য়াবা, মদুসু নত্ত, হায়ন-শীংনবা হায়ব'মসু থোক্লুরবনিনা, মশাঙাক্ত ইকোক্-কোক্লা করম্না কোক থাংদোক্কুনা পীরুদৌরিদো.... খনবদা পুংমম মমখ্রে ইমাদি।"

".... তামোসু, ঐখোয়' দেবেনসু খর-খরদি মতৌজরক্কনিদা, মানসু লোইরে, মখোয়না তৌদনা কনানা তৌদৌরিবা?"

"অমনা ইপা থাক্লি অমনা ইমা থাক্লি হায়দুনা লৈখ্রবনি মখোয়দি ইচল লৈ-কা কাউখ্রবনি। মনম্মা অনীদুনা ঐনা মা লৌরুদৌরেদ তাবদা খূ - খূ কাম্বদা অমুক্তোইবা লোইরপোৎনি।"

"তৌজসনু-তৌজসনু, মখোয়গীসু মতম লাকখিনি, ... অদুবু ঐখোয়গীদি হায়ফম

থোকপনি, হায়বতাবনি. .. অমুম্লাসু লৈরি, মেমীসু লৈরিদনা।"

"হুঁ. মাগী মচেমচাদুনা তৌরক্কদবসি য়াম্না তৌরক্কদৌরিদা....।"

ইথ্যা-থাজদনা জামিনীনা থৱায় তানা নোকথোক্লকপদুদা লৈমহলসু নোক্তবা ঙমদদুনা নোক্লক্লে। অদুবু বসন্তদি হান্নগী ফীভদগী কবিমত্তা কায়দ্রি। নোকপা হন্থরক্লগা, লৈমহলনা মতোমতা শোঞ্জবগুম্না শোম্থাংননা হায়রকই।

"খঙদেনে, লমদুনা লাপমনবদুদা....।"

"লাপচসনু ইবেম্মা লাপচসনু, চারা হেন্দ্রগা লোইরে, থীবোঙ পুবীনবা লৈতবদৈ নত্ত্রো ঐখোয়না ঙসি মাবু কোয়হা-হারিবসিবো।"

আশা তৌরুদনা মনেমবোক্কী ৱাঙাঙদু তাবদা মচী লেঙলমদ্রবা বসন্তগী শকফমদু খুদক্তা হোংখ্রে। থুনমক্ মহাক্কী ৱাখলদু কদায়দনোমা য়াঙনা চেম্থোকখিদুনা নাদ তারিবা ৱারীশিং অদু কোকতা চঙখিদ্রে....। লৈমহলসু খোল ৱাংখৎলপ তৌরকই—

"কবিনোদা ইমাসু, চাবখক্কীরনে ময়াম্না মযূম মকৈ পান্নরিবশিংসিবো? ফরবসু ফত্তবসু নচানি, মীনা তারগা কবি হায়খিনি।"

মচানুপীনা হায়দোক্লক্লিবা ৱাদুদা মতম কুইনদগী মহাক্তা পুরক্লিবা ভার, হোৎনখিবা পুম্নমক অদু পাউথঙনরকপগুম্না জামিনীদা ফাওরক্লে। মশানা হায়দোকখ্রবা ৱাদুগীদমক মতোমতা ইকাইজরক্লদুনা ঙাইহাক্কী মনুংদা ৱাঙাঙ অমা পুমওন-ওল্লদুনা মচাবু থেমজিন্দুনা হায়রকই---

"মদুগী ৱা-ঙাকসু নত্তেনে ইবেম্মা,... ঐখোয়না লৈদুনা কয়াকুইনা লৈখিনি, নখোয়নবুদি হোৎনচৌগনি হায়ববু. . হিংলিঙেসিদা মাগী মথৌ-মঙম পাংথোকহৌবা অদুতদি ইমীৎসিনা ঊনীংঙীদনা.. ।"

মতাংসিদা বসন্তনা ৱাখল-মীৎয়েং ইতাউ-তাউনা ফম্ফমদগী হৌগৎলক্লগা নাচঙদনা হায়রকই—

"ইমা থেঙনা হনবীগদবা নত্ত্রা?"

" ... ঐগীবুদি ইয়া-যাইদ।"

"ঐ থিনগে, হৌবেল লৈম্না লৌবা চৎকনি.. হৌজিক ঐ থবক অমত্তা চথোক্লখিগে. ।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা থাংবা হৌখ্রিবা খোঙথাংদুনা পুখিদুনা মীৎকুপ অমগী মনুংদা মহাক্কী মশক উখিদ্রে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্কী পূং মঙামুক তাবা মতমনি। বসন্তখোয়গী শূমাঙদা লেপ্তুনা পাখং অমনা খোঞ্জেল হৌরপনা হংলরি—

"করিগুম্বা অমতা হংজগেবা।"

মীৎকূপমুক্কী তুংদা লৈমহলনা ইমুংদগী থোক্লক্তুনা শূমাঙদা লেপ্লম্লিবা পাখংদুদা চিংননা য়েংলদুনা হংলকই—

"করিওইরবনো ইবুংঙো?"

"য়ুমসিবু তামো বসন্তগী য়ুম ওইবীরব্রা?"

"মান্নী....।"

"ও, ইতৈমা ঐ, তামো বসন্তগী মমান্নবা শিংজমৈদগী প্রিয়োগী মনাউনি....।"

লৈমহল হান্নগী মীৎয়েংদু হোংদনা নুপাদুদা য়েংদুনা লৈরি, লাক্লিবদুন চুরি তাফমদুদা লেপ্লা-লেপ্লা মাগী মীৎয়েংদুগী পাউখুম পীবা হৌরকই—

"ঐখোয়গী তামোনা পাউ অমতা পীকুচো হায়দুনা লাকচবনি....।"

ৰাহং অমতা লাক্তুবদুদা অমুকসু মহাক্না হায়বা হৌরকই—

"তামো বসন্তদু....।"

ৰাদু মখা তাথদ্রিঙৈ পাখংদুনা লৈমহলগী মায়থোঙদা অমুক্তং য়েংলকই। লৈমহলগী অহোংবা লৈত্রবা মীৎয়েংদুগা মীৎচান্নবা ঙমদ্রদুনা মমীত্তু থুনা লৈথখ্রগা মহাক্না হায়রকই—

"ঙবাং অঙাং অমা পুরক্তুনা. . হৌজিক ঐখোয়গীদা লৈহৌরি.... অঙাংদুসু মশানা য়াদবরা করিনো, ঙরাংদগী কপ্তুনা অদুম লৈ, ময়াম চঙদুনা থেম্নববনি,.... ৰা হংবসু অমতা খুমদে, তামো বসন্তনসু মাগী মরমদা করিমত্তা তাকউ হায়বসু য়াদে,.... ঐখোযগী ইমুংসু নুংশা থীনরে....।"

মহাক লৈমায়দা য়েংদুনা ৰা ঙাঙলি হায়বতনি কনাগুম্বা অমনা মাবু চাগদবগুম য়েংদুনা লৈরি হায়বা মহাক খঙই, পাউ তম্বদু প্রপ-প্রপ লোইশিন্নীংলদুনা, মরুওইনা হায়রমগদবদু থুনা খন্দোক্লদুনা মহাক্না হায়রকই—

"ঐখোয়' ইমানা ঙশায় অয়ুক তক্তুনা হংমনবদুদা মমিংদুতংদি হায়রক্লমাল্লে, মাগী মমিংদু ইদুনা পুজরকপনি. .., লৈফমদি খঙজরক্রে ...।"

ফুরিৎখাউদগী চেজেৎ অমা পুথোক্লক্তুনা য়েংলুবগা মহাক্না মখোঞ্জেল ময়েক শেংহন্দুনা হায়রকই—

"মিংদু লৈম্না হায়বা...."

বাদু হায়না- হায়না পাখংদুনা য়েংথোক্লকপদা লৈমহলদু মমীৎ উইশিন্দুনা মকোক পাযদুনা তপ্প-তপ্পা ফমথখিরম্লি। ■

# নামৎ মাঙবা

চে অমগা ষ্টামপেড অমগা পায়দুনা শিলানা লৈরিক্কী মনাক্তা তফিং-তফিং লাক্কুনা ফমথরে। মহাক্না ফমথরকপগা লৈরিক হৌগৎখ্রে।

"খূৎ হাম্লুখিগে।"

লৈরিক্না ইংখোল মল্লুবগী মোৎলবা খূত্তু হামদোক্লুনবা থোকখ্রিঙৈদা শিলাদু চেনচৎ-চত্তুনা শমজেৎ লৌরুই। শমজেত্তুনা মকোক্কুদা অনী-অহুমলক্তুং মতেক-মতেক খোথরুরগা ফিজিনা খূৎ তৈথোক-তৈথোক্তুনা চঙলক্লিবা মনেমদা মখুম হাংদোক্লুবা ষ্টামপেডতু তহা-তহানা লানশিল্লকই। ঈংনা-তপ্না ফমথরক্লুগা লৈরিক্না ষ্টামপেডতু লৌদুনা লৈমায়দা থম্লে। য়েৎকী খূবীদু ষ্টামপেডতুদা নম্লুরগা মহাক্কী মমাঙদা মমৌনা ইপাক-পক্না থল্লিবা চেদুদা মখূবীদু নম্লদুনা খোঞ্জেল নেম্না মহাক্না হায়রকই—

"হন্দক্তি....।"

মমৌনা চেদুদা তারিবা ময়েক শেংফাত্তবা খূবীগী মমিদু য়েংলুরগা অনীরকশুবা ওইনা ষ্টামপেডতা নল্লিবা মনেমগী খূবীদুগী মথক্তুদা মখূৎমক্কা খরকন্না নমশিল্লকই। ষ্টামপেডতা নল্লুববা খূত্তুনা চেদুদা অমুক নমশিন্দুনা মীৎকূপমুক্তং থম্লগা, মনেমনা মাগী ৰাদু মখা তারকই

"ফি খরা লৈনীংই....।"

চেদু খরদং ঈনশিল্লক্তুনা অতোপ্পা মফম অমমুক মনেমলোমদা নকশিলহল্লদুনা চান্ন-চিন্নবগী খোঙ্থোক অমদা হন্দক্তি মমৌনা হংলকই—

"করি ফিনো ইমাগী?"

অঙ্গম্লকশুবা খূৎনমদু নম্বা লোইরগা মূক চূরবা খূবীদু ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা তক্ল-তক্লদুনা মমৌগী পাউখুম ওইনা লৈরিক্লা মহাক্লা হায়নীংলিংবশিংদু তপ্না-তপ্না অসুম হায়গরক্লি—

"পাকল অমতং য়াৎহন্নবা, নোংমাইথেম অচৌবু...., রামান্দি অমতগা,.... উম, ফনেকসু অমনবমক্ত ঙায়রে, ... পীক্তক-তৌবা ফনেক অমতগা উরৈরোম শঙজিন্নবা....।"

মাগী ৰাদু লোইশিনদ্রিঙৈদগী হৌগত্তুনা লেপখ্রবা শিলাদু মতাংসিদা মখোয়গী কারোমদা চেনশিনবগুম্না চঙলক্লে। ফি হোংলল্লিবা মংলেমনা মাবু উবগা হংলকই—

"করিনো ইমানা হায়রিবো?"

"কনানা খঙনোদা কদোমদগী রাগনো।"

"করি হায়রিনোমি অদুবো?"

"চোইত্রং-পাত্রংনিবা,.... শিবগী পোৎ লাঙদৌরিমাক্লে. ..।"

শিলাবোমদা ওনশিন্দুনা ৰা ঙাঙলম্বা মমায়দু খংলৈ-লৈশিল্লক্তুনা মংলেম তূমিন লৈখ্রে। হন্দক মনক মমাগী নুংশুক-নুংঙ্গানবা শকফমদু মহাক হান্নদগী চিংনরম্লবনি।.... ঙরাংসু যাচঙলকপদা বৃন্দাদেবী মখোঙদা ফমদুনা মমানা ফনকুইনা কপ্পুনা লৈখিবদু মহাক্লা ইমুংদগী উখি। মীৎকূপ অমা-নীদং খঙ্গানবগুম-করিগুম তৌরম্লগা ফি-শেৎপা লোইরদুনা মহাক্লা খনক চৎননবা গাড়ী ঈনথোক্লকপদা শূমাঙদা মমাগা লেংথৈনৈ। মংলেমনা মমাগী মকশিল্লবা মায়থোঙদুদা অতম্লনা য়েংলকই, হৌজিকসু মমাগী মমীৎ অনীদু ইঙাঙ ঙাঙলি, মীৎপানশিংদু থাগৎলি। মহাক্লা মমাদা হংলকই—

"হকচাং নুংঙাইতব্রা ইমাবো?"

"কৈস্নু তৌদে. .।"

মহৌশানা লীক্লা ঙাঙই লৈবিক। খরগহেন্না হংথনবা মংলেমগী ৰাহৈ অমমুক লৈত্রদুনা

কাথোক্লুরবা য়া হঞ্জিনখ্রে। মদু ওইদুনসু অসিগুম্বা সহি লৌবা নুম্বিৎশিংসিদদি শিলানা মনেমবু মনেমনি নীংশিংই। চৎলমদাইদা "চৎলুখিগ্গে ইমা" তাক্লমদুনা মখোয় থোক্মিন্নখ্রে।

হন্নি শুরকপগী নুমিদাংনি। ময়াম ইকোয়-কোয়না চাক-চামিন্নরি। ৱা ঙাঙদনা চালুকপালদা কুইরেনখৈ ফন্নবা তুংদা অহানবা চাক খোম্বগা য়াম্না চীং-লেম্বা খোনফমদা লৈরিক্লা মমৌদা হংলকই—

"পৈশা ফংলক্লব্রা ইবেম্মা?"

থাজদ্রবা ৱাহংদু তাবদা মনেমগী মায়থোঙদা মতা-অমাওইনা য়েংলদুনা ইশম-শম্না শিলানা খুম্নকই—

"ঊঁ"

".... হয়েংদি শগোলশেলনি, হংচীৎসি থাবানসু ফৈ, ফিশিংদু লৌহৌরুবা তারি।"

শকফমদু কম্থা-করেম্নরদুনা তুমিন্না চাক-চাদুনা মীৎকূপ খরা লৈরুরগা থওইদবগী সুর অমা চেলহল্লদুনা শিলানা হায়রকই—

"খরতপ্পা তৌবা য়াররোয়দ্র ইমাগীদুবু....?"

পাউখুম ফংদ্রি, ঙাইনরুদনা মহাক্লা মখাতানা হায়থরকই—

"থা মরি-মঙাসিদা লানখ্রদি কোম্ললনি, মরূপ অচৌবা অনী লোইরক্কদৌরে.... হৌজিক্তি থা অমত্তা অমুক্তা কোন্নবা ঙমদে.... হৌজিক-হৌজিকমক শীজিন্নগদবসু নত্ত্রি....।"

মহাক্লা ঙাঙবা লেপখ্রবদা মমাবু লোন্ন অমুক্তং য়েংলুরগা হান্নগুম্না মমায় লৈশিনখ্রগা নৌথরদুনা, মংলেমনা হংলকই—

"কৈদৌরগে ইমাবো?"

".... করিসুতৌদে....।"

ঈকন-কল্লিবা মনেমগী ঈচান-চান্নদ্রবা মওং-মতৌদুদা নোক্লীংদনা নোক্লদুনা শিলানা হায়রকই—

"পোৎ-কা কন্না লাঙখৎলকপসিদা....।"

".... হয়েং কোয়চেন-চেন্ননি, নখোয় ৱানি হায়বনি....।"

মমৌগী করেম-কথাইনরবা মীনোক্লুনা নমহৎকদবগী হোৎনরক্রিবা ভাব অদুগা থোইনা য়েৎনরুবা পামদ্রদুনা তেমশিন ৱাহৈ খরদু হায়বা লোইশিনখ্রগা শ্বর শাংনা অমুক্তং

তোন্দোক্লদুনা শোঙ্খাংনবা খোঞ্জেলদা ঈশ্বরগী নাম শোল্লকই "হরে কৃষ্ণ...." অদুগা, খোঞ্জেল থোক্তবা রাহৈদা মহাক্না মশাদা হায়জরকই "ঙরাংদগী ঙসিফাওবা করিসু তৌদ্রে ঙসিদগী হয়েংফাওবা করিসু তৌরোই হায়নীংঙাই লৈতে"। থা অনী-অহুমসি মহাক রাখল অসিদগী নাঙ্গোকপা ইঙম-ঙমদে। খল্লনু চাম্মরক থেমজিঞ্জে মথন্তা, চাম্মরক হৃঞ্জিন্দুনা মদুতবু খল্লকই।

ঈশিংকোন পায়দুনা হৌগৎলক্লগা মচানুপানা হায়রকই—

"মঙ-হা নুংঙাইতত্রা?"

" .. উম, মঙসু নুংঙাইতে। কুইরে নুংঙাইরক্তিবা.... নপাবুংসু নিতিগী উই।"

"পাবুংবুদি ঐসু উই, অদুননি ঐনা মঙ হংলিবসি।"

"নপাবুংদা নত্তে, শিখিবমখৈ লোইনা উই, ঈপামলোমগী ইচেখোয়, তাদখোয়.... অসূককৃইনা উবক্তুবা ইমাদুনা লাই খুরুম্বা চৎলুসি হায়দুনা হৌরম্মী....।"

পি মরীক মরি-মঙা মরী-মবী ওম্বরক্তুনা পূখমদা নমদুনা লৈরিবা খৃৎকী খৃৎনমদুদা তপ-তপ তাবকই। মংলেমদু মনীংথোঙলোমদা থোকখ্রে। ফিজিনা মমায় খুমজিন্দুনা লৈরিক খোঞ্জেল থোক্তনা কপহৌরি।

মচানূপা চঙলক্তুনা ঈশিংকোন থল্লবগা রানা হোৎনদুনা মশাবু ফাথজরগা মখোঞ্জেল শেংহল্লদুনা ঈংনা চেৎলবা রাঙাঙদা লৈরিকনা হায়রকই—

"তরং-উপুসিদা প্লাষ্টিকখাউ অমা য়াওরিবনি, মদুদা.... গোবিন্দগী নির্মল য়াওরিবনি, ফি মচা মশৃ. শেল অচোই-অরাক খরসু থল্লবনি...., নপাবুংনা ইল্লম্বা ইনফিদুমনা কায় কৃপ্পবনি, .. সনামহী কাচিন্দা লীক্লিমচা অমা লৈরিবদুনা গঙ্গাজলনি....।"

".. ইমাখোয়গী কৈশামপাৎকী যজ্ঞদুবু হংচীৎ নত্ত্রা?"

মংলেমনা রা থৈদোক্লিবনি খঞ্জদুনা হায়রকই, অদুবু মমানদি খুল্লকই—

"মান্নী. . , মদু চৎলুরগা হল্লকপদা হাইজিল্লকসিরা খল্লম্বনি।"

মশামক্কী মরলবু নোংমতসু থিজিল্লুদ্রবা পূক্লিং-শান্তি পামজবখক্লা ঐগী হায়বা কাউথোকখ্রবী লৈরিক্লা ঙসি মহাক্কী অমতা ঙায়রবা দাবী অসিমত্তং মশকথোক্লা থাঙ্গৎচরকপা অসিদা শিলাগী মপুরোইবা ওইখ্রবা মংলেমনদি মনি-মমৌগী রাফমদুগা মহাক্কদি মরী ইরৈ-লৈনদ্রবগুম্না ইতোপ-তোপ্পা লৈথোকখিবা মতৌদুবু উরুরগা লৈরিক থম্মোয় পুবা ঙম্লক্ত্রে। অদুঙৈ.... লৈরীক-লৈরাক থল্লিঙৈ, মাগী কনা রাত্রিঙৈ মতমদুদা মমাগী মফমদা মচানা ঙাঙখি-শাকখিবা থমখিবা থাজবা কয়াদুনা ঙসি মহাক্কী সংসারনা তাকশিল্লক্লবা মীৎকুপসিদা মঙোন্দা কাইহৌরবগুম থোক্লরে। মতমদুদা মচানূপানা ইতৎ-তত্তনা হায়খিবা কাউঙমদ্রবা

ৱাহৈ খরা অদু ঙসিসু মহাক্না নীংশিংলক্লে— "মরমত্তক্পী নমৌনা সেবা তৌদুনা, চানীংবদা-চা, শেৎনীংবদা-শেত্তুনা ইমাবু লাইগুম্না লাৎকদৌরিবনি".... মতমদুগী অমৃত চেল্লবা মচাগী ৱাহৈশিংদুনা পখ- পুমথরক্তুনা মদুদগী থোক্লকপা হূতনা ঙসিদি মমাগী থম্মোয়দু পুমথন-থনগৎলক্লে...., কপ্নীংলম্বা পূম্বা হনগৎখ্রে লৈরিক। শহুম চাউরবা শ্বরহোন অমতং শাংনা হোন্দোক্লকুবা মতুংদুদদি ফুনগৎলম্বা পুম্বসু নেমথখ্রদুনা মায়থোঙ অদু মপুংফানা চীং-লেম্লক্লে....। খোখরুরবা চাক অদু অমুকফাওবা হুক্রমদনা মহাক ফম্ফমদগী হৌগৎলক্লে।

ওফিসতা, রিক্সোদগী ওন্থদুনা মমা হোসপিটালদা পুখ্রে ফীভম খরা লুন লৈ হায়বা পাউ ফংবদা মংলেম কোকচাউবী কাখ্রে। ঙশায়দা চৎলমদাইদা উতোন অমদগী উতোন অমদা কোইপাই-পাইদুনা লাক্ল-লাক্ল খোংখিবা ৱাকশিংদুবু য়েংদুনা "হরে রাম, হরে রাম" শোন্দুনা মমানা থোঙ্গাম্লোমদা থোকখিবদু মমীত্তা শং-শঙনা উরকই। ঙরাং' মথং নহান্দা মমানা হায়খিবা ৱাফমশিংদু হন্না-হন্না নীংশিংলকই। খোঙজেল য়াঙবা ৱাখলনা মরী-মরী চিংথোক্লক্তুনা মফম খুদিং হোরবা অনৌবা য়ুম্বাল অমা মংলেমগী মীৎলমদা চোংথোক্লকই.... মতৈ-মনাউনা, নিতিগী নুমিৎচুপ্পা হুন্দোক্রমদুনা চৎলিবা য়ুম, মচাশিংগী নিঙাই চক্রি, ইমুংগী-ইংখোলগী কুপ্নোমশিংদুগী মথক্তা লৈকাইগী থৌদোক-ৱাথোক, মথং-মথং থিরুবা নাইদনা মতোম-মতোমদা থোকচরকই,.... মমল নাইদ্রবা মমাগী অৱাৎপতনা মায়কৈ খুদিং হাঙজিল্লকই....। মঙদা চৎপগুম্না মংলেম হোসপিটাল য়ৌরকই।

নোংমা-নোংমদগী মঙানি শুজিল্লক্লে, ফন হোৎনদুনসু অহল ওইরবী মমাগী হকচাংদি উন-উনমক ময়েং তাবা থুজিল্লক্লি। অদুবু থোইদোকপা লায়েংগী নৌনা খুৎ থাবদি উরক্তে, ডোক্টরশিং খুৎ থাবগুম্লক্লে। হিদাক চাবা-কাপ্পদি য়ুমদসু অমহানি পোখাহনবনা হেন্না খুদোংচারনি খন্নদুনা য়ুমদা পুথরে।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদুমক্তা, মনেমনা জ্ঞান তাদনা ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈরিবা কাদুদা ষ্টামপেড অমগা পেন্সনফোর্ম খরগা পুদুনা শিলা চঙলকই। লোংখ্রাক লোংনা ফম্মুংদা তাদুনা লৈরিবা মনেমগী ওয়থংবা নাকলদুদা লোনশিন্নরবা ফোর্মশিংদু ফাক্তোক্তুনা থন্নগা মনেমগী খুবীদু পায়দুনা ষ্টামপেডতা নম্ন-নম্নগা, খ্বাইগী মথক-থংবা ফোর্মদুগী তোঙান-তোঙানবা মফম অহুমদা, মথং-মথং নম্মী। অসুম্না অহানবা ফোর্মদু নম্বা লোইরগা হান্নগা চপ-মান্নবা মওংদা অনীশুবা ফোর্মদু সহি তৌহনবা হৌরকই। ফমশেন্নরম্বা মংলেমদু তিঙক-মায়ঙক্লদুনা শিলাগী মতৌদু য়েংদুনা অসুম লৈরম্বদগী জ্ঞান খংলাক-লাক্তুনা মিপাইরবা

খোনফমদা ইখঙ-খঙহৌদনা হায়রকই—

"কৈনো তৌরিদুবো।"

"কৈদৌরগে....।"

মংলেমনা ফম্মুংদা লৈরিবা ফোর্মশিংদু পূন্না তাপ পায়থখিবগা শিলানা খংলাক-খাংজিন ওইনা হায়রকই—

"পীরক-উ কদায়,. . পীরক-উ হায়বনে।"

পীদে মংলেম, শিলানা মুন্দুনা লৌই।

"শেল য়াম্না তিংনা লৌরক্লিবনি,.... সিবু মীনা তৌনদবা থবক্রো।"

শাউনা-শাউনা ঙাঙলদুনা ফোর্মসিংদু লোইনা নমখ্রগা ফম্মুংদুগী ময়া নক্না থারিবা হিদাক লাংথক থম্নবিবা টেবল মচাদুগী মথক্তুদা নীংথিনা শেমজিন-শাজিন্দুনা থমখ্রে। হন্দক্তি শিলা, হান্নদগী খরগহেন্না চঙশিনখিদুনা মনেমগী মায় ময়াদা মশাদু, লূকথরপ তৌখি। মীৎকূপ অনী-অহুমুক্কী তুংদা লূকথরম্বদগী হুনগৎলক্তুনা.... মখূৎনা পায়রিবা মনেমগী নাইল জোড়াদুদা মপূক্লিং লূপশিল্লদুনা তপ্ন-তপ্ন মায় লৈথোক্লকই....। শিলাগী মায়থোঙ অমদি পোৎশক অদুদা চঙক্লনা য়েংলদুনা মংলেম ফম্নম্বদগী ভাব তাদনা হৌগৎলকই। অদুবু মহাক্কী মচান্দগী করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তসু থোক্লকউ হায়বদি য়াখিদ্রে।.... লৈ জোড়াদু খূৎ য়েৎনা অমুক ওয়না অমুক তপ্লপ-তপ্লপ হুনগৎলদুনা মদুগী চাউরাকপা অরুম্বগী চাং অমা লাকশিন্নবা হিসাবতা উংদুনা ফম্মাঙদা ঙাইহাক লেপ্লম্লগা, শিলানা ফোর্মশিংদু অমদি ষ্টামপেডতু পায়খৎখ্রে। পাঙ্গল-শক্তি পূম্বা শুমহৎখ্রবা মংলেমসু থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংগুম্লবা মমাগী মতৌগুম্না মনা-মনিল অমুক নাইরক্ত্রে। .... চপ তিংথোক্লবা ওয়গী খূবাক ময়ায়দা হাপ্লদুনা, সনাদু মথক-মখা ওল্ল-ওল্লদুনা ৱাখল তৌনা-তৌনা শিলা, নিঙাইদনা কাদুদগী খোঙ থাংদোক্লক্লে। ■

# নূংগা য়েরূমগা ৱাইনবা

মেত্রিক পরীক্ষাগী সেন্টর খঙনবকপগা মনিলৈমা গাড়ী ঈনথোকখি। হূমদুনা থিরুই, ওজা প্রদীপ ফারক্রে। ওজা প্রদীপ শগাংদগীনি স্কুল মনাক মোইরাংখোম কৈথেলদা ভারা লৌদুনা লৈবনি। পাখং শরীনি, মপূক চমজে। মতমগী চাকচা-যুথক্কা চূশিন্নবা ঙমজদবনা মরম ওইদুনা শঙ্গ পংচাউ-চাউজদে। বুদ্ধি-লৌশিং ফরগসু ৱা ঙাঙবা হৈতে, মমায়সু শোল্লী। অয়াম্বা মতমদা তাবগী শরূক্তা ওইগল্লী। ঙন্না যূম পাল্লকপী লৈমখোয় মখোয় চহীরোমদদি লেঙ্গা ওইগনি। ওজা প্রদীপকা য়েংনরুরবদি মনিলৈমদি পূমওননি, ... শাৎকাযরবা গুলাপকুন্না ময়াই কানা ফজরবী মহাক্কী মায়খোঙদুগা চান্ননা ঙাঙথোক্লকপদা খোইহী চেনবা চীম্বাল অমসু ঈশ্বরনা পীনবিরম্মী। কনাগুম্বা অমদা করিগুম্বা অমতং মনিলৈমনা নোল্লক্লা হাযজরব্বদা মাই হায়রক্লবা মহাক অদুদি শরূ পোল্লাংগুম্বনি মী ওইদ্রবা। মায়া অমনি। 'ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা কয়া কুইনা লেঙদনা লৈবা ঙমগদগে,' মন্ত্র অসি লৈমগী খূৎপায়নি। শক্তা হেনবা

নত্তে, মরিলসু লৈ লৈমা। মপুরোইবনা চীংদা লৈখিবনা মচা অহুম শেম্বগী থৌদাং ফৈগাক-ফৈম্না পুজরকপনি মথন্তনা। ওজা য়াইমগী মক্তুবা থম্মোয়গী ঈরিক্লা লেপ্পাইদনা খীকপিবতনা মনিলৈমদা লোইনাইদ্রবা থৌনা পীবি। অমনি খঙদে অমনি খঙদে, অহুমলক পুখহৌরবী মচানূপী রোসনিবু হন্দক লাম্থোকহলহৌদবা শূকয়া-য়াদে হায়বসিতনি মহাক্কী লাইনীং। লৌথূপ-লৌকোই হৈজদে লৈমা, ওজাগী মফমদা অশেংবদুমক্ হঙ্গৎচৈ—

"মবুং-মৌপ্পাসু লৈজদ্রে, ঐখোয়নগা পঙবনে...., ঐখোয়গী ওজাসিনগা (ওজা য়াইমা) মতমগী চৎনবীসি শম্না মফৈ অমা খঙবিদবা.... অদুগনে ওজা, ঐ ইচাসিমদি পঙসু পঙখ্রবা, কোকহন-লাইহন ওইবনা তৌব্রকৈনো, মনাওশিংগা মান্নদে, মাদবু পাস তৌহনবীরক্লবদি ওজাগী লমল মপোক তরেৎলক্তা কাউজরোয়।— হন্দক্তি কনাননো পরীক্ষা চেনবা থিংই হায়নগুমসু তৌদাইনে ওজা? খোঙবাল চেনবিনবা লৈতবা ঐখোয়গীদি ফনবু ফরে, নহালমখৈ মীগী তৌনরিবা ময়ামদু উরুরগা ইচানা হল্লক্লগা কপ্লবদু কয়াদি নুংঙাইখিদ্রে....., হন্দক্তি ঐখোয়না ব্রামনবসি উবীদুনা ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক ওজাবু থাবিরক্লিবনি, ওজা ফংজবসি ঐখোয়গীদি লাইবক থম্বাল শাৎপগুমম্বনি।"

ব্রাহৈসু-ব্রাহৈনি মহাক্কী মিনোক্কী মগুণসু অঙকপনি!

ওজা প্রদীপ মমাঙদা অমুক্তসু ছাত্র অমত্তগী পরীক্ষা চেল্লক্ত্রি। মশাগী নিয়ম অমদা চৎচবা মীনি। মীনসু মঙোন্দা অসিগুম্বা ব্রা পঙনা হৌদোক্কে, করিগুম্বা হৌদোক্লগসু মহাক্লা অমুক্তসু য়াখিদ্রি। বিধিগী নোংদম্না, হন্দক মনিলৈমগা ওক্করুবদৈ ওজা প্রদীপকী ফিরেপ খরমখৈদি হোংহল্লে...., খরা নত্তে, ওজাগী ফীভম খোইগী তীল ওম্নুরবা লৈম্লে-ঙাগী পাংখককুম লেঙ-ওৎপা তৌখিদ্রে। মশানা মমায় চুমজদ্রে, অচিংবমনা চিংবা মায়কৈদা চৎলক্লে। মনিলৈমনা ওজাগী অপাম-পামদ, হৈনবা-হৈনদবা খো-খোপ্পা খঙদোকপদা মীৎকূপ ফানা চঙদে। নোংমগী মনুংদা ইমুং-মনুং ওন্‌শিল্লে। শকখঙনখিবা নুমিত্তুদগী হৌরগা, পরীক্ষা মনুং নুমিদাং খূদিং ছাত্রিগী য়ূমদা ওজাগী চাক হাপ্লে, অয়ুক্তদি চখোক-চৎশিন খূয়ৌনৈ তাকপিরে। থোং-থাকপা হৈবী লৈমা পীজ-পীথকসু ফজে, চেকশিন্নসু হোৎনজে। হয়েংগী বার্তোনি ঙসি থাই, হংচীৎকী বার্তোন হয়েং থাই। মদুমক্কী মতীকথোকপা ওজানা রোসনিবু পরীক্ষা হল্লকপদগী ফম্মুং চঙদ্রিফাও মীৎকূপ অমা কাইথোক্তনা তাকপা য়াবা তাকপি, তম্বীবা য়াবা তম্বী। ব্রানীংঙাই লৈত্রে ঙন্দক্তি।

অসুম্না পরীক্ষা নুমিৎ খরনিদু মীৎনা কূপ্পদা হৌখিদুনা থুম-মোরোক্ চানরকপগা ইমুং-অনী কায়নরে।

থা খরগী মতুংনি। পরীক্ষা হায়দোক্নে। ওজা প্রদীপনা তূম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ হোৎনবিখিবগী মহয় মনিলৈমনা ফংজরে। ৱাখঙবী লৈমনি, পন্থদনা পাইরকই। চাক্নৌ বার্তোন কৎলরে, হয়েং নুমিদাং।—

থংনবা নুমিত্তু নোংমাইজিংনি। থাংজগী নুংথিলদা ওজা য়াইমা চীংদগী থুংলৈ। অমুক-মুক লাকপদা কুইনা-কুইনা হুন্দোকপিরল্লবা নূপী-অঙাং পুবীদুনা কোয়থোকপা, মফি-মরোল লৈবিদুনা হরাউহনবা ওজা য়াইমগী হৌনবীনি। মপাল কাংজৈবুঙদা মেলা তৌরি, ওজানা মচাশিংবু মেলা য়েংহনগে খল্লী। মচামখৈনা সিনেমাসু য়েংনীংই, ফিল্ম অচৌবদা চাউথোক-চাউনা থোক্লকপা অনৌ-অনৌবা ষ্টারশিংগী অনৌ-অনৌবা ফিজেৎ, ষ্টাইল য়েংনীংই। অদু সু হিন্দী থিংখ্রবনিনা ইংলিস,— মৈতৈলোনগীদি য়েংনীংদে, মচাশিংনা লেপ্পে।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পূং অনীমুক তাবদা মপানা মচামখৈ খোম্‌দুনা পুখ্রে। শোম্‌দা ওজা চাক পীজনবা হায়জিল্লুরে, মমাগী মতেং পাংনবা অমত্তদি লৈহৌ হায়বা কনানসু তাখিদ্রে। অমনা অমা লৈনি, অমনা অমা তৌনি হায়দুনা নাম্থোক্তুনা চৎনখ্রে। ওজা য়াইমনা শদিংদা লৈমাদা হায়—

"মম্‌দ্রিঙৈদা হল্লকনি, নঙদ থৌরাং লোইরম্মু, নঙগী ওজাদু থুংলদ্রিঙৈদা ঐখোয়' য়ৌরকপনা হানদৌনি।"

মনিলৈমা থবক খূদিংদা নুংশিৎনি। মমশূক-মম্‌শুক্লকপদা, ওজা প্রদীপ থুংলবগা লৈমনা চাক লোইবগা মপা চান্নে। ওজাবু ফম্মম কাদা ফমহল্লমল্লগা চাগা চানবগা পুরক্তুনা মনিলৈমসু ফম্লরে। করিননো ঙসিদি, ওজাসু লৈমসু কোইতক্‌-কোইতক্লবগুম্না তৌই— অনীদং ঙায়বদুনসু ওইবা য়ায়, ইফোং-ফোংনা মায়গা-মায়গা ওন্‌শিন্নদুনা ৱাঙাঙনবা ঙম্নদে।— ওজা প্রদীপতি চা থক্ল-থক্ল ট্যূব লাইটকী মঙালদুদা লৈমগী তবোপ-তবোপ্পা খজাইদু মৈশা লাংলুবগী ইঙাঙ-হাঙলিবদু হুরান-হুরান য়েংদুনা লৈথোক্লি হাযবা লৈমসু খঙই।

"পায়বিয়ো ওজা, ঐনা চাদুন লৈরে।"

"ও; অঙ, য়ানি।"

খংবু-খংমাল্লে, ইকাইখাঙদগী ফৃরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্তুনা মায়দু শৎ-শৎ নাম্থোকই। শেংফাত্তবা খোঞ্জেলদা লৈমনা মতোমদা শোল্লকই—

"কৈদৌরবনো, ঙন্না হল্লক্নি হায়রম্বনিনে....।"

"ঙল্লিদা....।"

মখোয় অনী নোক্মিন্নে। তাঞ্জাদুদা কোল্লিং-বেলগী মখোল তারকই।

"ও লাক্লমাগ্লে . ।"

হৌগৎখিদুনা লৈমনা থোঙ হাংলুরে। মপানদা লেপ্তুনা লৈরম্বা নহা মঙা-তরুক ইমুংলোমদা গ্রোঙ-গ্রোঙ চঙশিল্লকই। তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈমনা মখোয়দা হংই—

"কনা..., কনা ওইরবনো ইবুংঙোখোয়? কনা উনবিগদবনো?"

"মী তরুক্কী চাক হাপ্লিদবা য়াদ্রে ইতৈমা, ঐখোয় ঙসি য়ুমসিদা পঞ্জখিবা তারি।"

য়াথং তৌবগুম্বা খোঙ্গোক্তা মখোয়শিংদুগী মরক্তগী অমনা হায়রক্লিবদু তারগা লৈমনা লোল্লক্লা অমুক হায়জে—

"ইবুংঙো...., ইতৈমখোয়গীদি নূপীঙাক্ত লৈজবা ইমুংনি, নূপা হায়ববু মখোয় ওজাদনি ইচাসু লৈশাবীঙাক্ত অহুমনি...., য়ারগনি ইবুংঙো....।"

লৈমগী ব্রাদু তারমদনা, মনুংলোমদা চঙশিনখিবা য়াও, কাদুগী থোঙনাও হাংদোক্লুনা য়েংবা য়াও, মানা-মানা থোকপা তৌনখি। অহানবা ব্রা ঙাঙলকপা পাখংদুনা প্রদীপলোম্‌দা ওনশিল্লকই—

"কা অমতংগা শীন্দোকপিয়ু ইয়াম্বনা....।"

"ঐ .... ঐদি ইমুংসিগী মীওই নৎচদে।"

"অদুদি নহাক কনা?"

"ঐ, .... ঐ।"

"ইচাগী ট্যুসন ওজানি ইবুংঙো।"

লৈমনা খুল্লকই।

"অঙাংদি কদায়?"

"মেলা য়েংবা চৎখ্রি, মপাগা....।"

"ওঃ মপা-মচা পুন্না থাদোকখ্রগা ইতৈমনা শোমদা করিলীলা শান্নবিহৌরিবা?"

"নৎচদে ইবুংঙো, ইবুংঙোখোয়না লান্ন উবীরে, ইচাগী পরীক্ষা ঙম্বগী"।

"তৃমিনলৈয়ু, হুরানবনা হুরাল্লী হায়গদ্র?.... মসিবু নূপী অমগী শাজৎলা? নখোয়গুম্বী কযাসিসু লৈপাকসিবু লৈখাতানা চিংথরকপগী চাউরবা মরম অমা ওইরিবনি।"

"ইতৈমবু থাজবীয়ু ইবুংঙো, ঈশ্বর পনদুনা ব্রাশকচরিবসিনি, ইচা অহুমসি কোঞ্জদুনা ঙসিফাওবা লৈজরকপসিদা নোংমতসু ব্রাখল লমফৈ অমা চৎচরুদ্রি, নত্তবা লীচৎ অমা চৎকে খঞ্জরুদ্রি ...., লৈকাইনা খঙবিরিবনি....।"

"নতাৎতি হৈরিনে, তৌথোরক্লিবসিগা, চালাক য়াম্না হৈরবনিনা, থবক তৌবা তারেদনা,

ইনাওবী...., ইমা-ইবেলশিং।"

নহা অমা নোংথাঙগুম্না পাউথোকখি। লৈমা নিংদোল চোংলক্লে, করিনো ঙসিগী মতৌসিবো, মঙদফাও মঙলুদবা থৌদোক্লি, মপূক্লিংদা শোল্লকই। পোকঙৈদগী তারক্ত্রিবা পি, লন্তক-লন্তক তাবা হৌরকই। ওজা প্রদীপতি লাইনা লৌবগা মান্নরে, চীম্বাল থক-খা নপশিন্নখ্রে, নুংগী মুর্তি ওনখিদুনা লোন-লি থোকখিদ্রে।

লৈকাইগী মৈরাপায়বী লুচিংবী খরা সেক্রেটরীগা লোয়ননা হোবে-হোবে থুংলরে। মনিলৈমনা লৈকাইগী মচেম-মনেমশিংদা হায়জবা মীৎয়েংনা লাংতক্লনা য়েংজবদু কনানসু উবীখিদ্রে। হেক য়ৌরকপগা মৈরাপায়বী সেক্রেটরীনা পূন্নমক খঙলবা মওংদা নহাশিংদুদা ৱাহংলকই—

"হৌজিক কমদৌসি হায়বা ইবুংঙোখোয়?"

"ঐখোয়গী ইথৌদি সমাজগী অমোৎপা শেংদোকপনি, লমচৎ নাইদবা মীবু সমাজদা লোৎশিন্দুনা থম্মম থোক্তে, মখোয়দি মহীক্লম্বনি, অমদগী অমদা মথং-মথং শন্দোরক্ত্রিঙৈদা অফং-অফংবা মফমদা মখোয়বু ৱারকহৌগদবনি।"

"চুম্মী-চুম্মী ইবুংঙো, মদুমক তৌগদবনি, খঙদ্রিঙৈনা খঙদ্রিঙৈনি....।"

সেক্রেটরীগী ৱাদুগী ৱারোইশিনগা লোয়ননা নূপী ময়াম খোঞ্জেল অমত্তদা আন্দোল হৌরকই—

"কন্যা কৎশে, কন্যা কৎশে. .."

খোঞ্জেলশিংদু নেমথগ্রবদা সেক্রেটরীনা লৈমদা য়েংদুনা হায়রকই—

"মনিলৈমা, ঙসিদি নঙগী নুমিৎশুবা হায়বদু তারেনেকো।"

"নত্তে ইচে, ইচেখোয়না হেন্না খঙবিরিবদুনি, ননাওনা অসুক কুইবা মতমসি ইচা অহুম য়োক্তুনা লৈজরকপসিদা ননাওগী করি-নত্তবা পাউ তাবিখ্রবগে? ইপুরোইববু লাইগুম্না নীংজদুনা ঙসিফাওবা লৈজরকপনি, ওজাসিদি ইচাগী ট্যুসন ওজানি, ইচানা পরীক্ষা ঙম্লকপদুদা চুম্না চাক চারা অমতং চামিন্ননবা কৌজবনি।"

"খঙেঙ-খঙেঙ ইবেম্মা. ওজা চাক্তৌববু নুংদাংদা কৌনব্রো?

নূপা লৈত্রিঙৈদা নুংদাং-নুংদাং ইচা লাইরিক তাকহনবীবদো ঐখোয়সু উই...., মতাং চাদদুনা অদুক খঙজিন-উশিন্নদ্রবনি.... খোল মেঙবা লায়রুনু হায়দুহেক তৌইদা....।"

ৱাদু হায়রম্লগা কবোক চাইরকপা ঙাইরিবা মহাবলিগী য়োংয়ামগুম্না য়োমশিন্দুনা

লৈরিবা ময়ামদুদা ওনশিন্দুনা খোঞ্জেল হৌরপনা অমুক হায়—

"ময়াম থৌরাং তৌবিরো।"

ইমুংসু-মাঙ্গোলসু, শূমাঙসু, মীনা পূমথল-থল্লে মীনিলনা পুমনিল নিল্লে। সেক্রেটরী ইন্দুমুখিনা পনখিবগা কনানবু লেংবনো লৈ অঙৌবা পরেং অনী খুদক্তা পুশিল্লকই। লৈ পরেংদু উরুম্বদগী লৈমদু ইকাই-ইকিগী পম্লুংদা মশাবু ফাজিঞ্জদুনা থম্বা ঙম্লক্লে। লৈমায়থক্তা থরো-থরো ওন্দুনা মচা অহুম, মপুরোইবা কৌদুনা মীশি-মীনা থোকপগুম তেংথা-নাওইনা কপ্লক্লে....।

মনিলৈমনা কপ্পা, মৈরাপায়বীশিংনা খ্বাঙ মেক্তুনা, খুদোম্বী শীং-শীংদুনা ঙাঙলি-শক্লিবা পূম্নমক, ময়াম কুমহৈ ওইনা পংয়েং য়েংনৈ। অমনা অমদা ৱারী হংনৈ। মানা-মানা থোকপা পংতম-তম্লে, চহী কুনহেন্না অরাম্বম শাগৈগী মৌ ওইদুনা লৈশাবী অহুমগী মমা ওইরক্লবী ময়েংবম নীঙোল মনিলৈমদু লৈবাক মীয়াম চঙ্দুনা মরা-মপুরোইবা পান্দ্রিবী তশেং-তশেংলিবী য়ুবতী-কন্যা ওম্লোকপিরে। সমাজদা পাড়া তম্বীনবগীদমক খুদক অদুমক্তদা মপুরোইবগী য়ুমদুমক্তদা পাখং কোনশেংদুনা কন্যা কখোকপিরে। ■

# অওনবা

সনাৰৈগা মেমথোইগগী য়ুম থংননা লৈ। মখোয় অনী অদুক্কী মতীক নক্লে। অদুগা মখোয় অনীগী নক্লবগী চাংদুমুক মখোয়গী মপা-মমাশিংদি লাপ্লে। সনাৰৈগী মপানা নোংমগী মনুংদা অমুক্তং ওইরবসু মচাশিংদা "নৱা-নাইখ্রো" হায়দুনা খোঙ্খী শীজিন্নদুনা চৈদবা য়াওদে। অদুগা নাইতোম পোকচবী মেমথোইদি মপা-মমাগী কোরৌসু থাজসুনি। নোংমা সনাৰৈ কদায়দনো মতোমতা চংখি। মহাক্না নুমিদাংৱাইরমফাওবা হল্লক্ত্রবদা মেমথোই মচী-মচীদা চপ্-চপ্ লেপ্লগুম্না তৌই। মমানা চিংনদুনা, হংবসু মেমথোইনা অশেংবদু তাক্তে। মাগী কাদা চঙখিদুনা থোঙনাওদগী সনাৰৈখোয়রোমদা য়েংদুনা নুমিৎতাবফাওবা লেপ্তুনা লৈখি। নুমিৎ তাথ্রবদা মমা চঙলক্তুনা অমুকসু নমহং-হংলৈ—

"নঙবু কৈদৌরগে হায়বনি মেমথোই?"

"সনাৰৈদু হুজিকফাও' হল্লক্ত্র মাল্লে....।"

মহাক্না লোম্বুপ্পনা খুম্লক্লিবা পাউখুমদু তাবদা মমাদু মেমথোইদা চাগদগুম য়েংদুনা লৈখি।

মথংগী নুমিত্তদি সনারৈনা চেল্লিবা নূপাদু নূপী-অঙাং লৈরে হায়দুনা ৱা-ৱা লাউনরক্লে। পাউদু খোল্লে অমতৌনা মমানা মেমথোইদা তল্লে—

"হো ইবেম্মা, নূপাদো মচানূপা চহী মরি শুরবা'মা লৈরেয়ে।"

"এ! মদুবু পাখং নত্তবা!"

মমীৎ-মনা য়ুংখৎখ্রে মেমথোই।

মেমথোইগী মমাদু দষা অচৌবা অমনা মশা খঙদনা মথক্তা নন্দুননা লৈরম্বদগী নাম্বোকহৌবগুম্না তয়াং-তশোইরবা মপূক্লিংদু ফাথজনবা হোৎনজবতদা নুমিত্তুমা লৈতাফম খঙদনা লেনখি।

নুমিত্তগী নুমিদাংদুমক্তদা সনারৈ থাইদোক্লদুনা ময়ূমদা পুরক্লে তাবদা মেমথোই সনারৈবু উনীংবনা লাংতক্লখি। অদুবু মপা-মমানা মহাকপু সনারৈগী মনাক্তা চঙহনখিদ্রে। থৌদোক অসিনা সনারৈগা মেমথোইগগী লিরবা, চেৎলবা মরী অদু খংথৎ-থদৎখিবগুম্না থোকখ্রে।

থৌদোক্তু থোকখ্রবা মতুং থা মঙামুক লৈরগা সনারৈ অমুকসু চেনখ্রে হায়বা পাউ তাবদা মেমথোই অমুকসু হেন্না ঙকখ্রে। হন্দক্কী নূপাসি চহী খরা লৈশিল্লে, লমদি...., চপচাবা লমগী মমিং পন্নদে, য়াম্না লাপ্লীদমক মহায়নৈ। সিদগীহেনবা মখাতাবা পাউ মনা-মনিল নাইনখিদ্রবা তুংদা নোংমদি মেমথোইনা মমাদা হংই—

"সনাবৈদুবু কমদৌনখ্রে হায়গে ইমা?"

"খঙদে-খঙদে, তূমিনলৈয়্,.... নূপাময়ূমদা হোঙখ্রেনি, মখোয়নবু মচা লুহোংনি খঙব্রো, মচা অমত্তবু...।"

মদুদগীদি মমানা নমহৎপিখ্রবা ৱাফমদুখক্তদা তূমিন লৈবা নত্তনা মেমথোইনা সনারৈগী মমিং পন্নবা খুদোংচাবা ফাওবা চান্নমক্ ফংখিদ্রে।

মরকসিদা, হৌখিবয়াবা মতমমখৈ হৌখ্রে। মেমথোইনা ময়ূম পানবদসু চহী অহম্মুক হায়রক্লে। তৌবতবু, অঙাং উনবা নুমিত্তা মপামলোমদা পুথরকখিবদগী মহাক নূপাময়ূমদা অমুক চৎখিদ্রে। মপুরোইবগা লোয়ননা মপা-মমা কোনদুনা মপামদা লৈরক্লে।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা সনারৈ মপামদা লাকই। অহানবদদি মেমথোইনা সনারৈবু

শক্ লাকশিনবা ঙম্লুদ্রে। সনাৱৈনা নোক্লক্লবা মতমদুদা মেমথোইগী মচীন্দগী খঙহৌদনা হায়দোক্লকই—

"করিনো নঙনা তৌরিদুদি সনাৱৈ।"

ঙকপনা খম্ থেংলবা মেমথোইদু, সনাৱৈবু খোঙদগী তোনফাওবা হন্না-হন্না য়েংলকই। মেমথোইগী ৱাদু মশানসু য়াজরদুনা সনাৱৈনা নোক্লদুনা খুন্নকই—

"নঙদি ফজরিনে.... লৈশাবীদুম মাল্লিনে।"

তুংথা-মাঙথা চঙম্মিন্নরকই। সনাৱৈনা পম্লক্লিবা অঙাংদুদা য়েংলদুনা মেমথোইনা হায়রকই—

"অঙাংদি সিমতরা?"

"কদায়দৈনোদা....ঐগীদি মঙানি, নুপা মরি, নুপীসিনা অতোম্বী....হান্নগী ইচেদুনা থনম্বা অহুম অমগা, মদুসু নুপাঙাক্ত।"

"হৈমা!"

মেমথোই ৱা ঙাঙবা লেপখ্রে। পাউসিমদি মঙোন্দা অনৌবনি। মীৎকুপ খরা করি-করিনো খল্লুরগা তপ্না হায়রকই—

"ঐদি নখোয়গী ইচে অমা লৈ হায়বদি ঙসিতা খঙলিবসিনি।"

"ইচেদি লৈখিদ্রে, অঙাং অতোম্বদু পোকপদা...., ঐ লাক্ত্রিঙৈদগী লৈরমদ্রবনি।"

ময়ূমদা ঙাইহাক চঙমিন্নরুরগা চাকতি মখোয়গীদা চামিন্নগদবনি হায়দুনা সনাৱৈবু মেমথোইনা নমদুনা পুরক্লে। চহী কয়াগী তুংসিদসু সনাৱৈদি মেমথোইগী য়ুমদু ময়ুমগুম্না কোইহ্রি। কা খুদিং চঙ-চঙদুনা য়েংলি। কাশিংদুগা মরী লৈনখিবা হৌখ্রবা পুঙ্গিগী চেনা খরদং হঙ্গৎ-হঙ্গৎনা ফাক্কত্তুনা য়েংজনবা লাক্লরি। পুক্লিংগী থৌ চিঙ্গরিবী সনাৱৈদা মেমথোইনা য়েৎশিল্লকই—

"চাকতি নঙনা থোংবা-তাবা, ঐনা থোংঙদি চাবা য়াররোই।"

নুংগী ভাব থিরুদনা সনাৱৈনা হায়—

"কতন-চুবদি তোক্লমদ্রিনেকো।"

সনাৱৈ ইল্লম্বা ফিনা খ্বাঙচেৎ শেৎকৎলকই। মনীং ময়া থুংনবা চৎলকই। মচানুপী অতোম্বী মমানা চৎলিমখৈ ইন্নে। মনীংদা ঙরাং নুমিদাংগী, ঙশায় অমুক চা থকপগী নল্লিবা কোন লুখাক ময়ামদু থেংনৈ। সনাৱৈ মখ্বাঙ মেত্তুনা লেপ্লদুনা হায়রকই—

"ইমাইপেম্মা, করিনো তৌরিবা কোনয়ামসিদি, মীনা অনীমতেকখক্ চারগা, করি

নুমিত্তগী নম্মকইনোনে, ওম্ভোক্লসু য়ামথ্রেব্রানি।”

কোন মনাক্তা ফমথখি।

“খিত্তা হন্দোকউশে তোম্বী, ইমা কোনসি ফোঙদোক্কে, হৈনদে লূখাক নম্বসি, লক্ষ্মী চঙদবনি।”

ঙাঙনা-ঙাঙনা সনারৈনা কোন ফেঙ্গৎখ্রিবদু মেমথোই খঙই, ইমুংদগী লাউরকই—

“তৌরুন্নু সনারৈ, হৌরেল পুন্না তৌরগে'না থম্বনে।”

“হো ইবেম্মা খঙেঙ, অদুনদি কদায়দৈ চন্নরদগেদো।”

নোকপদি তায় অদুবু মেমথোই থোক্লক্কে। কোন ফেঙনা-ফেঙনা সনারৈনা অমুক লাউরকই—

“নঙ' অঙাংদি মেমথোই?”

“মপানা পুখি, মবোক্লা য়েংনীংই হায়-হায়দনা।”

“কৈ-ব্রানেগে নঙসিদি, নঙদি চত্তনবু.... ইমাখোয়দি?”

“ইমাগা ববাগা লমাংদোং চৎখি।”

অনীমক তূমিন-তূমিন লৈনখ্রে।

চাকশঙদা কোনদু থাংজিল্লম্লগা ফম্মুং-ফানুং লোইশিল্লিবী মেমথোইগী মনাক্তা চঙলক্তুনা লেপ্লরে সনারৈ। কোয়না অসুম য়েংলুবদা ফিয়ানদা পৈরিবা ফিয়ামদু উরুরে। চঙশিন্দুনা ফিশিংদু থুপ্ল-থুপ্লদুনা মচা খায়না-খায়না অমমমতা য়াম্ভেক্লেদুনা মহাক্লা হায়রক্লি

“নীপাগী ফিফাওবা শুমাইনা থল্লবনিনে, ....করিনোনে নীপানবু ফীরোন অসুকয়াম্লা শেৎপসিবো, অমা-অনী শেৎলগা অদুঙায়.... কূমশিদি, মপাগীসু ফুরিৎ অমতা লোনগে কন্না খল্লিবনি, হাকুমসু নীল্লিডৈদো নীংথমথা লোইখিবনা হানখ্রে, য়াম্না নুংঙাইত্রে, নোং-ফাদোক চখোক্-খোত্তোক্পদা জরশী অমতা লীৎনীংঙাই লৈত্রবনি।”

হান্নদগী হম্বরপ তৌবা খোঞ্জেলদা শোনবোই-হায়বোই তৌরম্লগা মহাক্লা তূমিন্না লৈখিবগা কাননদনা মেমথোইনা হায়রকই—

“জরশী য়াম্না লৈবনি অমা-নী পুখো।”

“চরোদা নঙসু... ।”

শুকথরম্বা মমায়দু খঙহৌদনা মাঙখ্রগা মকা-লাম্না নোক্লদুনা সনারৈনা খুম্লকখি। অদুবু মেমথোইদি ইহা-হাদনা মখাতানা হায়থরক্লি—

"পুখো কৈদৌগে,... মানা লীত্তুনা হন্দক মপোক্কী লোইররোয়দবনি।"

মেমথোইগী মায়থোঙদা অমুক্তং য়েংলুরগা সনারৈদু লাল্লুরবা মীগুম্বা পুক্লিং ফাথজদুনা তপ্ন-তপ্ন শকফম হঞ্জিঙ্খি।

ফি হোংদোক্তুনা চাকশঙদা চঙমিন্নরে। সনারৈনা চাক থোংই। মেমথোই এঙ্গাং শেন্নি... পীক্লিবী নূপীমচাদুদা য়েংলদুনা ৱারীশাবা হৌরকই—

"নচানূপীসিদি করি-করিদি তৌবা ঙম্লে?"

"মাবো, য়াম্না কান্নরপোৎনিদা, ....মী'দুমা কৌরকউ, পোৎতূ পুরকউ, চাক লোইরে হায়রুরো।"

সনারৈনা থৱায়তানা খুমজরিবা পাউখুমদুগী মরক-থৎলদুনা মেমথোইনা হায়রকই

"ও, বেম য়েংঙোই মমাদা আদগী মোড়াসি অমুক্তা লৌরুচো।"

মাগী হেঞ্জিন্না চুশিল্লন্নবা হৈনবীদু উরগা সনারৈদি ইতিং-তিংনদুম নোকথোক্লকই। মাসু নোকপদু য়াওরকই। অঙাংদু ইঙক-ঙক্লা মখোয়বু য়েংদুনা লৈ। অমুক্কসু হন্না মেমথোইনা হায়—

"আদগী মোড়াসে সিদা পুরকউ হায়বা।"

তপ্লি-তপ্লি চৎখিদুনা অঙাংদুনা মোড়াদু চিংবোই-থাংবোই পুরকপদু য়েংলদুনা খোঞ্জেলথোক্লা নোক্লি মেমথোইদু। কদোমদগীনো অঙাংদুনা লৈথোকখিবদা ঈশিংকোন অমদা থেংলুদুনা হৈদোক্নে। মেমথোইনা থুনা হায়রকই—

"বেম, থোঙ ময়াদা মপালদা, ফি ফত্তবা অমা লৈহৌবনি অমুক্তা পুরকউ, চেল্লু।"

কুচু থোকত্রবা সনারৈগী মায়থোঙদু খরদং হেন্না মক্‌শিনখ্রগা ফুক হৌগৎলকই।

"ঐ লৌরুগেসে।"

ফিদু লৌরুরে। মদুদুস অদুমক নোক্লি মেমথোই।

চাকচাবা তোক্লবা মতুং, ঙাইহাক ফমিন্নরবদা সনারৈনা মাগী প্লাষ্টিক্কী খাউদুদগী চরীক্‌-পরেং খরা পুথোক্তুনা মেমথোইগী মতম্বাক্তা অমা লংশিল্লক্লগা হায়রকই—

"মোয়-মপানা বিনাবোন্দগী (বৃন্দাবন) লৈরকপনি, ঐনা নখোয়দ পীনীংদুনা পুরকপনি, য়ামখ্রপোৎনি ইচলনূপীগী মচা লৈশাবীশিংদু থুংনবা লোইনা য়েল্লুরবনি।"

"কদায়দা? বিনাবোনদা? মাদি কৈদৌবা চৎলুরিবা?"

শংবান্নরবা চরীক্‌ পরেংদু পায়খত্তুনা মপূক্লিংদা ফাওরক্লিবা নোক্লীংবগী ইথিলদুগী

মমি মমায়দা তারক্তনবা ৱানা হোৎনরদুনা মরী-মরী শন্নরদুনা মেমথোইনা হংলকই।

"খুলগী মরূপ হৌএ; 'বিনাবোন মরূপ' হায়দনা মদুগী চৎপদা য়াওরুবনি। অরে'শ্বগী চৎলুবা হায়বদুনি, মদু'দগী নারগা হল্লকপদুনা হুজিকফাওবা হঙ্গৎপা ঙমদ্রি।"

চরীক পরেংদু মখূত্তুদা অমুক য়েৎশিন অমুক হন্দোক শান্নরদুনা মমায় ইহন-হঙ্গৎলক্তনা মেমথোইনা য়াম্না চেকশিন্না সনারৈদা হায়রকই—

"চহীমুক লৈরগা নঙ'নচানুপীসি ঐ য়োকচরগেদনা সনারৈ? ঐগীদি ইচানুপা অমখক্তনি।"

"হোয়-হোয় য়োকচরো, ঐ লাক্লবগা ঙমজ"

সনাবৈনা নোক্লদুনা হায়রক্লিবা ৱাদু লোইশিনহন্দনা মেমথোইনা অমুক্কসু হায়জিল্লকই—

"ফাগি নত্তে অঙাওবী।"

.. সনারৈ হৈনরক্তে। ঙাইহাক ইচীক-চীক্লা ফম্মিন্নরম্লগা ময়ুমদা চঙলুখিগে হায়দুনা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। মানা চৎখ্রবদা ফিয়ানদা য়াল্লিবা মাগী ফনেক-ফিদুদা য়েংলদুনা মেমথোই, তুমিন্না মথন্তা ফমহৌরি।

সনারৈ হল্লক্তুনা হন্ননবা থৌরাং তৌরক্লে। মফি হোংবা লোইরগা মেমথোইগী মিংশেল অচৌবদুগী মমাঙদা লেপ্লদুনা মাঙ-তুং লৈদুনা অমুক্তং য়েংজরিঙৈ তাল্লক্তুদা চৌক্রি অমগী মনাক্তা লেপ্লদুনা মহাক্লা পুরক্তুনা চৌক্রিদুদা থম্নরিবা পোলিঠিন খাউ অচৌবা অমদা মখূৎ থল্লদুনা মেমথোইনা হায়রকই—

"সি পুখো জরশীনি।"

সনাবৈ মিংশেলদগী মায় লৈথোক্লক্তে। মনাক্তা চিংশিন্দুনা মচাগী মকোক্-মরু নাম্বী। মেমথোইনা উপু হাংনা হাংনা হংলকই—

"ভাবাদি কয়া লৌই?"

"তবামঙা।"

খুম্নীংদনা খুম্নকই।

"হঙ্গৎ-হন্দা কূম্লানিনে।"

য়াঙ্খোচৎপী অমা পুথোক্লক্তুনা অঙাংদুগী মখূত্তা পায়শিনহল্লদুনা মহাক্লা হায়রকই

"সিনা নঙগী অচাপোৎ লৈনবা।"

"য়াম্মনখ্রে করিনো।"

"য়ামদে-য়ামদে, শৃকলাপ্পা লাক্লগবু...।"

.... ইকাই-নুংশি য়ানখ্রে সনারৈ। অমুক খুন্নকপা তৌদনা মচাগী খূৎ শন্নকই। চৎননবা শেম-শারকই। অদুবু মেমথোইদি সনারৈগী পূক্লিংগী ইঙ্গিত্তু উবা নংহৌদনা অমুকসু হায়রক্লি—

"সে, সি কাউরমগনি।"

ফিয়োমদু লানশিল্লকই।

"করিনো মেমথোই নঙনা তৌরিসিবো!"

সনারৈ খোঞ্জেল নীক্লক্লে, পিনা থল্লবা মমীত্তু তূকথদুনা খাঙলকই।

"কৈদৌগেসিবো, নঙনা লোনদৌসু অমহা নিনা তৌবনি...।"

নুংনাংলক্লবা মেমথোইনা সনারৈ য়েংলদুনা হায়রকই...।

সনারৈ মমায় লৈথোকখ্রে, পাউখুম অমুক পীরক্ত্রে। মীৎকুপমুক্কী তুংদা মখোঙ থাংবা হৌরকই, মতুং-ইন্দুনা মেমথোইদু খোঙকাপ অমা-অনী থাংদোক্লুরগা হন্ন মুক য়েংলমদনা চৎখ্রিবা সনারৈবু য়েংদুনা লাংতক্লনা লেপহৌরে। ■

## শুসিলা ৱাল

শজিবুগী পুর্ণিমা নুমিৎ অসি খুমন পোকপা খুরুম্বা নুমিৎনি হায়দুনা শান্তি মাইবীনা তাক্লকপা মতুংইন্না লাই ঈকৌখৎহৌনবা থৌরাং অমা নোং-নীনিসিগী মনুংদা তনলাঙ-লাঙলে। চহী কয়া থোঙ হাংলক্ত্রবা সেবা চৎলক্ত্রবা ইবুধৌগী শঙলেন মচাদু শেংদোক-খোত্তোক্তুনা রং-নুং তৌরে। থাকল অহনবা, ইচাইফ্ অনৌবা, খূৎশূ-খূৎলাই পূম্বা নৌনা লাঙলে। ইবুধৌ ইবেনধৌ অনীগী ফীজোল হোংলে। অঙৌবা মচুগী মথোল তরেৎকী ছত্র অনী য়ুংলে। শান্তি মাইবীনা লুচিংদুনা লাকপা, মাইবী মখোয় মরি, পেনা খোংবা অমা, মখোয় মঙা চঙদুনা হোৎনরিবনি। অদুবু পীক্কে পীকউ, চাউগে চাউ, লাইগী মরম হায়বসিদা অমতা চিখবা য়াবা নত্তবনিনা য়াচঙলকপনা হাঞ্জিল্লক্তুনা লাইবাউদি পংশাং-শাংনা চেনবিরমদ্রে। মদুদি ওইরগা, খজিক্তং ফাওবিরম্বা লাইবাউদু চুম্বদি অঙকপা ফংনা চুমখ্রে। অরানবা অমত্ত হেক য়াওদে। চুম্মনদুনা লৈরাংদি লাইবাউ তাবদা কপ্প কপখ্রে। লাইমাঙ

ফম্বা লোইশিল্লকপগা, খয়োম্ লাকউ, উশিল শিল্লু হায়খিবা ময়ামদু, ময়াম চঙদুনা হংবদা শান্তিদু মকোকতুম ঙাওরে। মদুদি মাদি কদায়দগী খঙলুনি, লাই তোংলিঙৈদা ফাওখিবা বাবু...., মদুগুম্বশিংদুদি মাগী খোঙবুশিংদুনা ময়ামদা খঙননবা তাকপি। লাই খুরুমগদবা নুমিৎশিং মথং মনাউ নাইনা শীন্দোক্লদুনা চঙগদবা পোৎলম-চৈরম পূন্নমক শুনবা ময়েক-শেংনা, মচা খায়না তাকপিরদুনা মী মখল শুনবা থেংনরক্লবা শান্তিনা অমগী মবুকসু নাদনবা, অমগী পেন্দবসু লৈতনবা চপ মান্ননা হোৎনবি। শুসিলাগী মনম্মা লৈরাংবুসু মহাক্না মীতোপ ওইনা খনদে। মীরৎ-নারৎ য়েংদুনা লোন্নদুম হায়বিরকই— "লাইসি খাইদোক্সবা শীনবিরমগে, তোঙানবা লাইশঙ অমা শাদুনা তোঙাননা লাৎলু, মখোয়গা নখোয়গা পূন্দুনা অসুম লৈরবদি তুংদা নখোয়দা য়াম্না শোক্লক্কনি।"— মচানূপীগী বাখলদি লাইফাওবনা খঙলোই। অদুবু, থাগলগা ছত্রগদুদি মচানূপীনা কৎচবনি। মাইবীশিং য়ৌরক্লবফাওবদা মন্দোমচা, মনেনা লাইবুঙ তৈবা থোক্লরক্লবদা মানা থোক্লক্লুনা ঈশৈ শক-শক্লুনা বাই তৈখিবনি খন্দুনা লৈরাংনা শান্তিনা মখোয়গীদমক্ হৌদোকপিরক্লিবা বাদু খুদক্কুমক্তা মচানূপীদা তান্নজরুই। মচানূপীনা ইমুংদা মাইবা মাইবীগী বা পুশিল্লক্কনু হায়দুনা বাদু থবৎ ককখ্রে। ইমুংদুদদি, মপাসু-মমাসু মানা পূংশূপনি। মদুমক্তা মখুরানা য়ু ঙাওরগা "গুরু" হায়বা মিংসি ওম্বোক্লা পকচনা থোনবীরিবনি। মাইবীদদুম ওনশিনদুনা হায়রুরে—

"ইবুধৌগা ঐগা পাউ ফাওনরি, ইবুধৌনা ঐখোয়গীদি মন্দির শাদ্রবসু য়ানি, কল্লক-মীহৌদা চাউগনু. মীগী মাঙনবতা খনগনু, নথম্মোয় শেংনা নপূক্লিংদা অদুম খুরুম্মকউ, নখোয়না নিজ-নিজবদু খুদক-খুদক্তা অদুমক পীথোকপিগে হায়।"

মাগী বারক্তবা মচা মানবা মতৌদুগীদমক্ মমানা লোন্না চৈ, অদুবু চৈ হায়বদু মঙায় মাইবীশিংদুগী মনাক্তা চঙশিন-চঙশিন্দুনা মানা ঙাঙনীংলিবশিংদু ঙাঙবা লেপ্তে, মহাক্না হায়—

"ইমা মাইবীবু মাইবী চঙবা চহী কয়া শুবিববগে" "ইমাখোয়গী পার্টিসিবু মী মঙাসিদরা অতৈসু লৈরিব্রা?"

তশেংনমক শান্তি মাইবীদু শাউবনা মৈ হৌরদুনা তিনখেৎ-লাইখেৎলী, চৈবী-চৈথেং শোয়দনা ফংগনি হায়বসি হকচিন্না হায়রে। মমাদুদি মাইবীগী বাদুদা তশেংনা পাখৎচরে। লাই ফত্তবনা মচানূপীগী বুদ্ধি শুমহৎখিদুনা হায়হৈদবা হায়রব্রা ঙাঙহৈদবা ঙাঙলব্রা হায়নফাওবা চিংনরক্লে।

মাইবীশিং চীন চপ মান্নরিবা, লাইমাঙ ফম্বদসু ফাওখিবা বা অমদি শান্তিনসু ঙশায়

হেক্ থুংলবগা হায়খ্রবনি।—

"ইংখোল অসে লাই অমাংবা য়েৎলে, মীগী পোৎশেম লৈরে, মসি লৌথোক্ত্রিমখৈদি ইংখোলসিদা লৈরিবা মী পুন্নমক অনম-অহা চুরনি, বুদ্ধি-লৌশিং থোক্লরোয়, থবক-খূদিংমক্তা খৃৎলৌ-পল্লৌনরনি, অমগা-অমগা নুংশিনররোয়, অঙাঙ-অঙাঙবা চাউনরনি" অসিনচিংবনি। ইমুং অনীমক্লা ময়েক শেংদ্রিবা ৱাফমদি, ঙশায় লাইমাঙ ফম্বদা ফাওখিবা— "লমদগী শমু মীকোক অনী, য়েৎকী লমদাঙ ওইবা অমা ওয়গী লমদাঙ ওইবা অমা ইংখোল চাইগোন্নুংদগী ওযগী লমদাঙ ওইবী, মরেপকা মঙালগা মরেপ্পা হেনতক তৌবী অমগা শমু মীকোক অন্থম লৌতৃনদুনা ইংখোল অসিদা অমাংবা পোৎ চাইশিল্লে হায়বসিনি। ইমুং অনীমক্লা পোৎশেম তৌরিবা মীশক অদুগী মশাদা মহাক্লা তৌরিবা থবক অদুমক তেকশিন্-হজ্জিনহনবা পাম্লে। মতাং অসিদা শান্তি মাইবীনা কন্না হায়রিবনা— হায়রিবা লাই অমাংবসি, করিগুম্বা মঙোন্দা খাইবিরম্মু হায়বা তারগদি ইংখোলনুংসিদা লৈরিবা মীপুম খূদিংমক পূকচেল খোয়জেল মান্নগদবনি, কনাগুম্বনা মপূক্লিংদা নীংজিং মাঙজিংনবা য়াওরগদি মহাক লাই অমাংবা খাইদোকপা ঙম্লোয় মঙোন্দা ৱাগনি, হায়বা ৱাফমসিনি। মাইবীগী ৱাদু তারুবদগী ময়ামদু থকম্নবদুম হেনগৎনরকই— মমায়-মমীৎ শূক্লরম্বদগী চীম্বল লান্না ঙাঙনরকপা য়াওনবই। ময়ামদুগী খাইবুং-খাইবুংনবা, তেঙ্গোল নাইনবা মতৌদুদা শান্তিনা লাই খাইবা ঙম্নরোয়, নখোয় খন্নবকখো, কোন্না তৌরসি হায়দুনা খাইবীরমদ্রে।

নুমিত্তুগী মতুংদগীদি শুসিলা মচিল-মৌপ্পা শান্তিগী য়ূমদা নোংঙাল্লুবা মশীং য়াম্লে। করিননো হায়ববু, শান্তি মাইবী হৌজিক-হৌজিক মমিং কন্না লৈখৎলক্লিবা, মীনা কন্না তান্নখৎলক্লিবা মাইবীনি, অহিং হৌদুনা চৎহৌদ্রবদি মা উনবগী ৱা লৈতে। মনিল নাইরুবা য়াৱদি নত্তে— মাগী মপালদগী ভোৎফাওবা কানখ্রবনি। ভোৎ মফমদগী ওম্থোক্লা ৱানা লীখুল থিদুনা শুসিলানা মহাকপু চিংলুদুনা মফম অসি য়ৌহনলক্লিবা অসিমকসু অরায়বা থবক নত্তে। ইংখোলনুংসিগীদমক মহাক্লা তৌবীরম্লিবা থবক অসি মমল য়ামখ্রবা থবকনি। ইংখোলসিদা মহাক্লা খোঙ্গুল তাবিরম্বা নুমিত্তুদগী ইমুংসিদা তারম্বা দযা, অৱা-অনা কয়া মথং মথং কোক্লক্লুনা ইমুং-শান্তি লৈরক্লে, শেল তূংবা ঙম্নক্লে। শুসিলানা পামজরম্বমকসু মসিখক্তনি। মহাক্লা মযুম পান্দুনা য়ূম্নাক-শাগৈ অমা ওনখিদুনসু মমা অমতগী গর্ভদগী তামিন্নরকপা মৌপ্পাগী ইমুংনা কাংজাই-খুজাইনা লৈবদু মচে অমা ওইনা মহাক্লা তূমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা ঙমখিদবনি। হৌজিক্তি, মহাক্লা মতম কুইনা নীংজরক্লবা থবক অদুসু পাঙথোকচবা ঙমজরবনিনা মপূক্লিংদা লৈরম্বা চিংনবা পূম্বা কোক্লদুনা মহাক্কী পূক্লিং মায়থোঙ

অনীমক মকা লামজরে।

শজিবু থা শিথখিদুনা কালেন পানখৎলকপদদি যুম অনীগী মরক, ইংখোলগী ময়ায়মক্তদা মৌপ্পাগী মচাক-মরল হেনগৎলকপগী খুদম অদু মচু-মমেনগা লোয়ননা ইশাং -শাংনা ফাওগৎলক্লে। চেকপলনা অহানবা ময়োল চোংখৎলকপা মতম অসিদা চেকপলগী মরুমদা উংখৎনরিবা ময়ামদু তেমথগে খন্দুনা শুসিলা মপামদা লাকই। হৌনবী চৎনবী মতুংইন্না শুসিলা মচাশিং পুশিন্দুনা মবুংগীদা হান্না চঙঙী। মনম্মনা হরাউ-হরাউ কৌশিনদুনা, মচল-মনিং, অঙাংশিং পুন্না ফম্মিন্নে। ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক তৌদুনা টি ভি. নুংঙী য়েংমিন্নরম্লগা শুসিলাগী মমৌদু ইমুংদা চঙখি। ঙাইহাক্কী তুংদা চা পীক থন্না হৈববা মগ অচৌবা অৱাংবা অমা পুদুনা থোক্লক্লগা হান্নগী ফম্মক্মদা অমুক ফম্লে। ময়ামদু মঙোন্দা লোনলপ-লোনলপ য়েংনৈ। মহাক্না চাদু পায়দুনা টি.ভি. রোমদা মপূক্লিং চিংশিন্দুনা ফমখিবদু য়েংলগা মমানা হায়—

"করিগীনো চাদু নতোমতগী হৈরক্লিবদুনা, ননেখোয়, অঙাংশিং....।"

মিনট মখায়মুক লৈরগা মহাক্না ঈংনা খুম্লকই-—

"পোৎশেম-জাদুনা হারবা চানি, মসি থক্লরগা লাই খুরুম্বদা চঙগদবা শেল ময়ামদু পাম্মূদুনা ইতোম্তগী তৌরক্লবনি।"

মনেগী মমাঙদা চঙশি-শিরবগুম্লবা মমানা খোয়দৌ শীক্লবা মহাক্কী ৱাহৈশিংদুগী পাউখুম করিনা পীগদগে খঙদদুনা হায়রকই—

"চৌম্বীবী নঙবু নচীল-নরৈদু খরা ফাওনেহে, লৈশাবীনিনে নঙবু।"

মচানূপীনা য়াম্না ঈংনা নোক্নি-নোক্নি, তৌরদুনা মোং হাদনা খুম্লকই—

"ঐবু কনানা লৈশাবী নত্তে হায়রবগে, ঐনা ঙক্লিবদি.... নঙনা ঐবু পোক্লম্লিবসিনি ইমা,.... নঙসু খল্লমগনিদা, ঐসিবু করিনুংগী নঙগী নমা ওইজরুগবনো হায়দুনা।"

মমাদু হায়নী-হায়রোই খঙলক্লে—

"হে অফাওবী, তৌঙম্বী, ... নশক্তু য়েংনীংদে নঙ কদায়দনোমা চৎখ্রো চৎলো।"

মমানা চৈনা-চৈনা দ্রেশিং টেবল মথক্তা লৈরম্না শমজেৎশিংদু লাম-লামদুনা লৌরগা মচানূপীরোমদা মথং-মথং লংশিল্লকই। মচানূপীদু নোক-নোক্নুনা চাদু পায়দুনা হৌগৎখ্রে।

চয়োলমুক্কী তুংদদি, মন্দির, মসজিদ, গির্জাদগীসু হেন্ন মগুণ লৈরবা, পুনা চেল্লবা

চেকপল অদু অতিয়া পক্লা লেপখৎলক্লে। নীংথিজরবা, য়েংবগী অপেনবা নাইদ্রবা, অহনবা চেকপল অসিবু মনুং থীৎনা য়েংলদুনা শুসিলাগী মমৌনা ৱাখল তৌবা হৌরক্লে— "হন্দক মৈগী চীংগুম্না মচীল তুম্না, শাফূ কন্না ঈনখৎলক্লিবা চেকপল অসি ইচম-চম্বা সাধারন চেকপল নত্তে। মরম অসিনা, নৌনা পোক্লক্লিবা চেকপল অসিগী মমিং অমদি ঐখোয়না তঙাইফদনা থোনফম থোকই"— নোংমদি ময়াম চখোক্লখ্রিঙৈ অয়ুক্কী পূং তরামাথোইমুক তাবা অদুৱাইদা লাইয়েকপা কাংবু অমা কৌরুদুনা ৱাং-চাউরবা চেকপল অদুগী মমায় অনীমক্তা চেকপলগী মমিংদু থাজিলহল্লে। লাইয়েকপশিংনা মিং অদু থাবা লোইরবদা শুসিলাগী মমৌনা "SUSHILA WALL" হায়বা ৱাহৈশিং অদুবু খোম্লোক চুম্না পারদুনা লাই য়েকপশিং অদুদা মিংথোল অদুগী মতাংদা শন্দোক্লা তাক্লদুনা হায়রকই— "চেকপল অসিগী মমিংদবু অমতা য়াওজবী ইনেগী মিং লৌদুনা 'শুসিলা ৱাল' কৌজবনি, তশেংবদি চেকপল অসিমক্তি ঐগী ইপা পোকপিরম্বা ইধৌ অদুগী নুপা ওইবগী মতীক মঙালগী মহয়না পোকখিবা চেকপলনি হায়বতায়—। ঐখোয়গী ইধৌগী মমিং মনিগোপালসু কোই, অমুতোম্বীসু কৌই। ঐখোয়গী বাবা পোকপী অবোক্কা, ককা পোকপী অবোক্কসি অমনা মনিগী নূপীনি, অমনা গোপালগী নূপীনি। কৃপা থিজিল্লুরগদি— অমুগী অমা অদুগা, তোম্বীগী অমা, অনীদি ইচাউ-চাউনা ৱাৎলম্লবনি ঐখোয়গী অবোকসি....। করিগুম্বা মখোয় অনীদুসু লৈবম্বা থোক্লর্বদি ঙসিগী চেকপল অসি অনী শুরমগদবনি। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু হৌজিক্তি চেকপলগী নাকল অনীমক্তা থাজিল্লিবা মিং অসিনা মরম ওইদুনা ইন্দিয়া পাকিস্থান অনীগী ঙমখৈ নাখৈ শেংনরবনি। অদুগা, ৱাফম অসিগা মরী লৈননা শেংদোকচহৌগদবা ৱাফম অমদি অসিনি, মদুদি— হন্দক থোক্লিবা ঐখোয়গী ইমুংগী লনাই বাথোক অসি কনাগুম্বা সংস্থা অমতগসু মরী লৈনজদে অদুগা ঐখোয়গী মীতৈগী "নূপাদি তরাগী মপুনি" হায়বা হায়নৱা অদুগসু ৱাফম অসিগা কবিগুম্বা মখলগী মরী অমত্তা লৈনজদে হায়বসিমা ঐহাক্লা ময়ামগী মমাঙদা থম্মোয় শেংনা লাউথোকচরি, তাবীরিবা পূন্নমক্লা সাক্ষীনি। মসি হায়বগা অসুম লোইশিঞ্জরে।"

মহাক্কী ৱারোল অদু লোইশিল্লকপদা ভাবোকশিংনা খূবাক খূদুনা চেকপলগী নামকরণ-সংস্কার অদু মপূং ফানা পাঙথোক্কুনা মতাং অদুদা লোইশিল্লে। ■

# ককথংখ্রবা ৱারী

নীনি হুন্নি ওমচাক্লরুরগা ঙসি অহিংসিদা অখাক-অবাউগা লোয়ননা পূং অনীমুকসি অকনবা নোং চুখ্রবনি। নোং-নুংশিং হৌরকপদা ইলেক্ট্রিকস্ মুৎখ্রে। মৈ মুৎখ্রবদেদি ফম্মুং কাখত্নুনা ফময়ায়দা ফমদুনা পেন্না চুরিবা নোংগী মখোলদু পামজবা ঈশৈগুম্না তারম্বনি। নোং পাথরকপদগী ফম্মুংদগী কুমথবক্তুনা কেন্ডল চুখত্নুনা থোঙনাও হাংদোক্রে। থোঙনাওগী য়োৎকা মায়গা থেংননা ফক্লাংদা তপ্-নপশিন্না লেপ্লদুনা. মীৎ উইশিন্দুনা নোংলীক থাংবা নুংশিত্তু মায়দা য়ৈহল্লুরি...., অচীকপসিদা, তাইবঙশেম্বা মপুনা মদোম মশাগী হৈ-শিংবা উত্তুনা কৌজেঙ-হাবৌ, হঙোইনাচংববু তাল নাইনা-নাইনা খোংহন্দুনা অহিংসিবু মপুংফাবা নোংজুগী অহিং অমা ওইহন্নবা তেংবাংহল্লম্লিবদু হৌজিক্তদা কোকতা চঙলকই।... ঙাইহাক অসুম লেপ্লুরগা মীৎ পাঙথোক্লকপদদি থোঙনাও ময়াসিদদি নোংকুপ খরা-খবদং নুংশিংনা হুমদুনা পুবিদি হায়ববু, লাপ্তক্লা অতিয়াথক্তদি থরান অনৌ-মরি তগুপ তবেং

চোংথোক্লম্লে।

মীৎকৃপ খরা থৱানমিচাকশিংদুবু য়েংলম্বদগী হঞ্জিল্লক্তুনা টেবল মনাক্তা ঐহাক ফমথরে। মপানথোংগী ওমচাক্লরম্বদুনা খরদং নেমথখ্রবসিদদি থম্মোয়নুং অসিসু খজিক্তং ঈংথহনবা ঙম্লা য়েংনবগীদমক কলম পায়খৎলবনি। ৱাহৈগী পরেং নত্ত্রগসু ময়েক্কী পরেং খরদি থোক্লকফম থোকই।.... ময়েক্ খরদি খোৎলে অদুবু মসি ইশম-শন্নদে। মসিদা ভাব য়াওদে, অর্থ যাওদে। মসিনা তাকপদি মতমসিফাওবা ঐগী কোক্তা নুংগী ওমচাক্লবদু ৱাহৈ ওন্নবা শুংদোকপা ঙম্লদ্রি হায়বনি।.... মথকথংবা চেনা সিমা শেৎতক্তুনা নৈমায়দা লাংথখ্রেদি হায়ববু ঐগী কোকতরা, মীত্তরা, কনানো মা নৈশিন্দুনা লৈবসিনা ঐগী ইবগী থবকসিদা শাথীনা অপনবা ওইবে। ঐনা থৌরাঙলুবনা চয়েৎ-চনৈনদবা ৱাহৈ খরদং পরেং লেংথোক্তুনা চেনাথকসিদা মকালাম্না শন্দোক্তুনা থন্নম্লগা লেমহৌরিবা অহিংগী শরূকসিমদি চোকথরবা হকচাং অসি খরদ ওইরবসু পোথাহলহৌগে অসিনি। নূপীনা শূবা-নোম্বগী, নূপানা তূহৎপিবগী নত্রগা নোংমৈ-বমনা মী হাত্তোকপিবগী শীগংনরবা ৱারেং-শৈরেং ইদুনা থম্মোয়বু নৈহৎনবগীদমক ইশাবু দন্দী তৌদুনা মিশেল খাঙলুবদি নত্তেদনা ঐ। করিগুম্বা ইবা তারগসু তঙাইফদনা খরদং, মাগুম্বী নূপীদ-নূপীওইবী অমবু তরাই-তরাইনা ঐগী ৱারীগী অহানবা পাত্র ওইহনবা নত্ত্রগা মঙোন্দা য়ূম্ফম ওইদুনা হেক্তমক ইবদুবু ঐনা করম্না পামগদগে? ফোংনহেক হায়দোক্লবদা লৈরাংমানবী মাবু নায়িকাগী থাক্তা পুখত্তুনা, মহাকপু শৈথাদুনা, লৈসি-লৈথোন্দুনা ঐদি ইনীংদে। অদুগা অমুকসু.... মাগী পুন্সিনা অৱা-পোলোই ৱারী ওইখ্রিবসিদা ঐগী খূৎ য়াওখ্রবরা হায়বা চিংন-ৱাহং অমনা পূক্নিংদগী য়াঙনা চেঙ্গোক্লক্তুনা নাকোং-শিংজা য়েবমখৈ লাউশিল্লক্রিবসিতনসু ঐগী লৈজরম্বা পাঙ্গল অপূম্বসু মৎপিখ্রবনি।

ৱারীসিগী মপূংওইবা শক্তমদি মায়থীবনি। মায়থীবা অমদগী লোঙথোক্লকপা মায়থীবশিংনা পূনশিন্দুনা ৱারীসি ওইরিবনি। মী অচৌবগী পুন্সিগী অপীক-অপীকপা ঘটনা, অচৌ-অচৌবা থৌদোক্কী মনুং চন্নী অদুগা মী অপীকপদা থোকপা পুবা-থাংবা ঙমদবশিং দু থৌদোক মচা চিংই। মাগী পুন্সিদসু মদুগুম্বা খরা থোকখিবতনি।

ৱারীসি চাউরাক্লা অসুন্না হৌবা য়ায়— নোংমা থাজনা ঐঙোন্দা চেল্লক্তুনা তম্লববু, ময়ূমদা মহাক নত্তনা কনাসু লৈতবা তাঞ্জা অদুদা মপান্দা মী কৌখিবগুম তৌই হায়দুনা মহাক্লা মনীংথোঙলোমদগী প্রপ-প্রপ চঙশিল্লকপদা বিমল কৌবা মখোয়গী মবুং মহেশকী মমান্নবদুনা মী থি-থিদুনা মনীং তান্না চঙশিল্লকপগা, মখোয় অনী মনীংথোঙগী ময়ায়মক্তুদা দোং হেক থেঙ্গায়নখি। মহাক্লা কম্নীংগুমসু তৌ নোক্নীংগুমসু তৌ মতৎ-মতৎ ওইনা হায়—

মহাক ইকাইবনা শিগদৌই, মতমদুদা মহাক ইরুজরুবগী ফিদোন চিংখত্তুনা ফনেক অমতমক শেৎখি। অদুগা মরোল-মরি অমত্তা হায়রমদনা, মানসু হংহৌবা ঙমদনা মীৎকূপ অনীদং লেপ্তুনা য়েংলম্লগা নূপাদু অদুম চৎখ্রে।.... দৃশ্যদু ঐনা শাগত্তুনা য়েংই, মাগী ঙৌরোক ঙৌবা, শাংতক তৌবা ঙকশমদুদা পুনখৎখ্রগা চিথহৌবা অচোৎপা শমশিংদু নপশিন-নপশিন্দুনা লৈরমগনি, মদু মহূ পুবা অমুবা লিল মাল্লমগনি.... ইকাইবনা ঙাঙশিল্লবী মায়থোঙদুগী মীৎয়েংদু উপাই লৈজদ্রবী শজিগুম তথক-তথক্রমগনি। ফীভম ফজৈ, কুচু পাল্লী, ইরুজবা কারকপনি, মাগী বিমল হায়বদুনা করিবু খাক্লমগদগে য়েংবদা, অউ-অউবা নূপীদা হূৎ-হূৎত্তুনা য়েংবা মমীত্তুনবু। মানা শ্বর চনীং-চমাঙ শন্নদনা তন্নিবদু লোইনা তারগা ঐনা হায়—

"সিনেমানিনে অদুদি।"

মতমদুদদি মহাক মখোলথোক্লা নোকথোকচবা ঙম্লক্রে। অশেংবমকসু মখোয়গী ব্বারীদু থৌদোক মচাদুদগী সিনেমাদৌনা হেক্তা হৌখ্রবনি হায়না ঐনা খল্লী, ব্বাহৌদোক-নুংহৌদোক্লা অমত্তা য়াওদনা।

মীওইবগী মীৎয়েং-নায়েং হায়বসিদা পূক্লিংগী মমি য়াওবদুনবু করিগুম্বা মতাংদা ব্বাহৈ য়াওদনা মীৎয়েংদনসু পূক্লিংগী ব্বাবোল ফোঙদোক্লবিবনি। বিমলগী মীৎয়েংদু অয়াম্বা মতমদা য়াম্না অরাম্-খৌরাংবা মান্দুনতা লৈবা থেংনৈ। ফাগি তৌশিন্নদুনা ঐদি মদু থাজদা মতমচানা অদুমক হায়বীখিবনি — "হায়বীগে নূপী, নূপাবু কিদবা তৌগনু, সিনেমা-ড্রামা, ব্বারী-লাইরিক্তা য়াওরিবশিংদু লোইনমক্তি শাজিনবা নত্তে, কল্পনানি হায়জিন্নবা ঙাক্লী। য়ুমদা চঙবা নূপাগা মরী লৈনবা অফবা ওইরোয়, নূপীদনি মাঙজগদবা, মদুদসু নত্তে, মায়নানবা নূপানা য়ুৎ চায় হায়বসি ঙসিফাও তাজরক্ত্রিকো ঐখোয়দি.... লৌনম্বা খোইমু লৈকা খূদিং চীরোল তৌবকায়দু নীংশিংজহৌকো পেম্মা য়েলহৌফবী" মহাক ব্বাম্ববমখৈ নোকখ্রবনি। অদুবু মতমদুদা থাজনা পুন্সি অসি অকা-অকুম নাইবা, পূর্নিমাদগী থাশি অদুগা থাশিদগী পুনির্মা লাকপা খোঙচৎ অমনি হায়বদুমদি খল্পখিদ্রমাল্লে।

মদুগী মতুংদগীদি থওইনা নীংলুদ্রবসু ঐনা মাগী মওং-মতৌদা কূপশেন-শেন্নবগুম্না মাগী অরোনবা অহোংবা খজিক্তফাও ইমাঙদগী লীখোক্তুনা চৎহনখিরমদে। তূমিন-তূমিন মখোয়গী ব্বারীদু মখা চখরি হায়বা ঐগী হিসাবতগী নাম্বোকখিদে। মহাক্লা মপূংফানা ওল্লক্রবকানদুদা অমুক্তি ঐনা মঙোন্দা লরুখি "খরদি তাকথোক্লম্মুদা, পংকুই-কুইদৌ মানদে মীদাদু" ঐগী পাউখুম ওইনা মানা ইকাই-ইকাই লীখিবা ব্বারীদুগী অহৌবা শরূক্তুদা মচং-

ওইবা মচাক কয়া থেংনদে। মদু সূপ্নগী ইচম-চম্মবা নুংশি-ৱারীনি, পখং-লৈশাবীগী। ৱারী মতাংদুদা ঐগী পূক্নিং চিংশিল্লুদে। অদুগদি, ইকুই-কুইদনা খজিক্তুং ফজবা তাংকক অমা য়ৌবক্রে— হেরো লাকখিদ্রে। মথংলেন লাকখিদ্রবা নুংশি-ৱারীদি খুদক্তা লোইরবনি। ৱাফমদুমদি, নায়িকা মশানা তমথোকচরক্তুনা ঈকোম-কোম্নহেক খঙলকখিবসু নত্ত্রে। ঐগী থিজিঞ্জবগী মহয় ওইনা ফংজরকপনি। মতমদু মানা তূম্বা-চাবা মতম নাইরক্তবা, করিসু নত্তবা ৱা অমতং হায়রুবগীসু ইকাইখঙদনা কপথোক্লককপা, মীনা ঙাঙবা তারক্তবা, হংলুবা খৃদিংগী পাউখুম পিতনা পীবকপা, মদুশিংদুনা অদুম তাকখ্রবনি। কাইনথঙদনি, ঐনা মচীন্দগী অশেংবদু মা তানীংমল্লদুনা হংখিবদু—

"লুহোংখ্রববা?.... নত্ত্রগা চুম্না....?"

মদুদ সু পাউখুম পি, মরী-মরী, ঐনা থেমজিনখি—

"কপ্পনু থাজ কপ্পনু, ঐ হান্না খঙলবনি নঙগী নতৌদুদা.... মদুগীবু কপ্পা হৌনব্রা? হোঙজখিসনু কৈদৌগে, নশা লৈশাবীনি"

করি-করিনো ঐনা য়াম্না তাকখি মঙোন্দা। অদুবু মঙোন্দা তাকপমখৈ তাক্লুরগা মানা তূমিন্না লৈখ্রবদুদদি পূক্নিং অসি খজিক-খজিক্তগী হাই-হুন্নকখি,.... বিমল! বিমল! বিমল! বিমলগী মমীত্তু অমুক উবকই।

থাজদগী বিমল। বিমলদগী— থাজগী অহল-লমন্না থম্বীরম্বা মাগী অমত ঙায়ববা লন, হায়বদি য়ুম্ফম অমতগী অপীকপা ইংখোলদুবু বন্ধপ থমদুনা শেল নম্লুরগা শনবীরকখিদ্রবা মাগী থবক। শোমদনা শেন্দোয় শেক্লেপনা লাকহক্তুনা ইংখোল চৎখিবা। মাগী ৱারীদু অসুম্না তেক-কায়বা হৌরকখিবনি। অদুগুমবা মায়থীবদুনা মাগী শক্তী, গুনগী, থম্মোযগী মমল ঙম্নমক হাপচৎনেহল্লকখিবদুদা ওইথোক্তনীংঙাই ওইবা করি য়াওরিবগে? হিংবতদা ৱারবা অদুগসু অমুক অহেনবসু তান্নরিবা যুগসিদবু থাক মান্নদবা পাখং-লৈশাবীগী নুংশি-নুংওলনবু করি ওইরক্নি হায়বগে? মসিদি হোঙখ্রবা ৱারীনি। বিমলনা মশাগী যূম্বাল-লম্বীদা ফীভম চাগদবা য়েংদুনা মশা চেকশিঞ্জখিবদুদা থাজমানবীনা নুংশিবা কায়নরিবনি খঞ্জদুনা মশা ময়েং তাহঞ্জখিবদু ঐদি য়ানীংখিদবনি।.... তাইবঙপালগী মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়ামসিবু অমগসু অমগসু ইয়াদ-য়ানরগদি, নূপা-নূপী অসুকয়াম্বসিগী মরক্তা করিবু থোক্লগমগদগে? অদুনবু মালেমসিদা ঈনথোরুবা, নাম্থোক্লখিবা, য়ানদবশিংসিগীসু চন্নফম চাউনা লৈবিবনি।

মতাংসিদগীনি ৱাবীসি মরাং-তুরাং মশক লৌফম খঙদবা ৱারী ওল্লক্রিবসি,— শোমদা

ঐনা থাজগীদমক লৈতাফম খঙদ্রিঙে মতাংদুমক্তদনি ঐখোয়গী ইচেনা ঐঙোন্দা, দয়ানন্দগী মচেনা দয়ানন্দবু লুহোংনবা নুপী য়েংলি, দয়ানন্দনা ঐবু খনবা মাল্লী ঐগী অনীংবা করি লৈবগে হংলকই হায়দুনা ৱা হৌদোক্লকখিবা মতমদু। অঙাওবা পূক্নিংগী থৌইনশিল অমনা খংঈন-ঈনশিল্লক্তুনা ৱাদু তাবগা থৌজালহৈবী শাদুনা নংহৌররোয়দৌগুম ঐনা ইচেদা কীৎ নমদুনা হায়খি—

"অদুদি ইচে, থাজগী মতৌসি য়েংবা ঙমদ্রে, ইন্দোমচানসু ঐ উবা য়াদ্রবনি, থবক্কী হন্দোরকপা শেল খরদং মখূত্তা লৈজরিঙৈসিদা ময়ূম-মকৈ পাজহৌরদি ফনি, খঙন-চান্নবগা লৈত্রা, নঙবু খরা হায়যুনে হায়দুনতা লৈবা, ইচেনা অমুক্তা শীনবীয়ু.... মখোয় হান্নসু শকখঙনবনি।"

"থাজমানবী ! মীনদি নঙবু হায়রগা ?"

"হায়জসনু, ইচেদা অঙম্বা হোৎনবিরকউ।"

ৱাদু কনশিলহন্নবা লৌশিং অমা খুদক্তা লাক্লদুনা ইমায়সি খংকন কনখৎহল্লদুনা লোনদা অমতৌনা ঐনা ইচেদা অমুকসু হায়—

"ঐগীদি মী লৈজরে, ৱাংখৈগী ডোক্টরদুদা নহান্না য়ারে হায়দোকখ্রবনি।"

ঐগী ওংদাদুদা ইচেদু ঙকপোই নোক্লীংবোই তৌরদুনা ৱা ঙাঙলকখিদ্রে।

ইচেনা ৱাদু মা কাঙথোক্লম্বা নুমিত্তুদগী ঐনা ইচেবু তান্নবা হৌরে, ইচেনা মখোয়গী মচেদা। মীনদি থাজররোয়, পাউথাঙ চৎপদুতনা পেনঙন্নকত্রবদুদা ইশামক চত্তুনা দয়ানন্দগী মখোঙদা তরুরিবনি। মদুমক্তা মঙোন্দা য়োহিলং ওইখ্রবনি, দন্দী অমসু। অতৈ নত্তে মদু মানসু ঐবু নীংবি থাজরুবদুনা মদুগীদমক ঐনা মমল থৌকুরিবনি। অদুগা মতমদুদা ওইখিবা ঐ ইশাগী ফীভমদি করিবু হায়বসিগে!.... ঐগী নুংশি চাংয়েংদু অতুম্বা খাঙদোলশিংগী মথক্তা হিপ্লগুম্না ঐহাক শ্বর হোনখিবা নত্তে। ফীভমদুবু দয়ানন্দনা নত্ত্রগা থাজনা, কনাগুম্বা অমনাহেক্তা খঙলম্নগবু থবক্তুবু ওইরমগদ্র? নোংমা দয়ানন্দগী মচেনা লোটবি ফাওবগুম্বা পাউদু পুদুনা লাকখি "লুহোংবগী ৱাফমদু দয়ানন্দনা য়ারক্লে"। দয়ানন্দগী অয়াবদু, অরাংবা থাক্কী ত্যাগ মখল অমা ওইনা থাজবাহাৎপা অমদি ওইজতানবা হায়বা থৌওং অনীসিবু মায়থীবা পীগে হায়না তেমশিংলকপসু ওইবা য়ারিবনি। তৌবদি ঐগী খুজিল-থৌরাংদু মায়দি পাকখ্রে। অদুগা ৱা অমনা, ঐগী ইরাল হায়গদ্র, পূন্নমক্কী মফমদা লোৎপগুম্না হৌবদগী হৌনা দয়ানন্দগী ৱাসি ঐনা থাজগী মফমদসু লোক্তুনা থম্নকখিবদু ঐনা থাজবু লাপ্পা থম্লুবগীদি নৎখিদে। মদু ইশাগী পূকলুবা হায়বদু ওইরিদ্র থাজগী মফমদা হঙ্গোইরিব্রা নত্রগা ৱাবিসি

শাগৎপদা মতেং ওইনবা ঈশ্বরনা শীল্লম্লিব্রা·অমদি ওইরে।

মতমদু ঐ, হৌজিকসু কাউদ্রিবা অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোকশিংদু অমত্তা চিংখদনা নীংশিংখি। ঐখোয়গী ইমাগা দয়ানন্দখোয়গী মমাগা লৈশারিঙৈদা মতা শান্নরকই হায়। মখোয়গী মরীদু ময়ুম পান্নরবা মতুংদসু অদুমক কায়দনা লৈরম্মী। ইমানা ঐবু মখোয়গীদা পুবীদুনা চৎলুবা খুদিংদা মখোয়গী ইমানা চেপ্পোক্রক্তুনা "ইমৌ লাকএ, ইমৌ লাকএ, ঐগী ইমৌ লাকএ" হায়দুনা কোয়লাঙ-লাঙজবদু হৌজিকসু মীত্তা উরি। খদাঙদা পায়দুনা, লুকথবিবা মায় থাঙ্গৎপিদুনা হরাউজনা হায়খি—

"কয়াদা চঙখোনখ্রবা মায়নো। চাথোকচনীংলেদকো ঐদি"

ঐগী কোকতা, মায়দা, পংনান্দা নানবী, খজাইদা হন্না-হন্না চুপ্পি, মথানুংদা চেৎনা কোনশিনবী।... অমুকখক, য়াউশঙ নুমিৎ অমগী অয়ুক্তা দয়ানন্দগী মমানা খুজি ময়াম অমা পুদুনা তহা-তহা লাক্লগা মোমোন নোক্লদুনা হায়রখি—

"ইমৌগী খুজি থিল্লক্লিবনি"

...মতম খুদিংমক্তা ঐবুদি মহাক্লা ইশুমদা-শুমহৎখিবনি। মচু-মচুগী খুজিংশিংদু শিজিনবীবা লোইরগা মাগী খাউ মনুংদুদগী শেঙ্গাউ মচা অমমুক পুথোক্লক্লে। মনুংদুদা য়াওরিবা শেল মচোইবদু মখোল থোকহন্দুনা ঐগী খুবাম অনীদা শেঙ্গাউমচাদু হাপ্পিরদুনা মহাক্লা হায়রকই—

"মসিনা নাক্কথেংবা চৎপদা পুনবা।"

মতমদুদা ঐনা ফংজখিবা অপেনবদুমক ঙসিসু ময়েং করিমত্তা তাদনা থম্মোয়সিদা অসুমক লৈহৌরি। ঐগী থম্মোয় অদুগুম্বা তাঙলবা মীনুংশিদুবু মীরায়বঙম্বা থম্মোয় অমা ওইবা ঙমখিদে। মাগী মমানা ঐগী থম্মোয়গী করম্বা মফমদনো মীনুংশিগী মরূ অমা লোন্না লংশিনবীরম্বদুনা মহাক্লা লৈখিদ্রবা মতুংদুদা তপ্পা-তপ্পা মতোল চোংলক্তুনা, মমৈথঙদদি মদুনা মশাগী মপুংফাবা মফম অমা কনশিঞ্জখ্রে। ঐনা পুমকক্ চাউরক্লবকান্দুদদি "ইমৌ" হায়বা মিংথোলদুনা মশা মথন্তগী শক্তম অমা শাগৎরক্তুনা, ইশামক্লা মিংথোনদুগী শক্লোন লৌদুনা চপ-য়ুংনা ইমাঙদা থৎলরে। মতমদুদা.... মমাগী য়াদুনরা, ঐঙোন্দা থোকখিবদুগুম্নরা, দয়ানন্দগী মায়থোঙ অমদি য়াঙাঙদা ইচম-চমদবা অদুগা ফোঙদোক্তবসু লোৎশিনবা ঙমদবা মওং-মতৌ অমা লোয়নরক্লিবদুসু ঐনা লোন্না থেংনরুরে।.... মীৎকুপতুদগী হৌদুনা মা-ঐতগী ওইবা ময়েক য়াওদবা তাইবঙ অমা হন্না-হন্না শাগৎচবতদা নহা ওইবগী পুন্সি লমদাংদুমদি ঙাইনা-ঙাইনা অদুমক হৌহনখ্রবনি। তাইবঙদুগীদমক ইশাবু খাকচিন-

কনশিঞ্জদুনা চেকশিন্না থমজরকখ্রিবনি।

.... নুংশিবা হায়বসিদি জীবগী থম্মোয় শাবদা ঈশ্বরনা খুদোল ওইনা হাপ্পীরকখিবা ইচম-চম্বা লীচৎ অমখক্লী। নুংশিবগী অহানবা কুয়োম অদুদগী হেন্না মনুং লানশিল্লুদ্রিবা মহাক অদুতনা তাইবঙপালসিদা নুংশিবতনা মরোইরবোই নীংজবনি। নুংশিবগী, পামজবগী, লাৎচবগী কুয়োম কয়া-কয়ানা মরোল-মরোল য়োমশিন্দুনা লোৎলিবা পূন্নমক্তগী অথোইবা পূক্লিং ইন্থলদি নীংজবা হায়বসিনি। নীংজবগী মফমদি থম্মোয়গী খ্বাইদগী লুবা, খ্বাইদগী মনুং হঞ্জিনবা মফম অদুদনি। মফমদুদনি ঐনা মাবু থম্লকখিবদু।

অসুন্না বসন্ত লাম্হোকখিদুনা খোইমুশিংনা খূরক হাঙদনা ঙংলম্বা মতমদু লানখ্রে। মদুদি ওইরগা য়ুম্বানবগী মরীদদি য়ামখ্রে, কয়া অমনা পুশিল্লকই, কয়া'মনা পুথোকখি। য়ারুবা ঙমহৌদবগী যৌতরুখিবা মরী-মতা মরূপ-মপাং কয়ানি। হৌজিক্তদি ঐগীদমক চেন-চোংজরম্বা ইচে, ঐগী ইফম অমা খঙদ্রগদি শিবা ঙম্লোয়দৌরি হায়রম্বা ইমা. মখোয় ঙম্নমক চোকথনখ্রে. ঐগী অয়াবা ঙাইবতদা। হৌজিক্তি ইমাসু তশেং-তশেংনা হায়দোক্লক্লে "ঐনা নঙবু থাজবা ঙম্বা নত্তে".... অদুবু ঐনা ঙসি মসিমক হায়দোক্লগদ্র.... ঐগী থম্মোয়দা লৈরম্বা দয়ানন্দগী মফমদু শিলহনবদা মতীকচারে হায়না ঐনা লৌজবাঙমবা মীওই অমত্তসু মালেম শীন-থুংবসিদা অমুকহন্না ঐনা ফংজবা ঙমখিদ্র! মদুমক্লনি ঐনা পুন্সিসিমদি নাইতোম হিংজরগে হাযবা বারেপ লৌথোক্লদুনা নে-তাবা পুন্সি মরেল অমদা ঈংনা লেম্হোকচরকখ্রিবা।

লুহোংবা মতম খরদি, নুংঙাইনবু পাল্লিব্রা ( ? ) ৱাবু ৱারিব্রা( ? ) মখোয়গী মৱা-মপাউ খরা লৎলুরে। ঐনা অপেনবগী শ্বর অমতং হোন্দোকচবা ফংখিবদু থা অহম্মুক্তনি। নুমিৎ অমা থাজমানবী লাক্লগা ঐগী ফম্মুংদা হিপ্তুনা অসুমক কপ্তুনা লৈখ্রে। পূমঙক-ঙকখ্রদুনা ঐনা ফন হংই, তাক্লকপা কৌবা লৈখিদ্রে। চৎলমদাইদা অসিমত্তং হায়রম্মী "পাপী ওইনা পোক্লক্লবনিনা পাপী ওইনদুম শিবতাবনি" থাজগী মচীন্দগী অসিগুম্বা ৱা! ওম্হোকপনি! পুন্সি হায়বসিদা খল্লুদবা ঙাক্তনা লাই শারক্লিবসি করিগীনো? অদুগা লাই হায়বসিনা মীনা নীংবগী ওন্ন-তৈনবদতা তমগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবনা করিগী? মদুগী মতুং থামুক কোনবদা মহাক অমুক লাক্লে। মদুদদি ঐনা ইহং-হংলুদনা মানা পাউতম্বা হৌরক্লে...

"বিমলদু.... ।"

অসুক মতমচাদনা মিং অদু তাবদা ঐদি ৱা ঙাঙফমফাওবা খঙখিদ্রদুনা মীৎ লাওথোক্তুনা

মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরে।

"নূপীসু খাইনখ্রেয়ে।"

"করি' খাইনদনি মচত্তুনবু।"

মাসু তূমিন ঐসু তূমিন লৈনরবদুদা ঐনা অমুকসু হায়বা হৌই—

"মাগী নূপী খাইনখ্রগা কৈদৌরবা?"

"য়ুমদা লাক্লিবনি।"

"কমদৌনা?"

"খঙদে, .... মানা পুরক্লিব্রা, অমদুনা লাক্লিব্রা, হান্না খঙনমাল্লে।"

"ই! অদুক খেন্নবা মী অনীদু কমদৌনা তিন্নরল্লিবা?"

মহাক্না শ্বর ফূইনদমক হোল্লম্লগা মীৎকূপ খরদং ব্রা ঙাঙদনা লৈরুরগা নাশোন্ননা হায়রক্লম্মী—

"নুপা হায়বজাৎসি তোনখ্রবজাৎনি।"

ঐহাক মাগী মায়থোঙদা অদুমক য়েংদুনা লৈ।

"তূক্কৎচখ্রবা পূকচেল হায়বদুনি।"

চুম্মী,... মখোঙমক্না নেৎথৎপিদুনা মতিল শীৎচিনবীরম্লবা পোৎশক অদুবু অতোপ্পনা খুনগৎখিবা উরগা নৌহৌননা অমুক মিকারক্তুনা মীখূত্তগী য়ৈথনবা হোৎনরক্লিবসিবু তূক্কৎচদনা করিবুদি তূক্কৎচরুগদগে, মীনা লৈখা তারক্লবদি লৌখৎপা য়াদে হায়বদুমক্কি। ঐখোয় অনী মঙ-মঙমিন্নদুনা ফনকুইনা ফম্মিন্নরুরগা ঐনা হংই।

"দয়ানন্দগী মওংদি কমদৌরি?"

মহাক ইলেক্ট্রিক্না চিংবগুন্না মশাদু খংনীক অমুক্তং নীক্লকখি, মচীশ্বালদু তাইফেৎ-তাইবগুম তৌরম্লে, অদুগা মরু লূকথদুনা অদুমক ফমখ্রে।

"মাদি য়াম্না ফবদাইনে? লেমথোকপা হৈবা, পূকচেলচাউবা মীনি....।"

হন্দক্তি ইথা-থাজদনা মহাক কপ্লক্লে—

"য়াদ্র-য়াদ্রগা, কৈদৌনি হায়গে....।"

খৌরী চরম ঈফুন-ফুন্না হায়রক্লিবা ব্রাদু লোইশিনবা ঙমদনা তোকখ্রে। মখুরা-মন্দোল, মখুরানা পোকপা মবুং, মখোয়সিনা মাগী মপাম মায়কৈ হায়বদু ওইরিবনি। মাগী ব্রাখলসিবু চুম্লিব্রা হায়বসিদা ঐনা মঙোন্দা হায়গদৌরিবসি করিনো খঙদনা ঐহাক উংজাননা লৈরে। য়াম্না কপ্পুরবা তুংদা মখোল ওল্লদুনা মহাক্না হায়রক্লম্মী।

"হিংবা ঙমদ্রে হায়দুনা শিবা ঙম্লোয় হায়বদি লৈতেদনা....।"

মহাক্না শিবগী ব্না অমুক্তা নত্তনা অনীরক পল্লম্মী হায়বসি মাগী ব্নারীসিনা মপুংওইনা শাজিল্লক্রবা মতমসিদতা নীংশিংলক্লিবসিনি।

মহাক্না হনখ্রবদা ঐহাক সুম্মক খন্দুনা লৈহৌরে। পুন্সিনা লোমদ্রিঙৈগী মরকসিদা মীওইবনা তৌদবা য়াদে মতাগুম অমুক নোক্নিন্নে, অমুক কপমিন্নে, অমুক হিংমিন্নে অমুক হাত্তোক্লে। ঐগীদি ইপা-ইমা, ইবুং-ইচে, ঙাকপি-শেনবীনবা লমজীং-লমতাকপিনবা ব্নাত্তে, মদুমক্না ঐগী পুন্সিনা অশোক-অপন নংদ্রিবনি। মসিমক্তনি ঙসিফাওবদা ঐনা অফবা, অশেংবা, অচুম্বা ওইজচবা ঙম্লক্লিবা। নত্ত্রবদবু ঐগীসু খাজিনবীনবা য়োংকী শম্বনা, কাখৎচনবা সনাগী কৈরাক, অমতসু লৈরম্মনু, ঐবু করি ওইরমগদগে? নোংলৈ-নুংশিংনা হুমদুনা পুখ্রগা কদায়দনো থাধনীংবা মফম অমদা হেক্তমক্ থাধবীরম্লগদবনি। হীরম অমদবু ওইরবসু অমদবু ওইরবসু শোখনীংবা, শোয়নাইনীংবা মীবু লৈব্রা? পৎলবসু-পৎত্রবসু মীখা থাববু কনানা পাম্বগে? ফীভমনা য়াদবদগী ফীভমশিংদুদা হৈনশিন্দুনা খাঙনবমক্তনি। অদুবু মসিগুম্বসি অরেম্বা ব্নাগুম কনানসু খত্থদুনা য়েংনরুদে।

মরাল লৈবা মীবু ঈশ্বরনা দন্দী পী অদুগা মরাললৈতবা মীবুনা মীনা। মসি ঐনা ফজনবা নত্ত্রগা চমম্লনবা পংহায়-হায়জিনবা নত্তে। প্রমাণ-থাজমানবীনা থৌরী য়ানখিবা। সিদগীহেন্না মতীকচাবা প্রমানবু করিনো? পাউসি ঐনা অয়ুক্কী চা থরু-থরু খবর পারুবদা থেংনরকপনি— "লুহোংবা চহী ফাদ্রিবী মৌনহা অমা থৌরী য়ান্দুনা শিরম্লে".... পাউসিবু তাবতদা মিপাইবা পোক্ত্রনে! করম্না থম্মোয় কায়রোইদৌরিবা! অদুগীসু মথক্তা.... মহাক অদু ঐগীদি অমত ওইনা তিন্নজরম্বীনি। পাউসিগী মনুংদা অঙকপা অরোনব'মা লোয়নরি হায়বা পুম্নমক্না উরি।

মহাক শিবগী শীং শৎপা হৌখিবদু কনানো? ঐ? বিমল? দয়ানন্দ? কমদৌনা দয়ানন্দনা বিমল ওনখিবা? অদুগা থাজনা মালেমগী সতী পুম্বগী মহূৎ শিনদুনা মশাবু মৈদা দান তৌথোক্লুরিবনা কন্নাগীদমক? ইথম্মোয়মক বলি তৌদুনা ঐনা কখোক্লবগী মহয়বু অসিরা?

নুমিত্তুমা হৌখ্রে। মথংগী নুমিত্তা পাখংমচা অমনা পীরম্মী হায়দুনা ইমানা ঐগী কাদা লাক্তুনা চিঠি অমা মোনময়াদা থমজিনবীরম্মী। য়াওন-য়াওনদুনা হিপ্পমখৈ হিপ্পবা তুংদা চিঠিদু হাংদোক্তুনা য়েংলুই। অসুম্লদমক ইরম্মী—

" য়ারগদি অমুক্তা চখোকপিরকউ।

দয়ানন্দ। "

ৱাহৈ মরিদু, মরি-মঙারক পারগা থূপচিন্দুনা চিঠিখাউ মনুংদুদা হাপচিনখ্রে। মথক্তা ঐগী মিং ময়েক শেংনা ইরি।

নুমিৎ হুন্নিসি করম্না লেনখি খঙহৌদনা হৌখ্রে। তপ্না-তপ্না থৌদোক অদু, পাউ অদু, পুন্সি অদু, ফজবা ৱাবী অমা ওল্লক্লিবসি নুমিৎ নীনিগা তংখায় হেন্না হৌখ্রবা অদুগা অকনবা নোংনা মীৎ-নাকোঙ পূম্বা পঙশিনহনখ্রবা মতুংসিদনি। ৱারী হৌরকপদা ঐনা থাজদা দয়ানন্দগা ঐগগী মরক্তী অশেংবা ৱা লোৎশিন্দুনা থমখিবদুগুম্না মহাক্কসু করিগুম্বা খরদি ঐঙোন্দা লোৎলম্লব্রা হায়বা চিংনবসিমা পীরম্লগা মহাক্তা অশিববু কোনশিঞ্জখ্রবা মতাংদুদা ৱাবা লোইরে।

অহিং লোইখিদুনা অমম্বা পূম্বা মাঙখ্রে.... খ্বাইদগী ঙনবা অয়ুক, অশংবা অরুবা অতিয়া, উফুল থাংদ্রবা মালেম, অদুগা.... অঙ্গংবা অমদি অশেংবা নুংশিৎনা শমজিরৈ-ৱাকলৈ, মধুমতী অমদি লৈহাউ-লৈরেংনশিংগী য়ানশিন্নরবা খোয়থুম্নরবা লৈনম য়েন্দুনা ঈপোম-নাইনা হুম্লক্লবসিদদি নোংনা চামথোকখ্রবা উনা-ৱানাশিংসু মাগী মাগী তশেং-তশেংবা কুচু উত্তুনা লৈনা জগোই শান্নবক্লে.... কোকসিদা চমম্নরম্বা পূম্বসু তপ্না-তপ্না ঙাম্থোরক্লে... হন্দমুক্তি ঐ, অঙাঙবা মৃককী কলমসিমা পায়খৎলবনি.... মতীকচাদবী নয়িকাগী পামজদ্রবা ৱারী অসি হৌবদগী লোইবফাওবা ককথৎলবনি। ■

# লিলোং-কেন্টর

নুমিৎ খুদিংগী ঐ নিত্যাইপাৎ-চিথেকতগী গাড়ী তোংই। গাড়ী মশীং য়াম্না চেল্লী, কুইনা ঙাইনদে। কোম্বা-চিনবগী ৱাদি নুমিৎ-নুমিত্তুগী ডাউদা লৈরে। হল্লকপনা খরদি ফে, চৎখিবদা কোম্বসি কয়া থেংনদে। কংলা-পাৎ পরাংদুদা কেন্টর অমা লাক্লিবদু লাপ্লপ উই। ওয়রোমদা পৃংপৈ-পৈথরগা য়াঙনা পাইরক্লিবা গাড়ীদু থোঙদা য়াল্লিবা মীয়ামদুগা পূন্না উবদদি মপূক কায়দুনা মথীবোঙ থোক্লবা হঙোই মাল্লী। গাড়ীগী থোঙদা শেকপীমচা মান্না য়াল্লিবা অঙাং-পীকক্রু অমনা লাপ্লিঙৈদগী লাউরকই।

"লিলোং অহাঙবা, লিলোং অহাঙবা.... !"

ঐ খূৎ-কা হাইরু-খোৎলুদে, লেপমিন্নরিবা অনী-অহমদুসু অদু-মঙায়। গাড়ীদুনা মতোমতা খামজত্ত্রবদুদা ঐখোয় তপ্ন-তপ্না চঙশিল্লী। অঙাংদুনা হান্নগী চাংদুদা অদুমক লাউরকই।

"খরা থুশে, খরা থুশে....।"

তোংশিরা-তোংগুমশিরা খঞ্জানরিঙৈ, লেপমিন্নরম্বশিংদু লোইনা কাখৎনখ্রে। মতমদু য়াশিল্লক্তে, ঈকোন কোনবদা, ঐনা থোঙবান্দা য়াল্লগা খোঙ-নাম্ম থাঙ্গৎলকপগা গাড়ী থৌবা হৌরে। 'খজিক্তা লৈসিনবীয়ু' হায়গে'না অমদা অমুক য়েংই ফীভম তানা লৈরমদে, অমদা অমুক য়েংলুই, মওং-তানা লেপ্লমদে। মপাল্লোমদা মায় ওম্থোক্লগা কাখৎফমদুদা অদুমক মরেপ্লে। ঙাইহাক্তং কান-নরগা "সোমদা লৈসিনবীরকউ" হায়খিবগুম তৌই, য়েংথোক্লবদা ছাত্র মানবা অমনা ঐঙোন্দা হায়বা ওইরম্মী। মশা থৈদোক্লগা মানা পীরিবা অহাঙবা মচেত্তুদা চঙশিন্দুনা উচীন-নাচীন্না কাখৎপদি ফংলে হায়ববু খোঙনা কদায়দা লৈরি, খূৎনা কদোমদা থল্লিদি মফম খঙদ্রি।

লিলোং কেন্টরগী পেসেঞ্জরগা খরুংনুংগী ঙারীগা খেন্নবা লৈতে। কনানা চাউবা, কনানা পীকপা চপ মান্নে। নুংশিৎ চঙফম লৈতনা নপশিন্নে, পা-পী মফম খঙবা নত্তে। করি করিগুম্বকান্দা, চিল্লিমখৈ নুংঙাইজবা মীদাজাৎসু হেক-হেক্ য়াওরক্তবা নত্তে। চপ-য়ুংনা লেপ্লা ফংদনা কাঞ্চিপুর য়ৌবা নোং-ফাদোক্কী ৱা নত্তে। ঙরাং-নহাল বিধান-সভাগী নোংজু মীফমদা নৃপীগী সিট থাকখিবা, ছাত্রগী ভারা তাখিবা, কদোমদগীনো নীংশিংলকই, মায়দগী, ঙক্তগী জর-জর চেম্বরক্লিবা হুমাং নপথোকই।

গাড়ীদু কয়ারক খামথ্রবা কয়ারক থৌথ্রবনো খঙহৌদ্রে। কদাযদনো মা ফি পনবদৌনা তৌই হায়দুনা য়েংলুবদা ভারা থৌবা গুইরম্মী। মাসু ইনাক য়ৌশিল্লকপা ঙমদদুনা লাপ্লা ফি চিংবা ওইরম্মী। থাউথীনা মমায় মমীৎ, মখূৎ পুমতৈ-তৈরবা, থাউথী তৈবা মোজাফুরিৎ লীৎপা থাউথী মানবা অঙাংদু উবদা ঐ মানা পায়খিবা ফিদুদা য়েংই। ঐগী অহানবা শেৎচরকপদা ঙায়রিবা দ্রেসতুদা মাগী মখূৎ মমিদু মুসিন-মুনা তারে। ঐ মঙোন্দা শাউনীংনো য়েংলুই। অদুবু মাগী মমায়দুদি থোইনদুম নোক্লীংবা খাঙবা ওইনা তৌরকই। ভারাগী ৱা ঐ কাউই, ঐগী ফিদুদা য়েংদুনা লৈ। অঙাংদু হন্দোকখ্রে।

"মনীং লৈশনশে, মনীং লৈশনশে....।"

মতমদু ঐনা মনীং ইথং-থংনা মনীংগী সিট অশাংবদুদা ফল্লিবা মীদুগী মখূউদুগা কৃ-কৃ তরুদুনা লেপ্লিবা মতাংনি।

"কদোমদা লৈসল্লু হায়রিনো, মনীং ফাওদোকখিদৌদা ঙায়রেনে।"

অবেপ্লা কাংবূনা শাউনা খূম্মী।

"বি. ও. সি. বি. ও. সি. বি. ও. সি. য়াওব্রো?"

য়াওই তাদে অদুবু খাম্মী। খূৎ-নাম্মনা পৈশা থিবদু থিফম খঙদে খাল্লিঙৈদা থিহৌগে হোৎনরিঙে থৌখিবনা হানলী।

"লাইরেম্বী, লাইরেম্বী....।"

য়ুম্নাম নৈকাই লাইরেম্বী মপাদা পৈশা লৌথোকহৌরে। তরাচৎপীদু অঙাংদু খূৎ-খত্তুনা কৌরগা পীরে। পৈশা লৌথোকফম লৈতে, কোন্না কূম্লগা পীগে হায়বা য়াওই, পূং থেঙঙে গাড়ী কুইনা খাম্বা য়াদে হায়দুনা অঙাংদুনা পঙথৌদা থৌই, অদুবু ঐগী পৈশাদি হল্লমদে।

"ইলেক্ট্রিকসিটি, ইলেক্ট্রিকসিটি, চীঙামখোঙ... , পার্কিং, পার্কিং, পার্কিং খরা থুশে।"

শিংজমৈ পার্কিংদা মী অহুম কূমহৌই, কয়া কারকপনো খঙহৌদ্রে চিনবা খংহেন-হেঙ্গৎলকই। ইনাক-নকপদা অমতা কূমথহৌরবদি হায়দুনা কোইয়েং- য়েংবনি অদুবু মীনা হেক্তা হান্দোকখি।

"কক্‌ৱা ?"

কক্‌ৱা অমখক কূমহৌই, য়াম্না ৱাইশংবোই নীংঙ্‌।

"নাউরেমলৈকাই, সোফা....।"

লাউবা শমজিল্লকই।

"বোরোয়মখোঙ য়াওরিকো।"

তাবদা নুংঙাই। বোরোয়মখোঙদা মীয়ায় ওইরপ তৌবী অমগা হনুবী অমগা পোৎ-কা কোন্নলা কূমথহৌবদু শ্বর্গ ফংমুক নুংঙাই। খজিক্-খজিক্ হন্দোক্লখিদুনা শ্বর হেন্দোকফমদি মখঙলে। ঐগী পৈশা হন্দ্রিবদু মতাংদুদা নীংশিংলকই।

"পেচু-লম্পাক ?"

কনামত্তা খুম্লক্তে।

"ফার্স্টগেট য়াওব্রো ?"

"মনুং চঙসিকো মী য়াম্মী।"

"মনুং চঙোই, পূং থেঙ্ঙেঙ মীসু য়ামদে।"

"য়াম্মীসিদি, অমা, অনী, অহুম....।"

য়ুনির্ফোর্ম সেৎপদৌনা খন-খন্দুনা থীখি।

"অসুক য়াম্মীসিদি।"

অশেংবসু মীদি য়াম্বগুম্না তৌই।

"লৈরকমচা, .... লৈরকমচা য়াওরিব্রো?"

মখোয়গীসি মওং অমনি, হৌরেল চঙঙমদদুনা ফরকতাদুনা তোক্কনি, কুমহৌরগে খন্দুনা লম্বী হাইফেৎ য়েংই, কদোমদা লীৎসিগে। খামদ্রবদি মখোঙ খংঙরোয়, নাক-য়েৎ য়েংলিঙৈ ফাৰ্ষ্টগেট হেন্দোকখি।

"খাম্মনেহে, চংঙোইসু হায় সিদসু খামদে।"

ছাত্র অমনা ওস্থোক্লা শাউনা লাউরকপদু করিমত্তা নাচুংদনা অঙাংদুনা—

"ময়ায়দা, ময়ায়দা....।"

মানা হায়রিবদু ফার্ষ্টগেটকা লৈরকমচাগগী ময়ায়বুনি। গাড়ীগী স্পীডতুদা গেটতগী লৈরকমচা য়ৌবা মিনট ফাদে। লৈরকমচাদা চপ-চানা দক্ খাম্মী।

"অসুকয়াম্না হেন্দোক্লগা খাম্লগা কৈদৌদোইনো, পূং থেঙঙেকোয়না করি পুংনো নোয়না থেংঙিবো? কাগে হায়রদি' নোয় অদুম খামগনিনে, ঐখোয়না চৎলিসিবু কোয়বা চৎলিবোই নীংব্রো?"

চিনমন্দুনা শাংনা ঙাঙনবা তাঞ্জা অমসু পীরে মঙোন্দা। ড্রাইভরদুসু অঙাংনি। ঙশায়দগী ময়ামনসু পংচৈ-মচৈনৈ, গাড়ী খূৎথৌ লূদে-খোত্তে, মখোয় ইহৈ-হৈনবগুম তৌই। কুমথরগা ঐনা মখাদা লেপ্লিবা অঙাংদুনা চঙশিন্দুনা পৈশা হল্লো হায়রুই।

"কয়ানো?"

ওস্থোক্লা চগংননা হংলকই। খুমদে, ঐ মঙোন্দা য়েংদুনা লৈ। ঐঙোন্দা য়েংলম্লগা অঙাংদুদা ওনশিন্দুনা ঙাঙবা ফবা ছাত্রদুনা অমুক হায়রকই—

"সিবু করমহায়না থাদোরকইনো খঙদেনে মপা-মমাদুবো।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা সড়ক লাম্থোকখ্রে, ঐদং ঙায়হৌরে। অঙাংদু মখূত্তগী পৈশাদু খন্দোক্-খঞ্জিন তৌদুনা সুম্মক লৈ।

"পৈশা হল্লক-ও হায়বনে।"

খরা কল্লপ্ অমুক হায় ঐনা। মঙাচৎপী সেল্লু-টেপ নপ্পা অমা পীশিন্নম্লগা অঙাংদু গাড়ীদা ফৎ চোংখৎখ্রে। মঙাদুদা য়েংলগা ঐনা হায়হৌই—

"করিনো!"

"অচোইবা য়াওদ্রে।"

ময়া ইহি-হিগৎলদুনা লাউরম্লগা অঙাংদু ঐবু য়েংদুনা নোক-নোক্কুনা চৎখ্রে। ঐ মাবু পীশূম শূক্তোক্কুনা য়েংহৌবা নত্তনা উপাই লৈতে। নীপালগী মহূত্তা পীরম্বা মঙাদু

য়েংলুরগা হন্থরকপদা মানা পায়শিল্লম্বগী মখূৎ মমিদু অমুক উরকই, ফিজিদু থাঙ্গতুনা য়েংনা-য়েংনা লৈরকমচাদগী ফার্ষ্টগেটলোমদা লাক্লগা চঙলকই।

নীনি-হন্নিগী ত্তুংদনি। ঐদি গাড়ী মশক কয়া খঙগন্দে, অঙাংদু উবদা খঙলে, নহালগীদুনি। অঙাংদুনা ঐঙোন্দা য়েংলক্লিবা মীৎয়েংদু মাসু ঐবু কাউদ্রি হায়বনি। ঙসিদি ফম্মমসু ফংলে। অনীচংপী অমা থিরগা পী, মা লৌ য়াদে।

"অমা পীয়ু।"

অতোপ্পা য়াওব্রা থি।

"য়াওদ্রে।"

অমুকসু হায়, অঙাংদু লৌ য়াদ্রে। ময়াম মমাঙদুদা খরসু ইকাইবগুম তৌনা ঐনা হায—

"লৌরোসে অচোইবা অমত্তা য়াওদ্রে।"

"অদুকয়াম সেগায়বদুবো।"

ঐ পিং লাউই, ফাথরগা তপ্পা হায়—

"সি ঐনা শেগায়বা নত্তে ইবুংঙো, ঐনা য়ুমদা শাবসু নত্তে, লৌরোসে কান্নদে।"

ঐনা হায়রিবদু মা ভাব তাব্রা-তাদব্রা অঙাংদু পৈশাদু লৌদে। নহাল মঙোন্দা হেঞ্জিলহৌবদু নীংশিলকই।

"ফরে-ফরে, তোক-ও, ঙসিদি লৌরুরনু নঙ, নহাল হেন্না লৌখ্রেদনা।"

মা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই, ঐনা ঙাঙলিবদু মুন্না তায়। পৈশাদু হাপচিল্লগা ইরেঞ্জনা ফমদুনা লৈরে ঐ। মা ঐগী ইনাক্তগী ইহেন-হেন্দোক্লীংদে অমুক চখোকউরসু অমুক হেক হঞ্জিল্লকই। কাইনথঙদা ঐনা তরাচংপী অমা লৌথোক্তুনা পীরবদুদদি নংহৌরোয়দবগুম তাপ লাকখি। মঙাচংপী অমা, অনীচংপী অমা, চান্দীচংপী অমা চপচানা হল্লকই। মাগী অৰ্নাদুদা য়েংলগা ঐনা হায়—

"নঙগীসিদি শেগায়দেনেকো।"

মা খুল্লমদ্রে। মথ্বায় য়াওনা মর্থোদা মমায় ওনশিনখ্রে।

নাওরেমলৈকাই য়ৌশিল্লকপদা খামহন্দুনা মশানানবা নূপা অমা কৃমথখি। চেগী উপু অচৌবা অমা মশানা থাংথগ্রগা ফুরিৎখাউদগী পর্স লৌথোক্তুনা ভারা পীগদবগী তৌরি, অতোপ্পা উপু মচা অমা গাড়ী মনুংদা লৈহৌরিবদুদা ইঙ্গিৎ তৌরদুনা নূপাদুনা অঙাংদুদা

হায়রকই

"মদু খরা থাংথরকউ"

পীক্তক তৌবা ইয়াং-য়াংবা মানবা উপুদু অঙাংদুদা থোঙ চঙফমদুদা লেপ্ল-লেপ্লা মথাদা থাদখি। উপু মনুংদুদা করিগুম্বা পোৎশক অমা কায়খিবগী মখোলদু ফন-ফজনা ময়েক শেংখি। খঙহৌদে অঙাংদু মখূৎ পায়দুনা চিংথখ্রগা নূপাদুনা মখূবাক অচৌবদুনা অঙাংদুগী মখজাইদুদা পেন্না অমুক্তং থাজিনখি। ময়ামদু তঙক্-তঙক্ য়েংদুনা লৈনৈ। ড্রাইভরদুসু য়েংলকই, হৌদি হৌগৎলক্তে। নূপাদুনা মশা থক-থক নীকপমখৈ লাউহৎলকই— "মসি লুপা কয়, পীবা পোৎনো খঙব্রা? নঙ শিংবা ঙমগদ্রা? শিংগেরো?"

লম্বী মতাই ওইরপ্পা পুথোকখিদুনা নূপাদুনা পোৎতু য়েংগদবগী উপুদু হাংদোক্লবা হোৎনহৌবা মতাংদুদা গাড়ীদু ঙংবা হৌরকই। মুসিন মুবা অঙাংদু মুঙাঙ-ঙাঙলদুনা কাখৎলকই, মমায়দুদা চেম্থরক্লিবা মপিদু অমোৎপা মখূৎ অনীদুনা হন্না-হন্না তৈথোকচরকই... শ্বর অশাংবা অমতং ইশা খঙদনা হোন্দোকচরকই.... ঐহাক থোঙনাওরোমদা য়েংথোক্লবা হোৎনরুই। ■


MANIPUR UNIVERSITY
11939 | Man
IMPHAL
LIBRARY